বাই ইবোপিশক
এম্ শামু সিংহ
এন্ মধুসুদন
এন্ শ্যামকন্হাই
বাই কেন্নেদি

- ইতিহাসগী মীৎয়েং খরা :
- কনানা পার্টি কায়হনখিবগে?
- পার্টি অনি :
  প্রোগ্রাম অনি :
- রাজনীতি অমসুং
  টেক্তিকেলগী লম্বী অনি :
- ইমরজেন্সীগী মতাংদা
  তোঙান তোঙানবা
  ফিরেপশিং।
- বুর্জুৱা নেশনেলিজমগী
  মাইয়োক্তা প্রোলেতরিয়ান্
  ইন্তরনেশনেলিজম।

হরকিশন সিংহ সুরজীৎকী

**ꯁꯤ ꯄꯤ ꯑꯦꯝ, ꯁꯤ ꯄꯤ ꯑꯥꯏ**
**ꯑꯅꯤꯒꯤ ꯃꯔꯛꯇꯥ ꯈꯦꯟꯅꯕ**

# সি পি এম, সি পি আই
# [illegible]ী মরক্তা খেন্নবা



ফোংজবা : চীংলেন মাইস্নাম

হরকিশন সিংহ সুরজীৎকী

# সি পি আই (এম্), সি পি আই অনিগী মরক্তা খেন্নবা






অহানবা ফো[illegible]

জুলাই, ১৯[illegible]

অফোংবা :

চীংলেন মাইস্নাম্



মমল : লুপা ১৫ (পেপর বেক)
লুপা ৪০ (লাইব্রেরী ইদিশন)

নম্ফম : ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, লোক্লাওবুং, ইম্ফাল।

হৌজিকী মতমদা নাগরিক খুদিংমক্না অচুম্বা অফবা রাজনীতিগী মরমদা খরদং ওইরবস্ু খংজিনবগী দরকার য়াম্না লৈ। অহুগা রাজনীতি দলশিংগী মরক্তা করম্বা পার্টিনা শিম্মী-লৌমীগী স্বার্থদা খবক তৌরিবগে অহুগা করম্বা পার্টিনা বুর্জুরা-লেন্দলোর্দগী মহুৎ শিনবগে হায়বহুস্ু মূল্লা খংজিনগদবনি। লোয়ন-লোয়ননা সিঃ পিঃ এমঃ গা সিঃ পিঃ আইঃ গা করি খেন্নবগে হায়বহুস্ু খংজিনবা দরকার ওই। অফবা রাজনীতিনা অফবা নুংঙাই য়াইফবা লৈবাক পুরকদৌরিবনি।

প্রজাশিংনা পংবদগী হুন্দক্তা মণিপুরদা থোকহন্নিংদবা থৌদোক খরা থোকখি। মহুদি ১৯৯৩ গী মেগী তাং ৩ দা ইম্ফালগী তম্পাক্তা মীতৈ অমস্ুং মীতৈ পাঙলগী মরক্তা থৌদোক খরদগী হাৎন-শুনবা হৌরকখি। থৌদোক অহুদা মীতৈ খরা অমস্ুং পাঙল ১০০ রোম্ শিখি। মরাল লৈতবা মুপী অঙাংস্ু য়াউখি। চীংগী লমদস্ু কুকিগা, নাগা-গা হাৎন-শুনবা থোকখি। যুম কয়া মৈ থাদোক্লখি। মসি লৈবাকী অমাংবনি হায়বা য়াই।

মরম অহুনা রাজনীতিগী পোমীৎ খরদং হেন্না খংননবা সিঃ পিঃ এমঃ গা সিঃ পিঃ আইঃ গা খেন্নবগী মতাংদা ইমারোলদা লাইরিক অসি ইথোকচবনি।

লাইরিক অসি পাবদা মুংঙাইনবা তোয়না শিজিন্নরিবা রাহৈ খরগী অর্থ মখাদা ইথোকচরি।

## তোয়না শিজিন্নবা ৱাহৈ খরা :

**অথোরিতেরিয়ানিজম :** পাক চাউবা অকনবা শক্তি অমনা অতৈ অতোপ্পা মীশিংগী খবক থৌওংশিংদা থিংজিনবা, ক্রক ক্রক য়েংশিনবা অমস্ুং কন্ট্রোল তৌনবা হোৎনবা পোলিসিশিং অহুবু খংনৈ।

---

**ইন্তরনেশনেলিজম :** মীগা মীগা, জাতী অমগা জাতী অমগা চপ মান্নবা য়েংবা মীৎয়েংগী মখাদা লৈবাক পুম্নমক্কী শিন্মীশিং অমসুং কম্যুনিস্ত পার্টিশিং পুনশিন্নবা হোৎনচুনা সোসিএলিজমগী পান্দম ফংননবা স্ত্রগল তৌবা অহুবু খংনৈ।

**ইম্পেরিএলিজম :** কেপিতেলিজমগী খ্বাইদগী রাংবা থাক্—মোনোপোলি কেপিতেলিজমবু খংনৈ। মশা নারবা পুমথরক্লবা কেপিতেলিজমনি।

**ওপ্পোরচুনিজম :** শিন্মীগা বুর্জুরাগা পুনশিন্নবা হোৎনবা অমসুং মতম মতমগী ওইবা খুদোংচাবা কয়া লৌননবা হোৎনবিবা পোলিসিশিং অসি ওপ্পোরচুনিজমগী মনুংদা চল্লি।

**ইন্তরভেন্‌শন :** ষ্টেট অমনা অতোপ্পা ষ্টেটগী মনুংগী ওইবা থবক থৌওংশিংদা অয়েৎপা অথিংবা পীবা অহুবু খংনৈ।

**ক্লাস কোল্লাবোরেশন :** তুহৎলিবা কাংবুগা তুহৎপিরবা কাংবুগা পুন্না চৎমিন্নবা হোৎনরিবা অহুবু খংনৈ।

**ক্লাস স্ত্রগল :** তুহৎলিবা কাংবুগা তুহৎপিববা কাংবুগগী মরক্তা অমনা অমবু ঙম্নবা হোৎনরিবা স্ত্রগল অহুবুনি।

**কেপিতেলিজম :** পোথোক পুথোক্লবা খুৎলাইশিং অসি সেনজাও পাইবশিংনা লন্নাই ওইনা শিজিন্নচুনা চথরকপা পোথোক পুথোকপগী মওং অমসুং শিন্মীশিংগী খুৎশুমল তানা পীনবা হোৎনবা সিস্তেম অহুবু খংনৈ।

**কোলোনিয়ালিজম :** ইম্পেরিএলিস্ত-কী ষ্টেটশিংনা চাউখৎত্রিবা লৈবাকশিংবু মীনাইগী মওংদা তুহৎ-নৈহৎনবা হোৎনরকপা সিষ্টেম অহুবু খংনৈ।

**ইন্তেল্লিজেন্সিয়া :** মথা শিজিন্নহুনা কলচর অমসুং অতৈ কান্নবা তৌ-নবা হোৎনরিবা কাংবুবুনি।

**প্রোলেতরিএত :** কেপিতেলিস্ত সমাজদা শু-নোম্নিবা শিন্মী ক্লাসবু থংনৈ।

**সোসিএলিজম :** ক্লাস লৈতবা সমাজগী সিস্তেমবু থংনৈ। পোথোক পুথোক্লবা থুৎলাইশিং অসি মীয়ামগী ওইবা ষ্টেটনা মপু ওই। মী অমগা মী অমগা খেন্নবা লৈরক্তবা সমাজবু থংনৈ।

**লেন্দ-লোর্দ নন্দ্রগা ফিউদেল :** লৌয়াম চাবা কাংবুবু থংনৈ।

**দেমোক্রেসি :** নাগরিকশিংনা ফংফম থোকপা রাইট ফংননবা হোৎ-নবা অমসুং নীং-তম্বা ফংনবা, আইনগী মীৎযেংদা মান্নবা পুবক্লবা হোৎ-নবা রাজনীতি অমসুং ষ্টেটকী শক্তি অদুবু থংনৈ। অদুবু কাংলুপ নাইবা সমাজদদি পৈশা পাইবা শক্তি লৈবা ক্লাস অদুগী দিক্তেতরশিপ অদুবু থংনৈ। খুদম ওইনা বুর্জ্জুরানা পানবা সমাজদা বুর্জ্জুরাগী স্বার্থদা ষ্টেটকী শক্তি অসি শিজিন্নরবদি বুর্জ্জুরা দেমোক্রেসি কৌই।

**শোভিনিজম্ ( Chauvinism ) :** যাম্না রিএক্সনরী ওইবা বুর্জ্জুরা নেশনেলিজম অমনি। জাতী মশাবু রাংনা থাঙ্গৎতুনা অতৈ জাতিগা নুংশিনদনবা পোলিসি কয়া চথৈ। লাইরিক অসিদদি চৌভিনিজম হায়না ইথ্রে।

**রিএক্সনরী :** সমাজ অমগী চাউখৎ-খোংথাংবু থিলহন্ননব। হোৎনরিবা থৌওংশিং অসি রিএক্সনরী ওইবা থৌওংশিংনি।

**রিফোরমিজম :** রার্কিং ক্লাস মুভমেন্ত-তা ক্লাস স্ত্রগল অমসুং রাজনী-তিগী রিভলুসন দরকার লৈতে হায়না চথরকপা ঈচেল অদুবু থংনৈ।

**রিভিজনিজম ঃ** শিন্মী অমসুং কম্যুনিস্ত মুভমেন্ত-শিংদা মার্ক্স, এঙ্গেলস্ অমসুং লেনিননচিংবশিংনা তাকপি-তম্বীরম্বা পাউতাকশিং অসি অমুক হন্না য়েংশিনখিগনি অমসুং শেমদোক-শেমজিন তৌখিগনি হায়না কন্না চথরকপা আইদিওলোজি অমসুং রাজনীতিগী ঈচেল অদুবু খংনৈ।

**নেশনেলিজম ঃ** জাতি খরনা অতৈ জাতিশিংদগী য়াম্না রাংনা থম্নবা হোৎনরিবা আইদিওলোজী অমসুং রাজনীতিগী প্রিন্সিপলশিং অদুবু খংনৈ।

**দিক্তেতরশীপ ওফ দি প্রোলেতরিএত ঃ** শিন্মীশিংগী শক্তিশিং পুনশিন্দুনা সোসিএলিজম শাগৎনবা অমসুং মপাঙ্গল কনখৎনবা হোৎনবা অদুবু খংনৈ।

**বুর্জুৱাজি ঃ** কেপিতেলিস্ত সমাজগী মচিন তোংবা সেনজাও পাইবা কাংবুশিংনি। মখোয়না সমাজগী পোত্থোক পুথোক্লবা খুৎলাইশিং অসিগী মপুনি।

অরোইবদা, ইবোয়াইমা প্রিণ্টরস্গী এল্ ভুমেশ্বর অমসুং অতৈ প্রেসকী মীওইশিংনা কো-ওপরেশন পীবিদুনা লাইরিক অসি ফোংবা ঙমজবনি।

ইম্ফাল,

তাং ১০ । ৭ । ৯৩

**বাইঃ ইবোপিশক**

## সিঃ পিঃ আইঃ গা খেন্নবা ঃ

## হিরম লমায় ঃ

# ১

# ইতিহাসগী মীৎয়েং খরা

লাইরিক অসিগী আর্টিকল পরেংশিং অসি সিঃ পিঃ আইঃ না হৌ-রকপা দিবেট অহুদা শকক য়ানবনা ইরিবনি। দিবেট অহুগী মরু ওইবা পান্দমশিংদি— (১) সিঃ পিঃ আইঃ অমসুং সিঃ পিঃ এমঃ গী মরক্তা করি খেন্নবগে ? (২) সিঃ পিঃ এমঃ গী পার্টি অসি থোক্লকপগী ইতি-হাস করিনো ? (৩) ইন্তরনেশনেল কম্যুনিস্ত-গী ১৯৫৭ অমসুং ১৯৬০ গী দোকুমেন্তশিং খংজিন্নবা হোৎনবা অমসুং (৪) মতম অহুগী ভারতকী ফিভমশিং কুপ্না য়েংলগা মার্ক্সিজম—লেনিনিজমবু করম্না ভাক শেনগদগে হায়বনচিংবা থৌওংশিং অসিনি। দিবেট অসিনা কম্যুনিস্ত-কী মুভমেন্ত-বু পামজবা মীওইশিংদা খংহল্লি মহুদি— (১) অচুম-অরান, নিয়ম-কানুন য়েংদনা পার্টি পুন্দুনা লৈবা অসি অকবা পুরকপগী মহুত্তা হেন্না মাঙ্-তাকহল্লি ( Unprincipled unity can do more harm than good ) অমসুং (২) য়াম্না তহা তহাদনা পার্টি অনি অসি কনানা চুম্মী নত্রগা কনানা লাল্লি হায়বা অহু দিবেট অহুনা খংহনবা ঙম্মী।

## ইতিহাসকী মীৎয়েং খরা :

ভারতকী কম্যুনিস্ত মুভমেন্ত-গী ইতিহাসতা কম্যুনিস্ত পার্টি অনি থোক্লা কায়রবা মতুং চহি ২১ অসিগী মমুংদা ঐখোয়গী পার্টি (সিঃ পিঃ এমঃ) না অচৌবা শক্তি অমা ওইরক্রে। অহুগা সিঃ পিঃ আইঃ না মীয়ামগী মরক্তা অচৌবা য়ুম্ফম অমা শাগৎলম্বহু নোংমা নোংমগী কায়থরক্রে

অমসুং পিকশিল্লক্লে। মসিগী প্রমান্দি— (১) সিঃ পিঃ এমঃ গী মীহুৎ কাবা মশিং হেঙ্গৎলকপা, (২) মীয়ামগী অন্দলোন-দা মপাঙ্গল কনখৎলকপা অমসুং (৩) সিঃ পিঃ এমঃ ন ভারত-কী রাজনীতিদা অচৌবা শরুক য়াবা ঙম্লকপা অসিনি।

ঐখোয়গী পার্টি অসিনা সিঃ পিঃ আইঃ দগী তোঙান্না তারবা প্রতুংদা মতম অদুগী সরকার পাইরিবা কাঙলুপ অদুনা ওৎ-নৈবা অমসুং নমথবদগী অন্না-অনা কযা খাঙবা তাখি। নমথ-নমথনা ঙসিদি সিঃ পিঃ-এমঃ না কম্যুনিস্ত মুভমেন্ত-গী অচৌব শক্তি অমা ওইরে। থৌওংশিং অসি করম্না লাকখিবগে হায়বসি কুপ্না অমসুং চুন্না নৈনবা দরকার ওই। অপুনবা কম্যুনিস্ত পার্টি ওইরিঙৈগী মতমদা চহি ১০ চুপ্না পার্টি মনুংগী খন্না নৈনবগী স্ত্রগল ( inner party struggle ) অমা কন্না তৌখি। অদুবু মত মান্নদবা হেঙ্গৎলকপদগী সিঃ পিঃ এমঃ গী পার্টি অসি তোঙান্না তাখি।

## লম্বী অনি (Two Lines) :

ভারত-কী কম্যুনিস্ত পার্টিবু অনি থোক্না চিংখাইরক্লিবগী মবম অসি চীনাগী কম্যুনিস্ত পার্টিনা ইনশিন্দুনা তৌরিবনি অমসুং পৃথিবীগী কম্যুনিস্ত মুভমেন্তগী লম্বীদা মত খেন্নবকপদগী থোক্লিবনি হায়না ইতৎ-তন্তনা ঙাংই অমসুং মত ফোংদোকই। পার্টি অনিগী পোলিসি, প্রোগ্রামদা খেন্নবা খরদি লৈ হায়বা মখোয়না য়াই অদুবু খেন্নবিবা অদু ভারতকী কম্যুনিস্ত পার্টি কায়নবগী মক ওইবা মচাক্তি নত্তে হায়। অদুগীসু মথক্তা কম্যুনিস্ত পার্টিগী মনুংদা চহি ১০ চুপ্না খন্ন-নৈনবগী লাঞ্জং অমা চংশিনখি হায়বা তাঙ্কক অসি মীয়ামদগী কাউহন্নবা হৌজিক্কী সিঃ পিঃ আইঃ গী কাংবুনা হোৎনৈ। হায়রিবা স্ত্রগল অসি লম্বী অনি থোকই। লম্বী অমনা শেপ্লাও পাইবা কাংবুগা পুন্না চৎমিন্ননবা হোৎনবা লম্বীনি।

অতোপ্পা লম্বী অমনা মতুগী মাইয়োক্তা প্রগল তৌবা লম্বীনি। মতাং অসিদা ঐখোয়না ইতিহাসগী লমায় থরা ফাক্কোকতুনা য়েংবা তাই।

শোক ১৯৫১ দা লেপখিবা কম্যুনিস্ত প্রোগ্রামগী মরু ওইবা নিয়ম খর চহি ৩ গী মনুংদা ভারত-কী ফিভমগা চানবা য়াৎলকখি। মরম অদুনা প্রোগ্রাম অদু শেমদোক্নবা থন্নবা হৌরকখি। তাঞ্জা অসিদা পৃথিবী অমসুং ভারত-কী রাজনীতিগী ফিভমদা অহোংবা লাকপদগী কংগ্রেসগী ভারত সরকারগী মপানগী পোলিসি (foreign policy) দা শেমদোক-শেমজিন তৌরকই। লোয়নননা, অনিস্নুবা চহি ৫ গী প্লানগী ড্রাফট অদু ফোংদোক্লকই। ড্রাফট অদুদা পব্লিক সেক্তরবু য়াম্না চাউ-থৎহল্লগনি অমসুং লেন্দ রিফের্মস্ত শোয়দনা পাংথোক্লগনি হায়না য়াম্না কপ্পা ইখি। মতম অদুদা লৈবাক ঙাক্লিবা কংগ্রেস পার্টিনা অবাদি সেসন (Avadi Session) দা "সোসিএলিস্তিক পেত্রন ওফ সোসাইটি" অমা শাগৎলগনি হায়না লাউথোকখি।

কংগ্রেস পার্টিগী অহোংবা খরা অসিগী থুদোংচাবা লৌরদুনা কম্যু-নিস্ত পার্টিগী লুচিংবা খবনা কম্যুনিস্ত পার্টিবু বুর্জুয়া পার্টিগী কাংলুপকা পুন্না চৎমিন্নবা হোৎনরকই। মখোয়না জাতীগী বুর্জুয়াশিং অসি অনি থোক্না কায়বে হায়না মরৈ য়েৎপা হৌবকই। মদুদি- (১) মোনো-পোলিস্ত-গী কাঙবু— কাঙবু অসিগী বুর্জুয়াশিংনা ইম্পেরিএলিজমগা য়ানবা পুরকপা অমসুং লৈবাক অসিগী লোয়াম চাবশিংগা পুন্না চৎমিন্নবা পামই। (২) অতোপ্পা কাঙবু— কাঙবু অসিনা ইম্পেরিএলিজম অমসুং ফিউদেলিজমগী মাইয়োক্তা লেপ্পী। অকোনবগী লম্বী অসি শিগ্রবা পীঃ সিঃ যোষীনা লুচিংবা ইউঃ পীঃ ষ্টেট কম্মীটিগী মেম্বর ১০ না শোগৎলি। অদুবু ১৯৫৪ গী সেপ্টেম্বর থাদা ফমখিবা সেন্ট্রেল কম্মীটিগী মীটিংদা লম্বী অসি য়ানিংদে হায়না লংথোকখি।

মেম্বরশিংগী মনুংদা মত খেন্নরকপা অদু মতাং অদুদা লোইশিনবা ঙমখিদে। ১৯৫৫ গী মার্চ থাদা পাংথোকখিবা অন্ধ্রগী ইলেক্সন মতুংমক্তুদা

মত খেন্নবা কন্না হেন্সৎলকখি। পল্লম্বাটদা ফমখিবা সেন্ত্রেল কম্মীটিগী পার্টি-কংগ্রেসগী রিপোর্ট-তা অস্থুম্না পনখি—

"অন্ধ্র ইলেক্সনগী মতুংদা সেন্ত্রেল কম্মীটিগী ক্রাইশিস হেঞ্জিল্লকখি। ১৯৫৫ গী মার্চ থাদা অন্ধ্র ইলেক্সনগী ফল থন্নবা ফমখিবা মীটিং অদুদা পুথোক্লকপা রিজলুসন অদু অয়াম্বা পার্টি মেম্বরশিংনা পেন্নখিদে। মদুগী মরমদি মতম অদুগী ফিভম অদু সেন্ত্রেল কম্মীটিগী মেম্বরশিংগী মরক্তা মত অমতা ওইনা থংবা ঙমখিদে।"

## রিপোর্ট অদুনা মথা তানা হায়খি :

"মত খেন্নবা হেঞ্জিল্লকপদগী পীঃ বীঃ (P.B.) গী মনুংদা অনি খোক্লা চিংথাইবা হৌরকই। জুন থাদা ফমখিবা সেন্ত্রেল কম্মীটিগী মীটিংদা মত খেন্নবা অদু মন্না লাউনা কাবা হৌরকখি।"

অসিগুম্বা ইতিহাসগী তাঙ্কক অসিদা মরিশুবা পার্টি-কংগ্রেস পাংথোকখি। সেন্ত্রেল কম্মীটিগী ড্রাফট-রিজলুসন অদুনা পার্টি মনুংগী বুর্জুয়া কাণ্ডবুগা পুন্না চৎমিন্ননিংবা মীওইশিংদা থৌনা হাপকৎখি। অদুগা লম্বী অসিবু শিংনরদুনা সেন্ত্রেল কম্মীটিগী কাংবু অমনা তোঙানবা ড্রাফট অমস্থু পুথোরকখি। ড্রাফট অদুনা বুর্জুয়াগা পুন্না চৎমিন্নবা হোৎনরিবা ড্রাফট অসি অশোয়বনা পীক থল্লি হায়না কন্না য়েৎখি। থৌদোকশিং অসি ১৯৫৫ গী জুন থাদা থোকখিবনি। ড্রাফট রিজলুসন অমস্থুং তোঙানবা ড্রাফট অমা ফোংদোক্লরক্লবা মতুংদা, পার্টিগী মনুংদা অকনবা দিবেট অমা হৌরকখি। ফোরম কয়াদা লুচিংবা কমরেদ-কয়ানা দিবেট অদুদা শরুক য়াখি।

সিঃ পিঃ আইঃ গী মরু ওইবা লুচিংবা লৈখিব্রবা ভবানী সেন (Bhowani Sen) না দিবেট অদুদা মহাকী মত মথাগী অস্থুম্না ফোংদোক্লকই—

"অচৌবা বুর্জুয়াশিং অমস্থুং গভর্নমেন্তগী মনুংদা লৈরিবা ইম্পেরিএলিজম অমস্থুং লোয়াম চাবগী মাইকৈদা লেপ্পিংবা থরা অসিনা তোঙানবা

ভারতকী কেপিতেলিস্ত-গী চাউখৎ-খোংথাংগী লম্বী অসি কয়া শামল্লে। মখোয়না ইম্পেরিএলিস্ত-তশীদি প্রজাবুনা হেন্না কিরে। অহুগা নেহরুগী প্রোগ্রেসিভ ওইবা পোলিসিশিং অসিনা মীয়াম্বা পাম্বা শক্তিশিংগী মপাঙ্গল কনখৎহল্লগনি অমসুং মখোয়রোমদা শাফু পীরকনি হায়বসি খংলে।"

"অহুগা নেহরুগী গভর্নমেন্ত অসি ভারতগী অচৌবা কারবাররালা-শিংগী মনুংদা য়াম্না প্রোগ্রেসিভ ওইবা কাণ্ডবুগী মীহুৎ ওইহুনা ইম্পেরিএ-লিজমগা পুন্না চৎমিন্নবগী থবক থাদোকপ্রে অমসুং শান্তিদা হিংমিন্নবা হায়বা পোলিসি অহু চখপ্রে। লোয়ন-লোয়ননা সোসিএলিস্ত ষ্টেটশিংগা কো ওপরেশন পীনরে হায়না মত কোংদোক্লকই।

( মরিশুবা পার্টি কংগ্রেস, নম্বর ২, চেনা ৮১ )।

"The Nehru Government, representing the progressive section of Indian Big Business, in the main, abandoned collaboration with imperialism and embraced the policy of peaceful co-existence and established co-operation with Socialist States." (Fourth Party Congress document, No 2 page 81 )

## মহাক্না মথা তানা হায়খি ঃ

"লল্লোন ইতিক্তা অমসুং ইন্দস্ত্রিদা জাতিগী বুর্জুয়াশিংদা খুদোংচাবা য়াম্না পীরে। হায়রিবা খোংথাংশিং অসি সেমী-কোলোনিয়ালিজম ( semi-colonialism ) গী মরা ফুক্তোকতুনা অর্থনীতিগী নীং-তম্বা পুরক্লবা অশেংবা খোংথাংশিংনি হায়খি।

## বুর্জুয়া কাংবুগা পুন্না চৎমিন্নবা ( Class collaboration ) ঃ

হায়রিবা টেক্সিস-শিং অসি দাবী ওইনা ওম্ফোকপা তারবদি গভর্নমেন্ত অসি অওনবা মখল অমনা শেমদোক্লকপা তাবনি ( radical reorganisation of the Govt. )। অহুগা রাজনীতিগী থাক্তা

ওন্থোকপা তাবগনা অপুনবা জাতিগী ফ্রন্ট অমা শাগৎলকপনি। জাতিগী ফ্রন্ট অমা শাগৎনবা হোৎনরকপা মুভমেন্ট অসিনা জাতিগী অপুনবা গর্ভনমেন্ট (govt of national unity) অমা শাগৎনবগী লময়ানবনি। হায়রিবা থৌওং অসিনা প্রো-ইম্পেরিএলিষ্ট অমসুং প্রো-ফিউদেল ওইবা শক্তিশিংবু থিংগদৌরিবনি।

হায়রিবা মত অসিমক পি সি যোষী অমসুং এস এস যুসুফনা লুচিংবা ইউ পী স্টেট কম্মীটিগী মীওই খরনা ফোংদোকখি। মখোয়না ভাংথোক্লকপা রাভাং খরা মথাদা পীরি—

"ঐখোয়গী মত-তা নেশনেল দেমোক্রেটিক কোএলিসন (national democratic coalition) গর্ভনমেন্টগী থোল্লাউ অসিনা ইম্পে-রিএলিস্ত অমসুং লোয়াম চাবগী স্বার্থদা চত্থরিবা মীওইশিংবু তোঙাল্লা তাহনবা অমসুং মাইথিবা পিনবা হোৎনবদা পার্টিদা মতেং ওইগনি। অদুগা ভারতগী বুর্জ্জুরাশিংগা পুল্লা চৎমিন্নদুনা জাতিগী মুভমেন্ট-দা শিন্মীশিংগী হেজীমোনী (hegemony) ফংননবা হোৎনবদা য়াম্না মতেং ওইগনি।"

তৌইগুম্বসুং মখোয়না খল্লিবা লম্বীরোমদা পার্টিবু হুমদুনা পুনবা হোৎনবা অসি অবাইবা থবক্তি নৎখিদে। তোঙানবা ড্রাফট অমা পুখৎলকপা অমসুং মদুদা কন্না খন্ন-নৈনবকপদগী সেন্ট্রেলগী লীদরশিংনা বেসিক ওইবা ফিভম খরদি মখোয়না য়াবা তাখি। ত্রেভানকোর —কোচিন অমসুং মালাবার ষ্টেট কম্মীটিগী মীটিংদা রা ভাংবদা, মতম অদুগী পার্টি সেক্রেটরী হৌজিক্তি লৈথিব্রবা অজোয় ঘোষনা হৌজিকী মতমগী ষ্টেট অসি বুর্জ্জরা— লেন্দলোর্ডকী ষ্টেটনি হায়খি।

মরিশুবা পার্টি কংগ্রেসগীদমক্তা পার্টি মনুংগী ওইনা খন্ন-নৈনরকপা মতমদা সি পী এস ইউ (সোভিয়েট ইউনিয়নগী) গী ২০ শুবা কংগ্রেস পাংথোকখি। হায়রিবা কংগ্রেস অসিগী রারেপ খরনা সি পী আইগী

মনুংদা বুজ্জুৱাশিংগা পুন্না চৎমিন্ননিংবা লীদর খরদা পাঙ্গল হাপকৎখি। অসিনা মরম ওইরদুনা পার্টি মনুংদা মত খেন্নবা হেঙ্জিল্লকখি। অদুবু অয়াম্বা সেন্ত্রেল কম্মীটিগী মীওইশিংনা রাখল্লোন অমস্যুং রারেপশিং অদুবু য়াখিদে।

## মরিশুবা পার্টি কংগ্রেস :

সি পী এস ইউগী ২০ শুবা কংগ্রেস ফমখিবা থা অনিরোমগী মতুংদা ভারতগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মরিশুবা কংগ্রেস ফমখি। কংগ্রেস হৌবমদাইদা সেন্ত্রেল কম্মীটিনা পার্টি মনুংগী ওইনা খল্ল-নৈনবা হৌখি। মদুগী ফলনা ড্রাফট অদু শেমদোক শেমজিন তৌরকপদগী তোঙানবা ড্রাফট পুথৎলকপা লীদরশিংদস্যু অপেনবা খরদি পোক্লখি। মরম অদুনা তোঙানবা ড্রাফট অদু লৌথোকখি। তৌইগুম্বস্যুং হান্নগী শেমদোকত্রিবা ড্রাফট অদু শেমগৎপা লীদবশিংগী মরক্তা কাংলুপ খরদি অকোনবগী শেমদোক্লবা ড্রাফট অদুবু য়ানিংখিদে। অদুনা মখোয়না পার্টি কংগ্রেসতা তোঙানবা রিজলুসন অমা পুথৎলকই। হাযরিবা রিজলুসন অসি সি পি যোষী, রাজেশ্বর রাও, রভী নারায়ণ রেদ্দি, এস এস যুসুফ, ভরানী সেন, সোমনাথ লাহিরি অসিনচিংবা মীওইশিং অসিনা লুচিংবনি। হায়রিবা লুচিংবশিং অসিনা কম্যুনিষ্ট পার্টি অসি কায়রবা মতুংদা সি পী আইগী লীদর ওইখি।

মতম অদুগী সরকারগী মপানগী পোলিসিদা অহোংবা খর লাকপা অমস্যুং লেন্দ-রিফেৰ্মগী খোল্লাউশিং অসি শিজিন্নরদুনা তোঙানবা রিজ-লুসন অদুনা মখাগী অস্যুম্না রাবেপ লৌখি। মদুদি—

"রুলীং ক্লাসগী মমাংঙৈগী ইম্পেরিএলিজম অমস্যুং ফিউদেলিজমগা পুন্না চৎমিন্নরম্বা পোলিসি অদু হোংদোকখ্রে। অরিবা পোলিসি অসি অনৌবা ইম্পেরিএলিজম অমস্যুং লৌয়াম চাবগী মাইয়োক্তা লৈবা পো-লিসিনা মহুৎ শিন্দোকখ্রে।" মরম অদুনা মখোয়না হায়খি—

ক্লনীং কংগ্রেসনী মাইয়োক্তা দেমোক্রেটিক ক্রন্ট অমা শাগৎলনী রাখল অসি মতমগা চানখ্রে। অদুনা রাখল অদু খাদোকপা তাবনি। মরমদি লম্বী অদু চৎথরবদি মীয়ামবু শাংথন্না তোঙায়না তাহল্লগনি অমসুং পার্টি অসিনা মীয়ামবু অমতা ওইনা পুনশিননবা হোৎনবা ওল্লরোই।

## রিজলুসন অতুনা হায়খি :

"সি পী আই না থাজে মতুদি প্রোগ্রেসিভ ওইবা শক্তিশিংগী মাইকৈরোমদা রাজনীতিগী শক্তিশিংগী অহোংবা লাকপা মরমনা জাতিগী অপুনবা পুরকপা ওন্না তোঙানবা গর্ভনমেণ্ট অমা পুরকপা ওমলগনি।"

রাঙাং অসিমক ক্লনীং ক্লাসগা পুনশিল্লগা গর্ভনমেণ্ট অমা শেমনিং-লকপগী তশেং তশেংলবা থোল্লাউনি। অসিগুম্বা মখলগী রিজলুসন অসিবু পার্টি কংগ্রেসতা মাইথিবা পীখি। অদুমদি ওইরগা পার্টি কংগ্রেস অদুদা শরুক য়াখিবা মেম্বরশিংগী শরুক অহুমথোকপগী শরুক অমদি রিজলুসন অদু শোগৎখি। পোলিটিকেল রিজলুসন লৌরমদাইগী মতাংদা অজোয় ঘোষনা পার্টি কংগ্রেসতা হায়খি মতুদি গর্ভনমেণ্টকী ক্লাসগী শক্তম অসি য়েংলুরবদি অচৌবা বুর্জ্জ্ুরানা লুচিংবা বুর্জ্জ্ুরা-লেন্দলোর্ডকী শক্তমনি। অদুবু অচৌবা বুর্জ্জ্ুরা-না লুচিংবনি হায়বসি পনবগী দরকার লৈতে হায়খিং। অকোনবদদি অসুম খরা খরা থৈদোক-থৈজিন তৌহন্দুনা গর্ভনমেণ্ট অসি জাতিগী বুর্জ্জুরাগী গভর্নমেন্ত ওইরক্রে হায়না সি পী আই-না খংহনখি।

পার্টি কংগ্রেস অদুনা য়াম্না গণতান্ত্রিক ওইবা রায়েল পীদুনসু মাইথিবা ফংগ্রবা তোঙানবা রিজলুসন অদু পুথোকখিবা লুচিংবশিংনা পার্টিগী লম্বী অসি থা খরগী মনুংদা অমুকা হন্না খন্নবা পুখৎলকখি। মতাং অসি মোদেষ্টি কুবিনাষ্টন-না নিউ টাইমস্ (New Times), মোস্কো, জুলাই তাং ২ অমসুং আগষ্ট ৫, ১৯৫৬ গী চেফোংদা আর্টিকল ফোংগ্রবা মতুংদনি।

সেন্ট্রেল কম্মীটিনা আর্টিকল অদু খন্ন-নৈনরম্মী। খন্নরবা মতুংদা মদুগী মন্নুংদা য়াউরিবা মচাকশিং অদু থোইনা কান্নদে হায়দুনা য়াখিদে। অজোয় ঘোষনা নিউ টাইমশ-দস্যু ফোংগ্রবা আর্টিকল অমা পার্টিগী চেফোং "নীউ এজ" দা ইরকখি। অয়োইবদা মহাক্না মখাগী অস্সুম্না হায়খি—

"ভারত-কুম্বা চাউখৎত্রিবা লৈবাকশিংগীদমক্তা কেপিতেলিষ্ট-নত্তবা লম্বী ( non capitalist path ) অমা লৈরে। তৌইগুম্বস্সুং বুর্জ্জুরানা লুচিংবা গভর্নমেন্ত অসিনা হায়রিবা লম্বী অসিদা য়াংনা চংশিনবা ঙমগনি হায়বসি মংগুম্বনি। ভারতকী কম্যুনিস্ত পার্টিদি মং অদু মংদে। মরম অসিনা লৈরিবা ফিভম অসিদা খুমাং চাউশিনবা য়াবগী ওইথোকপা মওং খরা লৈরে হায়বা খংবগা লোয়ননা, চাউখৎ-খোঙথাং অদুদা মতেং পিগ-দবা অমস্সুং জাতীগী শান্তি, নিংতম্বা অমস্সুং অর্থনীতিবু মপাঙ্গল কলহল-বগা লোয়ননা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা গনতন্ত্র অমস্সুং সোসিএলিজমগী শক্তি-শিংবু মপাঙ্গল কন্নবা হোৎনগনি। লোয়ননা শিন্মীশিংনা লুচিংবা মীয়ামগী মথুত্তা শক্তি অসি শিন্নবা হোৎনগনি। মদুতদা দেমোক্রেতিক রিভলু-সনগী খবক অসি য়াম্না থুনা পাংথোকপা ঙমগনি অমস্সুং ভারত অসি সোসিএলিজমগী লম্বীদা চংশিনবা ঙমগনি।"

তৌইগুম্বস্সুং বুর্জ্জুরাগা পুন্না চৎমিন্ননিংবা কমরেডশিংনা খজিক্তং ফাউবা খোঙফম হনখিদে। ১৯৫৬ গী জুলাই থাদা অনিশুবা মীয়ামগী মীখল ( 2nd general election ) গীদমক্তা করম্বা লাঞ্জং চংগদগে হায়বা খন্ননবা সেন্ট্রেল কম্মীটি ফমখি। মদুদা মথোয়না কম্যুনেল অমস্সুং রিএক্সনরী ওইবা পার্টিগী মাইয়োক্তা মরু ওইনা লাল শোক্লগদ-বনি হায়খি। হায়রিবা লম্বী অসি সেন্ট্রেল কম্মীটিনা য়াখিদে। সেন্ট্রেল কম্মীটিনা কংগ্রেসগী মোনোপোলীগী শক্তি অসি থুগাইনবা হায়খি। মরম অদুনা—

"কম্যুনিস্ত পার্টিনা সোসিএলিস্তশিং, দেমোক্রেটশিং, মরৈবাক নিংবা অমসুং চাউখৎপা পাম্বা মীওইশিংদা অমতা ওইনা পুনশিন্নবা হায়জরি অমসুং কংগ্রেসগী মাইয়োক্তা ফ্রণ্ট অমা শেমদুনা কংগ্রেসগী মীরেপশিংবু থাক-খুদিংমক্তা কণ্টেস্ত তৌনবা হায়জরি ।"

১৯৫৭ গী জানুরারী থাদা ফোংদোক্লকপা ইলেক্সন মেনিফেষ্টোদা কংগ্রেসগী মীয়ামগী মাইয়োক্তা চত্থবিবা পোলিসি কয়াবু চৈ-থাংলদুনা য়েৎখি। অমসুং অথোরিটেরিয়ানগী লম্বীদা চংশিল্লক্লিবা অদুবু ময়েক শেংনা তাকখি ।

মীয়ামগী মীথল অদুদা সিঃ পিঃ আইঃ না য়াম্না চাউনা মাই পাকখি হায়বা য়াই। কেবালাদা অহানবা সিঃ পিঃ আইঃ গী মিনিস্ত্রি শেম্বা ঙম্বতা নত্তনা, পার্টি অসিনা কংগ্রেসগী মথংদা খ্বাইদগী চাউবা অনিশুবা পার্টি ওইখি। দেমোক্রেটিক মুভমেন্ত শোনবা লম থরদা কম্যুনেল অমসুং রিএক্সনরী ওইবা পার্টি থরসু খবমখৈদি মাই পাকখি হায়বা য়াই। অসিবু বুর্জ্জুরাগা পুন্না চৎমিন্ননিংবা কমবেডশিংনা য়াম্না খুদোং থিনিংঙাইনি হায়খি।

মতম অদুগী পার্টি মনুংগী ওইবা থন্ন-নৈনবা থৌদোকশিং অদুগী মচংশিং অদু খনগৎলদুনা ইলেক্সন রিভীউ তৌনবা ১৯৫৭ গী জুলাই থাদা ফমখিবা সেন্ত্রেল কম্মীটিগী মীফমদা মথাগী অসুম্না হায়খি—

"পলঘাটগী বিজলুসন অদু অবোইবদা য়ানথবস্থু পার্টি কংগ্রেসগী কমরেড কয়ামুক্না রিজলুসন অদুগী ফোরমুলা কযা অমদি য়ানিংখিদে। মখোয়না মতম অদুগী গভর্নমেন্ত-গী মনুংগী ওইবা পোলিসিদা প্রোগ্রেসিভ ওইবা মচাক খজিক্তুং অদুবু য়াম্না চাউথোকহনখি। মখোয়না খল্লি মদুদি ইলেক্সনগী মতাংদা সেন্ত্রেল কম্মীটিনা লৌরিবা ফিরেপ অসিনা কম্যুনিস্ত পার্টি অসি মীয়ামদগী তোঙান্না তাহল্লগনি অমসুং কংগ্রেস মনুংদা অহোংবা পুরক্লিবা থৌওংশিং অসি তপহল্লগনি অমসুং কম্যুনিস্ত পার্টিগী ওইবা দেমোক্রেটিক ওইবা অপুনবা অমা শাগৎপদা অথিংবা পীরগনি।

মখোয়না কিরম্মী মতুদি কম্যুনিস্ত পার্টি অসি লেফটতমক পুনশিনবা পাম্বা ওপোজিসন পার্টি অমা ওইবা তারবদি লেফট-সেক্তেরিয়ানিজমগী শক্তম শাগৎলক্কনি। লোয়নননা কম্যুনিস্ত পার্টিগী তুংইল্লিবা অমসুং কংগ্রেস পার্টিগী তুং-ইল্লিবা মীয়ামশিংগী মরক্তা অচৌবা অহাংবা অমা লাক্লগনি।"

হায়রিবা রাখল ময়াম অসিদা যুক্ষম ওইরগা মখোয়না তোঙানবা রিজলুসন অমা পুখোকখি। রিজলুসন অতু পার্টি কংগ্রেসনা লৌখিবা ফিরেপতগী হিরম কয়ামরুমদা খেন্নবা লৈখি। সেন্ত্রেল কম্মীটিনা পীবা ইলেক্সনগী খোল্লাউ— হায়বদি ষ্টেট খরদা তোঙানবা গভর্নমেন্ত শেম্বা অতুগা ষ্টেট লোইনমক্তা দেমোক্রেটিক ওইবা মওংদা ইলেক্সন মাইয়োক য়াবা হায়বা রাফমতু মখোয়না য়াখিদে। মখোয়গী মত-তা দেমোক্রেটিক মুভমেন্ত কনবা ষ্টেটশিংদা পার্টি কয়ামরুম পুনশিল্লগা (কংগ্রেস য়াউরবসু, য়াউদ্রবসু) গভর্নমেণ্ট শেম্বা পামখি। অতুগা প্রোগ্রেসিভ পোলিসি পাম্বা মীওইশিংগী মপাঙ্গল কনখৎহনসি হায়খি। হায়বদি ইলেক্সনগী মতমদা কংগ্রেস পার্টিগী প্রোগ্রেসিভ ওইবা মচাক খরা অতুবুদি শৌগৎ-নিংঙি হায়বনি।

ঙসিদি মীপুম খুদিংমক্না (মরিশুবা কংগ্রেসদা তোঙানবা রিজলুসন পুথোকখিবা কমরেডশিং য়াউনা) তশেংনা খংলগনি মতুদি মখোয়না পুথোকখিবা লম্বী অতু অরানবনি। মখোয়গী লম্বী অসি চৎলম্বা তারবদি দেমোক্রেটিক মুভমেন্ত-গী মপাঙ্গল শোম্থরমগনি অমসুং মীয়ামগী পেন্দবদা খুদোংচাবা লৌতুনা রাইটিষ্ট-পার্টিগী মপাঙ্গল হাপ্লমগনি।

"হায়রিবা কমরেডশিং অসিনা পার্টি অনি পুনশিনবগী সম্যাশাশিং অসি ভাবনা শাবা মওংদা নৈনখি। অপুনবা লম্বী অমা পুররুবা হোৎ-নবদা খ্বাইদগী চাউনা থিংলিবা পল অসি কংগ্রেস পার্টিগী মীয়ামগী মাইয়োক্তা চত্থরিবা এন্তি-দেমোক্রেটিক ওইবা পোলিসি কয়ামরুম

অসিনা থোকহল্লিবনি হায়বসি মখোয়না উখিদে। কংগ্রেস পার্টিনা শক্তি অসি সুপ্না পাইশিনবদগী মীয়ামগী মত অমস্বুং গনতন্ত্রবু পামজবা কংগ্রেস মনুংগী মীওইশিংবু থওইরক্তবদগী মীয়ামগী মাইয়োক্তা পোলিসি কয়ামরুম চথরক্লিবনি হায়বসি মখোয়না উখিদে। লাক্লিবা মীখলদা কংগ্রেসনা সুপ্না পাইশিল্লিবা শক্তি অসিবু থুগাইবা হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা থবক্লি হায়বসি মখোয়না উজবা ঙমদে। হৌজিক্কী ফিভম অসিদা লেফটশিংগী মরক্তা মত তিন্নবা থবক তৌমিন্নবগী দরকারদি য়াম্না ওই।

ঐখোয়না কাউরোইদবদি সোভিয়েট ইউনিয়নগী কম্যুনিস্ত পার্টি অমস্বুং চীনাগী কম্যুনিস্ত পার্টিনস্নু ভারতগী মনুংগী ওইবা ফিভমশিং অসিবু চপ মান্নবা মওংদা নৈনথি। মতাং অসি সিঃ পিঃ এসঃ ইউঃ গী ২০ শুবা কংগ্রেস অমস্বুং সিঃ পিঃ সিঃ গী ৮ শুরা কংগ্রেসগী মতমদা থোকখিবনি। তৌইগুম্বস্বুং ঐখোয়গী সেন্ত্রেল কম্মীটিনা ভারতগী মনুংগী ফিভম নৈনবদা মপানগী পার্টি অনিনা লৌখিবা ফিরেপ অদু য়াখিদে।

# ২

## কনানা পার্টি কায়হনখিবগে ?

সিঃ পিঃ আইঃ গী লুচিংবশিংনা পার্টি মন্নুংগী ওইনা পার্টি কায়রকপগী অচুম-অরান খন্ন-নৈনবগী ইতিহাস অমু কম্যুনিস্ত মুভমেন্তবু লুংশিজবা মীওইশিংদগী কাউহনবা পাম্মী। বুজ্জুর্রা পার্টিগা পুন্না চৎপগী লম্বী অমু চৎননবা হোৎনরকপদা মখোয়না পার্টি অসি থুগাইখি। অমুন্নদি ওইরগা পার্টিগী অয়াম্বা মীওইশিংবু তুং ইলহনখিবদি ঙমখিদে।

১৯৫৮ গী এপ্রিল থাদা পার্টিগী মঙাশুবা কংগ্রেস ফমখি। হায়রিবা মতম অসি মোস্কোদা পার্টি ৬১ গী কনফরেন্স পাংথোকখ্রবা মতুংদনি। কনফরেন্স অমুদা দেক্লেরেশন (declaration) অমা লৌখি। দেক্লেরেশন অমুনা পৃথিবীগী ফিভমবু নৈনবতা নত্তনা অনৌবা মপোক লাংওন অসিগী রিভলুসনবী ওইবা ফিভমশিং অমুস্থু নৈনখি। দোগমেটিজম (dogmatism) গী মাইয়োক্তা চেকশিল-রাহৈ খন্না হায়বগা লোয়ননা পৃথিবীগী কম্যুনিস্ত মুভমেন্ত-গী মক ওইবা থুদোংথিবদি রিভিজনীজমনি হায়না দেক্লেরেশন অমুনা পনখি।

ভারততদি, কেরালাগী কম্যুনিস্ত সরকার অমুনা ভারতকী রাজনীতিগী ফিভমদা অকনবা শাফু অমা পীরকখি। মরম অমুনা রুলীং পার্টিনা মীপাইরমুনা কেরালাগী মিনিস্ত্রি অমুবু থুগাইনবা শরৌ শিনবা হৌখি। ফেক্টরশিং অসিনা রিভিজনিস্ত-গী লিদরশিংনা রিভিজনিজমগী লম্বী চথবদা লায়না থোকখিদে। সিঃ পিঃ এসঃ ইউঃ অমস্তুং সিঃ পিঃ সিঃ না ইফোং ফোংনা হায়খি— নেহরুনা চাওখৎ-খোঙথাংগী পোলিসি কয়া

চথরক্লিবনিনা দেমোক্রেটিক ওইবা শক্তি লোইনমক্লা পোলিসিশিং অসি শোগৎকদবনি। তাঞ্জা অসি লৌরহুনা সিঃ পিঃ আইঃ গী মনুংদা য়াউরিবা রিভিজনিস্ত-কী কাংবু অহুনা রাইট রিএক্সন (right reaction) গী শক্তি অসি য়াম্না কনখৎলক্লি হায়খি।

## অমৃতশ্বর কংগ্রেসতা অসুম্না হায়খি :

কাহেনবা রাইট-গী কাংবু অসি মাইথিবা পীননবগীদমক্তা, মীয়ামগী মাইযোক্তা চথরিবা পোলিসি কয়া অসিবু মাম্নথিবা পিননবা অকনবা লাঞ্জং অমা চংবা তাই।

মতাং অসিদা পনবা য়াই মহুদি শোক ১৯৫৯ লোইরমদাইদা ভারতকা চীনাগগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অসি ফৎচিন্নক্লে। মতম অসিদা চীনাগী কম্যুনিস্ত পার্টিনা আর্টিকল অনিখক ইরকই— অমনা "নেহরুগী ফিলোসোফী" হায়বা আর্টিকলনি। অমনা "নেহরুগী ফিলোসোফিগী মরম-দা খরগা হেন্না"—হায়বা আর্টিকলনি। আর্টিকলশিং অসিনা উৎলিবদি ভারতকী গভর্নমেণ্টগী মরমদা হান্না মখোয়না লৌরম্বা ফিরেপতগী ইতোপ তোপ্পা ফিরেপ অমা লৌরকখি। মহুদি ভারতগী বুর্জুরাশিং অসি কম্প্রে-দোর (Comprador) গী কাওলুপনি অহুগা নেহরুগী গভর্ণমেণ্ট-অসি হুংলাইগী গভর্ণমেণ্ট-নি হায়খি। মরম অহুনা ভারতগী রিভলুসনগী থাক অসি এন্তি ইম্পেরিএলিস্ত-গী থাকনি হায়াখি। ঐথোয়গী-সেন্ট্রেল কম্মীটিনা ফিভম অসিবু য়ানিংখিদে।

মঙাশুবা পার্টিগী কংগ্রেসদা "শিন্মীশিংনা লুচিংবা মীয়ামগী গনতন্ত্র পুরক্কবা অমদি শিন্মীনা শক্তি পাইবা হায়বা পান্দম" অসি পুখৎলকখি। তৌইগুম্বসুং পার্টিগী মনুংদা মত খেন্নবা য়াম্না কন্না হেক্কিল্লকখি। মরম অহুনা পার্টি কংগ্রেসগী ওর্গেনাইজেসনগী রিপোর্টতা মথাগী অসুম্না হায়বা তাখি :

কংগ্রেস তৌজিন্নৈঙেনী মমাংদা ঐখোয়গী পার্টিগী মন্নুংদা মত খেন্নবা হেঙ্গৎলকখি। মরম অদুনা পার্টিগী তৌগদবা থবক কয়াদ। অকাইবা পিখি। মফম কয়ামুক্তা ওর্গেনাইজেসনগী থবক চত্থবা ঙমখিদে। লৌমী-শিংগী মরক্তা মীয়ামগী ওইবা থবক কয়া পাইখৎপা ঙমখিদে।

২০ শুবা সিঃ পীঃ এসঃ ইউঃ কংগ্রেসকী রারেপশিং অমস্তুং শান্তি ওইনা সোসিএলিজম ওন্থোকপা য়ারকপগী ফিভম নৈনবগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংশিং অমস্তুং মুক্কবা রাখলশিং কময়েদ-শিংগী মরক্তা উৎ-লকখি। জেনেবেল ইলেক্সনগী মতুংদা, কেরালা ষ্টেট কম্মীটিনা রিজলুসন অমা পাস তৌখি। রিজলুসন অদুনা কেরালাদা কম্যুনিস্ত গভর্নমেন্ত অমা লাকপগা লোয়নননা, শান্তিগী লম্বীনা সোসিএলিজম পুবক্কন্নবা হায়বনচিংবা রাফমশিংবু খন্নবা হৌরকখি। সিঃ সিঃ (C.C.) গী মেম্বর খবনদি দোকু-মেন্ত অসি লাল্লি হায়না খনখি। খরনা য়ানিংবা পোকই। তৌইগুম্বস্তুং সেন্ত্রেল কম্মীটিনা করি অমতা খন্নখিদে। অসিদা নত্তে, পার্টিগী মনুংদা বেসিক ওইবা আইদিওলোজিগী ইস্যুশিং ফাওবা খন্নবা তন্নবকখি। খুদম ওইনা সোসিএলিজম শাগৎনবগীদমক্তা শিন্মীশিংনা সুপ্না পানবা হায়বা নিয়ম অদু ফাউবা থওইবক্কে।

## রিপোর্ট অদুনা মখা তানা হায়খিঃ

কংগ্রেস গভর্নমেন্ত-গী চহি ৫ গী প্লান (Five-year plan) গী প্রোগ্রামশিং য়াউবা বুর্জুরাগী প্রোপেগান্দা মেছিন অদুনা মীয়ামগী অমস্তুং সেন্ত্রেল কম্মীটিগী পুক্কিং ওলহনবা ঙম্নকখি।

জানুরারী ১৯৫৯ গী রিপব্লিক দেগী মতাংদা ইরিবা ইদিতোবিয়েল অদুগী মরমদা চম্নবা অমা থোরকখি অমস্তুং সেন্ত্রেল একজিক্যুটিভ কম্মীটি (Central Executive Committee) না মখাগী রিজলুসনশিং অসি লৌবা তাখি—

(১) মীশিংনা থেংনরিবা স্ত্রগলগী মরমদা করি অমতা আর্টিকল অদুনা পনখিদে।

(২) নাগপুরগী সেসন্দা লৌখিবা অগ্রারিয়ান রিফোর্ম (agrarian reform) অদু করি অমত্তা য়েন্তনা য়াম্না থাগৎখি।

(৩) আর্টিকল অদুগী রাইহে খরনা অয়ানবা মাইকৈদা লমজিংনবা হোৎনখি মতুদি চীনাদ। ফংলিবা চাউখৎপগী থাক অসি শিন্মীনা লুচিংবা মীয়ামগী শক্তি য়াউজ্রবস্মু ভারতনা ফংবা ঙমগনি হায়না লাম্না লমজিংখি।

(৪) আরব লৈবাকশিংগী মনুংগী ওইবা মত থেন্নবশিং অদু নৈনবদা, ইউঃ এঃ আরঃ (UAR) গভর্নমেন্ত-না কম্যুনিস্ত-শিংবু য়ৈথবা হায়বসি জাতীগী একটা পুরক্লবা হোৎনরিবা শক্তিবু য়ৈথবনি অমস্তুং আরবকী প্রজাশিংনা ইম্পেরিএলিস্ত-গী মাইয়োক্তা শোক্লবা ত্রগল অদু মপাঙ্গল শোম্থহনবনি হায়বসি আর্টিকল অদুনা করি অমত্তা পনখিদে। মতুংদদি ইদিতোরিএল বোর্ড অমস্তুং ইদিটর-ইন-চিফ ( Editor-in-Chief ) অদুবু চেকশিন্নবা অমস্তুং পার্টিগী ওরগান্দা অরানবা অসি অমুক হন্না তৌদনবা সেন্ত্রেল একজিক্যুটিভ কম্মীটিনা অকনবা য়াথং পীখি।

হায়রিবা ফিভমশিং অসি কনাদা থিন্দুনা তাক্লিবনো হায়বসি সিঃ পিঃ আইঃ গী মেম্বরশিংনা খজিক্কুং খন্থগদ্রা ?

শোক ১৯৫৯ গী লোইশিল্লকপদা, কেরালা মিনিস্ত্রি অদু লৌথোকখি। থৌওং অসি গনতন্ত্র পামবা মীওইশিংনা য়াম্না শাউনিংখি। কংগ্রেস পার্টিনা রাইটিস্ত-শিংগা য়ানবা খরা পুরক্লগা লেফটশিংবু মরু ওইনা সিঃ পিঃ আইঃ বু তাথিনা তৌবা লীলা অদু ময়েক শেংনা উৎলকখি।

১৯৬০ গী এপ্রীলগী তাং ১০ দা সিঃ ইঃ সিঃ (C.E.C.) না নেশনেল কাউন্সীলদা পুথোক্লবা মতম অদুগী ফিভম নৈনবা ড্রাফট রিজলুসন অমা শেমখি। রিজলুসন অদুনা পলঘাট অমস্তুং অমৃতশ্বর কংগ্রেসতা থম্নখিবা রাজনীতিগী ফিভমসিং অদুস্মু পনখি। তৌইগুম্বস্তুং সিঃ ইঃ সিঃগী

কাংবু অমনা যাখিদে অমসুং তোঙানবা ড্রাফট অমা সারদেসাই, ভরানী সেন, জেদ এ অহমদ অমসুং কে দামোদরন-নচিংবগী মমিংদা য়েঙ্খোক্লক-খি। মখোয়না থেশিস অমা পুখোক্লকই মহুদি সাসন পাইরিবা কংগ্রেসগী মনুংদা খেন্নবা থৌওং অমা মশক তাক্লকলি। অদুনা পার্টিগী পোলিসি অসি খেন্নরক্লিবা থৌওং অদুদা যুম্ফম ওইরগা শেমগদবনি।

## তোঙানবা ড্রাফট অদুদা মখোয়না পনখি :

"শাসন পাইরিবা ক্লাস অসিগী মনুংদা রাজনৈতিগী শক্তম মশক তাক্লকলি। ভারত-কী বুর্জুৱাশিং অসিনা কাওলুপ অমা ওইনা ইন্দষ্ট্রী কযা লিংখৎতুনা নাংতম্বা কেপিতেলিস্ত-গী লম্বী অমা চাউখৎহনবা পাম্মী। অদুগা মোনোপোলিষ্ট কাংবু থরনা ভারতকী ইকোনোমী অসিবু চাউখৎনবা হোৎনবগী মহুৎতা মশাগী ওইজবা থিতুনতা লৈরি। মখোযশিং অসি, লৌয়াম চাবশিংগা পুনশিল্লগা কংগ্রেস পার্টিগী মনুং অমসুং মপান্দা যাউরিবা রাইট-রিএক্সনগী যাম্না মক ওইবা শক্তি অমনি। হায়রিবা শক্তমশিং অসি মযোল চোংখৎলকপদা ওাইরি। বুর্জুৱা কাওলুপকী মনুংদা নাকপাক-নাকপাক তান্নরকপগী মওং অদু লৈত্রি। অদুম্নদি ওইরগা উৎলক্লাবা শক্তমশিং অসিনা পোলিসি প্রোগ্রাম য়াৎ-লকপদা মত খেন্নহল্লক্লি। অমসুং দেমোক্রেটিক মুভমেন্ত-গী মক ওইবা মীৎকুপ অমা ওইরক্লি।" অসিগুম্বা রাথলশিং অসি সিঃ ইঃ সিঃ (C.E.C.) না মযামদা উৎথোক্লকখি। ড্রাফট রিপোর্ট-তা অজোয ঘোষনা "পার্টিগী লম্বী" বু অলোচনা তৌরিবা কাংবুশিংদা মথাগী অস্তুম্না পাউখুম পীখি—

"পার্টিগী মনুংদা যাম্না লানবা এক্সি-মার্ক্সিষ্ট ওইবা রিভিজনিস্ত-কী খোংথাংশিং অসি নেশনেল কাউনশিলগী মাটিংদা কুপশিন্দুনা থল্লরোই। লৌরিবা ফিরেপ অসি পার্টি মনুংগী অশোনবা, অরানবা ময়াম অসিবু লৌথোক্লবা অকনবা লাঞ্জং হৌরকপনি। মসি তঙায়ফত্রবা থবক্লি। আমৃতস্বর কংগ্রেস-দা ঐখোয়না লাঞ্জং অসি হৌখ্রে হায়না খল্লি।

তৌইগুম্বসুং তুংকুইনা শাংথবদি ঙমখিদে। মতু হৌজিক পাইখৎলগদবনি। রিফোর্মিজমগী অশেংবা উৎলকপা শক্তমদি ওক্টোবর থাদা মাদ্রাসদা কম্যুনিস্ত-না লুচিংবা কেরালাগী গভর্নমেন্ত অতুগা মরী লৈননা খন্নখিবা থৌওংশিং অতুনা চিংনবা লৈতনা তাকই মতুদি— সোসিএলিজম অসি তপ্না তপ্না পুরকপা হায়বা রাথল্লোন অসিনা পার্টিগী মপুং ওইবা রাথল ওইশিল্লক্লে। খল্লিবা রাথল্লোনদি অসিনি— ঐথোয়না কেরালাদা মাই-পাকপা অসিগুম্না মথংদদি কংগ্রেস গভর্নমেন্ত অসি উথাইতুনা ৱেষ্ট বেঙ্গল অমসুং অন্ধ্রদা কম্যুনিস্ত গভর্নমেন্ত লাক্কনি, মথংদা অতৈ অতৈ ষ্টেটকী পালী লাক্কনি। তপ্না তপ্না অতেক-অকাই য়াউদনা চাং অমদা অসুম অসুম হেঙ্গৎলকতুনা শক্তি অসি জয় তৌগনি।

কবিগুম্বা মতমদা গান্ধীগী ট্রেদিশনদা চাউরক্লবা বুর্জুৱাশিং অসি তোপ তোপ্পা গুণ চেল্লকপসু য়াই হায়না কম্যুমিস্ত-শিংগী মরক্তা থাজবসু য়াউবক্লি। মরম অতুনা, ১৯৫৮ গী জুলাই থাদা কেরালা গভর্ণমেন্ত অসি থুগাইনবা হিংসাগী উপায় শিজিন্নৰকপা অড়দা ঐখোয়না ঙক্না থোক্লে। অতুবু মমৈথংদদি ঐখোয়না অবানবা অদু চুমথোকখি। মমাংঙৈগী মতমদা কেবালাগী মতাংদা ঐখোয়না লৌখিবা ফিরেপ অতু রিফোর্মিস্ত-আউটলুককী শক্তম ওইবতা নত্তনা শক্তম অতৈ অতৈসু উৎখি।

কম্যুনিস্ত পার্টি অমতনা প্রসপেক্তিভ (perspective) য়াউদনা থবক চথবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং পার্টিগী লুচিংবা অতুনা অচুম্বা প্রসপেক্তিভ থমত্রবদি, বুর্জুৱা আইদিওলোজিনা ইনফ্লুয়েন্স তৌবা অরানবা প্রসপেক্তিভনা পার্টিগী থবক থৌওং কয়াদা লমজিংলক্কনি। হায়ৱিবা থৌওংশিং অসি ঐখোয়গী পার্টি মনুংদা চথরক্লি।

ড্রাফট ময়ামশিং অসি ১৯৬০ গী মে থাদা কলকটাদা পাংথোক্কদবা নেশনেল কাউন্সিলগী মীটিংদা খন্নগদৌরিবনি। নেশনেল কাউন্সিলদা সি ই সি (CEC)না মশীং য়াম্না হেল্লবসু রাইটিস্ত-শিংনা কন্না য়েৎলকপদগী

থন্ন নৈনবগী থবক অহু ভারতকী ফিভম থরা হেন্না মমুৎ তানা নৈনগদবনি হায়বগী মীংদা অতোপ্পা তারিখ অমদা য়েথোকখি।

মমাংদা, ১৯৫৯ গী নবেম্বর থাদা দাঙগে-না নেশনেল কাউনশিলদা নোট অমা পিশিনখি। নোট অদুদা কম্যুনিস্ত পার্টিনা নেহরুবু শোগৎ-পগী রাফম অহু পনখি। মহাক্না হায়খিঃ "করম্বা কাংবুগী রাঙাংদা ঐখোয়না থরায় হকচাং য়াউনা তাগদগে? মহুগী পাউখুমদি অসিনি—"কংগ্রেস পার্টিগী মনুংদা নেহরু অমসুং মাগী পোলিসি (হায়বদি মপালগী পোলিসি অমসুং জাতীগী শেমগৎ শাগৎপা) শিংদা য়াবা মীওইশিংবু ঐখোয়না শোগৎকদবনি। মখোয়বু য়েংথিবগী মহুৎতা পুন্না চৎমিন্নবা হোৎনগদবনি। মপালগী পোলিসিদা শোগৎপদা নত্তনা মনুংগী ওইবা অর্থনিতীগী ফিভম ফগৎনবা হোৎনগদবনি। লোয়নবা পার্টিগী পোলিসি প্রোগ্রাম কয়া অতৎ অথম লৈতনা থন্নখি। অদুবু হৌবদগী লোইবা ফাউবা ক্লাস স্ত্রগল তৌবগী মহুৎতা বুর্জুরাগা পুন্না চৎমিন্নবগী রাফমদমক মরু ওইনা কন্না থন্নখি।

## ৬শুবা পার্টিগী কংগ্রেস ঃ

৬শুবা কম্যুনিস্ত পার্টিগী কংগ্রেস ফমলমদাইদা কম্যুনিস্ত পার্টিগী মনুংদা হৌজিক হৌজিক চথরিবা পোলিসিগী মতাংদা অমসুং পৃথিবীগী কম্যুনিস্ত মুভমেন্তগী আইদিওলোজীগী ইস্যু কয়াদা মত শাথিনা খেন্নবা হৌরকখি। বিজয়ারাদাগী ৬শুবা কংগ্রেসদা পুথোক্কদবা প্রোগ্রাম অমসুং পোলিটিকেল রিজলুসন-শিং অসি নেশনেল কাউনশিলনা হাপ্পা কম্মীশন অনি (two Commissions) অহুনা মত অমতা ওইনা পুথৎলকপা ঙমখিদে। মরম অহুনা পার্টি কংগ্রেসদা ড্রাফট প্রোগ্রাম অনি অহুগা ড্রাফট রিজলুসন অনি পুথৎলকখি। নেশনেল কাউনশিলগী মেম্বর ২১না শেমলকপা ড্রাফট রিজলুসন অহুনা মত খেন্নবশিংগী মরমদা মথাগী অসুম্না ফোংদোকখি।

১) মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী য়ুম্ফমদা লৈবাক অসিগী রাজনীতি অমসুং অর্থনীতিগী ফিভম নৈনগদবনি।

২) কম্যুনিস্ত-৮১ অমসুং রার্করস পার্টিগী ষ্টেটমেন্ত (Statement of 81 Communist and worker's parties) গী মতুং ইন্না আইদিওলোজী অমসুং প্রিনসিপলগী মতাংদা ঐখোয়গী ফিভমগী ওইবা মতমতুগী চানবা রাজনীতিগী রিজলুসনশিং য়াৎথোক্কদবনি।

৩) ভারতগী মপালগী পোলিসি অমসুং গর্ভনমেন্টনা পৃথিবীগী থৌবম কয়াদা লৌরিবা ফিরেপশিং অসি মচা থায়না খংনবা হোৎনগদবনি।

৪) ইউ এস এ অমসুং নোংচুপলোমগী মতেং অমসুং ভারতকী ইকোনোমীদা মপালগী লন্নাই কেপিটেল ফাউন্জিল্লকপগী মওং অসি মোস্কো কনফরেন্সগী ষ্টেটমেন্তগী মতুং ইন্না নৈনগদবনি।

৫) নেশনেল দেমোক্রেতিক ফ্রন্ট অমা শাগৎনবা হোৎনবদা শিন্মীশিংগী দায়িত্ত অমসুং শিন্মী অমসুং লৌমীশিংনা পুন্না চৎমিন্নবা অমসুং অপুনবা মীয়ামগী স্ত্রগল তৌবগী তঙায়ফদবশিং অদু নৈনগদবনি।

রিভিজনিস্ত-শিংগী লম্বী (Line of the revisionists) :— দাঙগে, যোষী অমসুং আধিকারিনা পুখৎলকপা ড্রাফট প্রোগ্রাম অদুনা ভারতকী বুর্জ্জুরাশিংগী কমপ্রোমাইজিং (compromising) গী থৌওংশিং অদুবু করি অমতা থওইখিদে। মদুগী মহুৎতা অস্নুন্না হায়খি— "ইম্পেরিএলিস্ত অমসুং তুহৎলিবা কাংবুগী য়াম্না পামদবা মওংদা, ভারতকী সমাজ অমা চাউখৎলকপগী অরোইবা পান্দমদি সোসিএলিজমনি হায়বা য়াখ্রে। ষ্টেট অমসুং রিভলুসনগী লম্বীদা বুর্জ্জুরাগা পুন্না চৎমিন্ননিংবগী রাখল অদু প্রোগ্রাম অদুদা য়াউখি।

অদুগা ফিউদেলিজমগী মতাংদনা, জাতীগী বুর্জ্জুরাশিং অসি লৌয়াম চাবশিংগা য়ানবা অমা পুরক্লি অমসুং ষ্টেটকী শক্তি অসি মখোয় অনি পুন্না পাইমিন্নরি হায়বসি ড্রাফট অদুনা করি অমতা পনখিদে। মখোয়না অস্নুন্না ভারতকী বুর্জ্জুরাশিংগী চরিত্র নৈনরিবা অদুগা চাননা ড্রাফট অদুনা মথা তানা হায়খি মতুদি কংগ্রেস পার্টিগী মনুংদা য়াম্না শাথিবা রিএক্সনরী ওইবা কাংবু অসি স্বাতন্ত্র পার্টি (Swatantra Party) দা চাংথোক-খরে। অদুগা মখোয়বু শৌগৎপা খরদি কংগ্রেস মনুংদা লৈহৌদবা নত্তে। ড্রাফট অদুগী মতুংইন্না কংগ্রেস পার্টি অসি য়াম্না প্রোগ্রেসিভ ওইবা পার্টিনি হায়দুনা মীয়ামদা উৎখ্রে। মরম অদুদা ড্রাফট প্রোগ্রাম অদুবু ঐখোয়না ইনবা তাববদি কম্যুনিস্ত পার্টি অসি মপুং ফানা বুর্জ্জুরাগা পুন্না চৎমিন্নবা তাবনি।

ইন্তরনেশনেল কম্যুনিস্ত মুভমেন্ত-না খন্না য়ানখিবা অদুগী মাই-য়োক্না ড্রাফট অদুগী রাহৈ রাতাশিং অসি নোংচুপলোমগী মতেং য়াম্না লৌনিংবা বুর্জ্জুরা কাংবুশিংগী চংজফম ওইখি। ড্রাফট অদুগী রাহৈ-রাতাদি অসিনি—

"ভারতকী ইকোনোমী অসিবু অস্নুক্কী মতিক থুনা চাউখৎহন্নিংবদগী ভারতকী চাউখৎ-থৌরাং খরদা এংগ্লো-আমেরিকানগী সেন্তাও (Anglo-American Capital) ফাউজিনখিবগী খুদোংথিবা অদু চাং খরা হন্থনা য়েংবা য়াই। কাপশিল্লকল্লিবা হু অদু ঐখোযনা খিংবা ঙমগনি। মরমদি— ঐখোয়না থাজে ইম্পেরিএলিজমনা ঐখোয়গী লৈবাক্কগী লুপা কোটি খরদি পুখিবা য়াই তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী নীংতম্বগী ফিরাল অসি-বুদি পুখিবা ঙম্লোই। হায়রিবা অসি ইজিপ্তা অলসুং ইরাক্ক-দা হোৎন-থ্রবনি অদুবু মাই পাকখিদে। টেক্তিস অমা ওইনা ঐখোয়না লৈরিবা সোসিএলিস্ত-গী কেম্প অসি মতেংগী দবকার লাকপদা কৌদুনা শিজিন্নগনি।

পার্টি কংগ্রেস মমাংঙৈগী থন্ন-নৈনবদস্থ এসঃ এঃ দাঙগেনা মথক্কী মৱৈ অসি মপানগী মতেং অমস্থং বুর্জুৱা-ক্লাসগা পুন্না চৎমিন্নবা পান্নবা মীওইশিংগী মাইয়োক্তা শিজিন্নগ্রবনি হায়বসি ময়াম্না থংনরবনি। মহাক্না হায়খি— আমেরিকাগী দোলারশিং ভারত-তা থাদরকপা অসিতমক উরিবসি করিনো ? শেঙ্গাওদা চংলক্লিবা রুবলশিং অসিস্থ উগদবনি। মপান্দগী পৈশা থাদরকপা অসি থোইনা কিনিংঙাই লৈতে মসি "অঙ্কাংগী জোনসন পাউদর" দা পৈশা থাদবগুম্বনি হায়না করেন্নখি।

অজোয় ঘোষ মশামক্না পার্টি কংগ্রেসগী রিপোর্ট পিবদা পার্টি মনুংদা অচৌবা মত খেন্নবা অমা লৈরে হায়বা য়াখি। মতম অদুদা মহাক্ন হায়খি—

মতম থবা অসিদা ঐখোয়গী পার্টিগী কমরেদশিংগী মনুংদা য়াম্না শাথিনা মত খেন্নবা অমা লৈরে হায়বা থংখি। মত খেন্নবকপা অদুনা মরম ওইদুনা চহি অমগী মমাংদ ফমখিবা কলকটা কংগ্রেস-তা পোলিটিকেল রিজলুসন লোবা ঙমখিদে।

## মহাক্না মথা তানা হায়খি :

শোক ১৯৬০ গী দিসেম্বর থাদা ফমখিবা নেশনেল কাউনশিলগী মীটিংদা কম্মীশন অমা শেমখি। কম্মীশন অদুনা ভারতকী লৈরিব ফিভম অদু মত অমতা ওইনা পুখৎলকপা ঙমখিদে। অদুনা নেশনেল কাউনশিলদা ড্রাফট অনি পুখৎলকখি।

## খেন্নবশিংগী মরমদা মহাক্না হায়খি :

মথাদা পল্লিবা ইশুশিং (issues) অসিদা মত খেন্নবা উৎলকখি—

(১) নৌনা নীংতম্বা ফংগ্রবা লৈবাকশিংগী মরীদা মোস্কো ষ্টেটমেন্তগী ফোর্মুলাশিংগী অশেংবা শাফুশিংগী মতাংদা মত খেন্নখি।

(২) ঐখোয়গী লৈবাক্কী রাজনীতি অমসুং অর্থনীতিগী ফিভম নৈনবদা মত খেন্নখি।

(৩) পার্টিগী ওইবা হৌজিক হৌজিক্কী তোগদবা থৌদাংশিংগী মতাংদা মত খেন্নখি।

খেন্নবশিং অসি লৈবা মরমনা মীয়ামগী ওইবা রাজনীতিগী রিজলুসন লৌবা ঙমখিদে। নেশনেল কাউনশিলগী অয়াম্বা মেম্বরশিংদা পার্টি কংগ্রেসদা পুথৎলক্কদৌরিবা পোলিটিকেল রিজলুসন অদু—বুজ্জু রাগা পুন্না চৎমিন্ননিংবগী মমী কল্লা তাখি। বিজয়ারাদা-দা ফমখিবা ৬ শুবা কংগ্রেসতা কম্যুনিস্ত পার্টিগী খ্বাইদগী শাথিবা ক্রাইসিস অদু মাইয়োক্কবা তাখি। জেনেরেল সেক্রেটরীনা পীবা রিপোর্ট অমসুং স্পিচ অদুদা য়ুম্ফম ওইরগা, পোলিটিকেল রিজলুসন শেমদোক্কনি হায়না য়ানখিবদগী পার্টি অদু অনি থোক্না কায়রমগদবদগী কনখি। প্রোগ্রাম ড্রাফট অদু মতম খরা ৈয়েথোকখি অমসুং নেশনেল কাউনশিলদা খন্ননবা থাদরকখি। থা নিপালগী মতুংদা তৌগদৌরিবা ইলেক্সনগীদমক্তা লৌগদবা টেক্তিসগী মতাংদদি মত মান্নখি হায়বা য়াই। রিভিজনিস্ত-গী কাণ্ডবুশিংনা পার্টিগী মেছিন অসি মখোয়গী মখুত্তা লাক্কবা কন্না হোৎনখি। নেশনেল কাউন-শিলগী পেনেল শেম্বদা ষ্টেটকী দেলিগেশনগী অয়াবা মত লৌবগী চৎনবী অদু থুগাইখি। মরম অদুনা অনৌবা সেন্ট্রেল একজিক্যুটিভ কম্মীটি শেম্বদা কমরেদ পীঃ সুন্দরিয়া, জয়োটি বসু অমসুং সুরজিতনা য়াউরোই হায়না রারেপ লৌখি।

## জেনেরেল ইলেক্সন :

কংগ্রেস পার্টিগী মোনোপোলিগী শক্তি অসি থুগাইগদবনি হায়বা স্লোগান অসিগী মখাদা কম্যুনিস্ত পার্টিনা জেনেরেল ইলেক্সন-দা শরুক য়াখি। মতম অসিদা, অজোয় ঘোষদি শিগ্রে। ইলেক্সন তৌননবা নেশনেল কাউনশিল ফমখিবা মতম অদুদা ড্রাফট রিভিউ অনিথক খন্ননবা

পুথৎলকখি। অমনা ভুপেশ গুপ্তনা শেম্বনি অদুগা অতোপ্পা অমনা পিঃ সিঃ যোষীনা শেম্বনি।

## পিঃ সিঃ যোষীনা মখাগী অস্তন্না ইখি ঃ

"ইলেক্সনদা কংগ্রেস পার্টিনা রাইট পার্টিগী মখুত্তা মাইথিরকপা অসি কম্যুনিস্ত অমসুং কংগ্রেস লীদর অমসুং কেদরশিংগী মরক্তা অক্ষবা মরী শাগৎনবগীদমক্তা হান্নন পীরবা ফিভমশিংনি। অনৌবা থৌওং অসি পুরক্লবা কংগ্রেস মনুংদগী হৌদোকপদি ওইথোক্তবনা, ঐখোয়গী পার্টিনা হৌদোকদবনি। অহানবা অমসুং অনিশুবা জেনেরেল ইলেক্সন-দদি কংগ্রেস পার্টি অসি লেফটলোমদা ওনশিল্লি অদুগা হৌজিক্তি রাইট-লোমদা চৎলি হায়বা পেন্দবা রাখল অসিনা মরম ওইরদুনা পার্টি অসি সেক্তেরিয়ানিজম (sectarianism) গী অমম্বা রাখল মরক্তা উংদুনা লৈবা অরেম্বনি হায়খি। মরম অদুনা পার্টি অসি হিংননবা য়াম্না থুনা মমায় লৈবগী দরকার লৈ। অদুক্কী মতিক মমায় লৈবা থুরিবমখৈ, পার্টি অসি থুনা চাউখৎলক্কনি।"

অতোপ্পা অমনা ভুপেশ গুপ্তাগী ড্রাফটনি। মহাক্না হায়খি—

"ইলেক্সনগী ফলদগী নেশনেল কাউনশিলনা পীখিবা লম্বী অদু চুম্লে হায়বা ঐখোয়না খঙখি। রাইট রিএক্সনগী শক্তি অসি মপাঙ্গল কনখৎ-লক্লি হায়বসি খংবগা লোইননা মহাক্না চ্যেকশিন্নবা হায়খি মদুদি কম্যু-নেল অমসুং রাইট রিএক্সন অসি ঐখোয়না তরাই তরাইনা লৌরোইদবনি অদুমদি ওইরগা থক থক নিকপমখৈ কিবা তাঙ্কক অদুদি য়ৌদ্রি। কম্যু-নেল অমসুং রাইট রিএক্সনবু লাইনা লৌবা তারবদি, সেক্তেরিয়ানিজমগী লম্বীদা চৎখিগনি অমসুং সেকুলার অমসুং প্রোগ্রেসিভ ওইবা শক্তি ময়াম পুনশিন্দুনা রাইট রিএক্সনগী মাইয়োক্তা স্ত্রগল তৌগদবগী থৌদাং অদু থওইদবা তারক্কনি। অমরোমদনা কম্যুনেল অমসুং রাইট রিএক্সনবু কিমল্লবদি কংগ্রেস পার্টি অমসুং বুর্জুয়া লীদরশিংগী তুং ইনখিবা য়াই।

দোকুমেন্ত অমি অসিদগী ঐখোয়না খংলে মতুদি চহি ১০ চুপ্পা হুপ্পিন হুপ্পিন্না থল্লরিবা মত খেন্নবগী মচাক অতু করিনো হায়বতু খংলে। কম্যুনিস্ত পার্টিনা মরু ওইনা লাল শোরুগদৌম্বিবা অসি কংগ্রেসগী মাইয়োক্তরা নত্রগা রাইটিস্ত-শিংগী মাইয়োক্তরা ? মথক্কী সমস্যাশিং অসিদা শাথিনা মত খেন্নরকপদগী জেনেরেল ইলেক্সনগী রিভিউ তৌবগী মীটিং অসি মথংগী মীটিংদা য়ৈথোকখ্রে।

কম্যুনিস্ত পার্টিগী মনুংদা রিভিজনিজমগী লম্বীদা চৎলিবা কমরেদ-শিংনা মখোয়গী লম্বী অসি নেশনেল কাউনশিলনা শৌগৎত্রে হায়বা খংলহুনা মখোয়না হোৎলবা ইলেক্সনগীদমক্তা পোষ্ট মোর্টেম তৌবগী কান্নদে হায়খি। ১৯৬৩ গী মার্চ থাদা পাংথোকখিবা বাই-ইলেক্সনদা সেন্ত্রেল লীদরশিপগী মনুংদা মত খেন্নবা অতু মথি ফোংলকখি। মতম অতুদা রিভিজনিস্ত-কী কাংবুনা সোসিএলিস্ত-কী রাম মনোহর লোহি-য়াগী মাইয়োক্তা কংগ্রেসগী মীরেপপু ইফোং ফোংনা স্বাগট তৌবগী থবক ফাউবা চত্থরকখি ।

কেরালাদা ষ্টেট সেক্রেটরিনা ষ্টেট কাউনশিলদা থল্লরবা মতুংদা বাই-ইলেক্সন অহুমগী মরমদা ষ্টেটমেন্ত অমা থাদোরকখি। ব্রারোল অতুদা মহাক্না শেংনা হায়খি— বাই ইলেক্সন অহুমদা কম্যুনিস্ত পার্টিনা কংগ্রেসকা এদজস্তমেন্ত তৌগনি। মহাক্না মখা তানা হায়খি— নন-এলাইনমেন্ত, সোসিএলিজম অমস্তুং প্লানিংগী মখাদা চত্থরিবা চাওখৎ-থৌরাং, পুন্নমক অসি পাংথোক্লবগীদমক্তা কংগ্রেস পার্টিবু শৌগৎপা হায়বসি য়াম্না দরকার ওই। তৌইগুম্বস্তুং হায়রিবা লম্বী অসি পার্টিগী মেম্বর কয়ানা থিংলকপদগী থবক ওইনা পাংথোকপা ওমখিদে। হৌ-জিক্তি তশেংনা খংলক্লে মতুদি কংগ্রেস পার্টিগী ভুং-ইন্নিংলিবা কাংবু অসি দাঙগেগী কাংবুনি। বিজয়ারাদা পার্টি কংগ্রেসকী লম্বী অসি রানিংদ-হুনা মপুম ওইনা লংথোকখ্রে।

দাঙগেগী কাংবু অসিনা ভারত অমসুং চীনাগী মরক্তা থংনরকপা অতুগী তাঞ্জা লৌরদুনা কংগ্রেস পার্টিগা পুন্না চংমিন্নবগী লম্বী অদু থরায় হুকচাং য়াউনা তকশিল্লকপা হৌরকখি।

গোভর্নমেন্ত-না মতাং অসিদা লুচিংবা মীওই খরসু জেলদা থমখি। কম্যুনিস্ত-কী লীদরশিপ থবা জেলদা থমখিবা অদুগী মাইয়োক্তা লাউ-খোংবগী মহুৎতা লৈবাক অসিগী চৌভিনিস্ত-শিংগা খুৎ শম্নখি।

## ওরগেনাইজেসনগী মওংশিং :

গভর্নমেন্তনা কম্যুনিস্ত পার্টিগী লীদর খরা ফাজিল্লকপা তাঞ্জা অসিদা দাঙগেগী কাংবুনা তোঙান-তোঙানবা ষ্টেটতা লৈরিবা কম্যুনিস্ত পার্টিশিং অসি খুদুম চনশিন্নবা তৌরকখি। মরু ওইবা লিদরশিং অসি জেলদা থম্লিরৈঙেদা, ৱেষ্ট বেঙ্গল ষ্টেট কাউনশিল মুথৎখি অমসুং পিঃ ওঃ সিঃ (P.O.C.) অমা শেমখি। পঞ্জাব-তা ষ্টেট একজিক্যুটিভ কম্মীটিগী অয়াম্বা মীওইশিংনা জেলদা লৈরিঙেদা, স্পেসিয়েল কনফরেন্স কৌখি অমসুং অনৌবা কম্মীটি অমা শেমখি। তাঞ্জা অসি গভর্নমেন্ত-না এতেক তৌরকপা হৌরকপা মতাংদনি। ১৯৬৩ গী মার্চগী তাং ১৪ দা—শিগ্রবা ভূপেষ গুপ্তা-না সেন্ত্রেল সেক্রেটরিএট-কী নোট অমদা মখাগী অসুম্না রার্নিং পীখি—

“রিজলুসন অদুনা হায় মহুদি পার্টিগী মনুংদা মত খেন্নরিবা অসি কোকহন্নবগীদমক্তা অমসুং পার্টিগী ওরগেনাইজেসন ফগৎনবগীদমক্তা তোপ-তোপ্পা কনফরেন্স অমগী দরকার লৈ। অদুবু ঐনা কিরিবদি মসিগী ওন্ন-তৈনবদা লাকক্র্র হায়বসিনি। ফিভম অসি অসুম অসুম ফংচিল্লক্রুহুনা পার্টি অসি কায়দনবা হোৎনবা খুদিংমক উৎতা ঘী হৈব-গুম থোক্রুগদ্রা? ঐখোয়গী পঞ্জাবকী কমরেদশিংনা পার্টিগী ক্রাইশিস অসি লাইনা লৌবগুম তৌরিবসি ঐনা নুংঙাইতবা ফোংদোক্লি।”

"য়াম্না অথম্নবা কনফরেন্স অমা ফম্নগা হৌজিক্কী ষ্টেট কাউনশিলবু অনৌবা অমনা শিন্দোকপা অসি য়াম্না অরানবা খোঙথাংনি। মরু ওইনা রুল্ (Defence of India rules) গী মতুং ইন্না পঞ্জাবকী লীদর অয়াম্বা জেলদা লৈরিঙৈদা কাউনশিল শিনদোকপগী থবক অসি অশিং-বগী থবক নত্তে।"

## মহাক্না মথা তানা হায়খি:

"তোপ তোপ্পা ষ্টেট কনফবেন্স অমা ফম্নবা রারেপ লৌবা অসি"

১। হৌজিক্কী ফিভমদা রাজনীতিগী অরানবা খোঙথাংনি। মত খেন্নবা অহু তাইশিনবগী মহুত্তা মত মান্নদবা হেঞ্জিল্লকনি।

২। ওরগেনাইজেসনগী মপাঙ্গল হন্থরকনি। পঞ্জাবতা পার্টি অসি মশক থিরকপা অমসুং মথাং কংথবকপদা নত্তনা কম্যুনিস্ত পার্টি মশামক মশা শোল্লকনি।

৩। পার্টি কনস্টিটিউশনগী মীৎয়েংদা য়েংলুরবদি রাবেপ অসি যাম্না চিংননিংঙাইনি।

মহাক্না হায়রিবা পাউতাক অসিদা করিস্মু নাচুংখিদে মরমদি দাঙগেগী কাংবুনা পার্টি অসিবু থুগাইনবা কন্না হোৎনখি। মতম অহুগী গভর্নমেন্ত-না ওং নৈবগী তাঞ্জা অহু লৌবহুনা দাঙগেগী কাংবুনা বুর্জ্জুরা ক্লাস-কা পুন্না চৎমিন্ননিংবগী মাইযোক্তা স্তগল তৌরিবা লুচিংবশিংবু, লিদরশীপকী ফমদগী লৌথোক্নবা কন্না হোৎনরকখি।

নেশনেল কাউনশিলদা দাঙগেগী রিজলুসনবু য়েৎলিবা কাংবু অমসুং কমরেদ রামামুর্তি অমসুং কমরেদ ই: এম্: এস: নমবুদিরিপদকী রিজলুসনবু শৌগৎলিবা মীওইশিংবু চীনাগী মীচংনি হায়হুনা বুর্জ্জুরা প্রেসতা কন্না শন্দোরকখি। মতাং অসি বুর্জ্জুরা প্রেস-শিংনা অমসুং এন্তি-কম্যুনিস্ত ওইবা পার্টিশিংনা হায়রিবা মওং অসিদা কন্না কেম্পেন

চথবা মতমনি। অসিগুম্বা বুর্জুরা প্রোপগন্দাদা য়াওশিনথরবা পার্টিগী মেম্বরশিংনা থাদোরকপা ষ্টেটমেন্ত-শিং অসিনা কম্যুনিস্তশিং বু লাংদা থুহনিংবা পার্টিশিং হায়বদি জন সংঘ, আর: এস: এস:, স্বাতন্ত্র পার্টিন-চিংবগী খোয়চাক হুনবা ওইনা খোকখি।

## লেফটিষ্ট-শিংগী মথক্তা অহানবা আক্রমন :

নবেম্বর থাদা মাহারাষ্ট্রাদা অহানবা ওইনা মতম অমুগী কংগ্রেস গভর্নমেন্ত-না চীনাগী মীচং চংবা মীওইনি হায়জিল্লগা কমরেদ খরা মখোযগী মীচংদা মী কয়া লৈরিবগে হায়বা থংননবা চাংয়েং তৌবা ওইনা ফাজিনখি। নুমিৎ ১০ গী মতুংদা ফমখিবা সি: ই: সি: (C.E.C) অমসুং এঃ আইঃ টিঃ ইউঃ সিঃ (A.I.T.U.C.) গী মীফমদা অফা-অপুনগী থবক অসিবু নিন্দা তৌবা অমসুং ফাথরবা কমরেদশিংবু থাদোক্নবা রিজ-লুসন পাস তৌখিবা অমু থিংননবা মহাক্কী অঙম্বা শক্তি শিজিন্নহুনা হোৎ-নখি। কংগ্রেস পার্টিগী অযাম্বা মীওই, রাইট রিএক্সনগী কাংবু অমসুং কম্যুনিস্ত পার্টিগী দাঙগেগুম্বা মীওই ময়াম অসিগী সর্পোট ফংবদগী লৈবাক্কী রাযেল চুপ্পী পাইরিবা কংগ্রেসগী গভর্নমেন্ত-না নবেম্বর তাং ২১ দা কম্যুনিস্ত-কী মথক্তা ভারতকী মফম খুদিংমক্তা আক্রমন তৌরকপা হৌরকখি। তাঞ্জা অসি য়ৌরবা ফাওবদা মখোয়না গভর্নমেন্ত-গী অরানবা খোঙথাংশিং অসি হন্দোকখিনবা মীয়ামগী ওইবা কেম্পেন অমা ফাউবা চথখিদে। অশেংবা কম্যুনিস্ত খুদিংমক্তা ইকাইগনি মহুদি ভারতকী কম্যুনিস্ত পার্টিগী লুচিংবশিংনা গভর্নমেন্তকী অরানবা পোলিসিগী মাই-য়োক্তা লাউ-খোংবগী মহুত্তা মপানগী পার্টিশিংনা প্রোতেস্ত তৌরকখি। ক্রেতরনেল পার্টিনা হুঞ্জিন-হুঞ্জিন্না প্রোতেষ্ট তৌবা হৌরক্লবসু মতম অমুদা লিদরশীপ লৌবিবা দাঙগেগী কাংবুনা গভর্নমেন্তগী ওৎ-নৈবা অমসুং নমথবগী মাইয়োক্তা মীয়ামগী ওইবা কেম্পেন অমত্তা চথদে। পার্টিগী মীওই খরা জেলদা থমখিবদা পার্টি অমুগী লুচিংবনা তুমিন্না

লৈথোকখিবা অসি ইতিহাসতা অহানবনি হায়বা য়াই।

টামিল নাডু ষ্টেট কমীটিগী সেক্রেটরীনা দিষ্ট্রীক্টী ইউনিটশিংদা ফাগ্খিবা কমরেডশিং থাদোকউ হায়না ইরিবা পোষ্টরশিং লৌথোকউ হায়না হুকুম তৌখি। অহুগা কমরেড ই: এম্: এস: না "নিউ এজ" গী চেফোংদা, ইদিতর অমা ওইনা ১৯৬৩ গী জানুয়ারী তাং ২৩ গী ইস্যুদা ফাগ্খিবা কমরেডশিং থাদোকউ হায়বা পেরা অদু ইদিতরেল বোর্দকী মেম্বর অতৈনা, মশীং হেনবগী য়ারেপনি হায়দুনা মুথৎখি।

১৯৬৩ গী জুন থাদা, হায়দ্রাবাদতা টি: ইউ: সি: (T.U.C.) গী দাওগে য়াউবা মীটিং অদুদা য়ার্করশিংনা ফাগ্খিবা কমরেডশিং থাদোক্নবা অকনবা লাঞ্জং চংগদবনি হায়না কন্না তকশিল্লকখি। মসিদা মহাক্না শাওরদুনা মখৌ পোংনা লাউরকখি— "মহাত্মাশিং অসিনা জেলদা লৈব-বস্মু অতিয়া অসি নিংখাইদুনা তায়রক্লরোই।"

দিল্লিদা পাংথোকখিবা অচৌবা মীয়ামগী খোংচৎ অমদা "বি: টি: য়ানাদিভ জিন্দাবাদ হায়না লাউরুবগীদমক্তা দাওগেগী লীচিং মখাদা বোম্বে কমীটিনা কমরেদ থরা তাম্থোকখি। ঐখোয়না খংগদবদি থোক-লিবা থৌদোকশিং অসি ভারতকী সিমানাদা লাল শোক্নবা লোইথ্রবা মতাংদনি। কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ইমরজেন্সি লৌথোকপগী মরমদা থা তরুক চুপ্পা য়া ঙাংখিদে। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা অতৈ ওপোজিসন পার্টিনা ইমরজেন্সী লৌথোকউ হায়না তৌখিবা দাবী অদুগী মাইয়োক্তা, কম্যু-নিষ্ট-কী মী অয়াম্বনা থিংখি। ১৯৬৩ গী জুন নেশনেল কাউনশিলগী মীফমদা ইমরজেন্সীগী ইস্যু অসিগা মরি লৈননা রিজলুসন অমা লৌবা তারকখি। রিজলুসন অদুনা ইমরজেন্সী লৌথোকউ হায়না দাবী তানবগী মহুত্তা ওপোজিসন পার্টিশিংগা খন্নরগা ইমরজেন্সী থম্বসি দরকার লৈরিবরা হায়না খন্নবা গভর্নমেন্ত-দা হায়জগনি হায়না পাস তৌখি।

রিজলুসন অসি পাস তৌখিবা মতুং নুমীৎ নিনিগী মনুংদা এ: আই: টি: ইউ: সি: গী জেনেরেল কাউনশিলগী মীটিংদা দাওগেনা ষ্টেটমেন্ত

অমা পীখি মহুদি মাগী মত মতুংইন্না ইমরজেন্সী অসি চত্থগদবনি। অসি-নচিংবা মথক্কী নুংঙাইতবা থৌওংশিং অসি লৈনা লৈনা পার্টি অসি কায়-দনবা ঐখোয়না হোৎনখি।

## পার্টি কায়দনবা হোৎনরকপা :

চহি অসিগী লোইশিল্লকপদা কমরেদ খরা জেলদগী থাদোরক্লমী। মখোয়না পার্টি মনুংদা ইউনিতি পুরক্লবা কন্না-হোৎনখি। ১৯৬৩ গী ওক্টোবর থাদা ফমখিবা নেশনেল কাউনশিলগী মীটিংদা পার্টি অসি অমতা ওইনা লৈননবগীদমক্তা এমঃ বসাভাপুনাইয়া অমসুং অতৈ কম-রেদ খরনা মথাগী প্রোপোজেলশিং অসি থাঙ্গৎলকখি। (১) প্রোভিন-সিএল ওরগেনাইজিং কম্মীটি (Provincial Organising Committee) শিং অসি মুথৎকদবনি অমসুং রেষ্ট বেঙ্গলদা ষ্টেট কাউনশিল অসি অমুক হন্না থমগদবনি। (২) পঞ্জাব-তা, শোক ১৯৬২ দা ইমরজেন্সী লাকপদগী লুচিংবা কমরেদ কয়া জেলদা থমখিবনা মরম ওইরহুনা তোপ তোপ্পা প্রোভিনসিয়েল কনফরেন্স অমা ফমখি অমসুং অনৌবা ষ্টেট কাউনশিল অমা শেমখি। জেলদগী লীদরশিং অসি থাদোক্লবা মতুংদা অনৌবা কাউনশিল অদুগী মহুত্তা পার্টি কনফরেন্স তৌহুনা অতোপ্পা অমা থনগদবনি। (৩) কমরেদ গোপালান অমসুং সুন্দরায়া লুচিংবা অনি অসিগী মথক্তা চত্থিবা লমচৎ-শাজৎকী ইনকারী অসি লৌথোক-কদবনি।

পার্টিগী মনুংদা যাম্না কুপ্পা নৈনরবা মতুংদা নেশনেল কাউন-শিলনা, ফাখিবা লুচিংবশিং থাদোকখ্রবা মফমশিংদা অমসুং হান্নগী ফিভমদা হল্লিল্লবা মতুংদা ষ্টেট অমসুং দিষ্ট্রিক কয়াগী কনফরেন্স পাং-থোক্লবা প্রোগ্রাম শিনগদবনি। অদুগা ভারত পুম্বগী ওইবা পার্টি কংগ্রেসগীদমক্তদি বেঙ্গল, পঞ্জাব, আসাম, ত্রিপুড়া, মণিপুর অমসুং ইউঃ পীঃ গী লুচিংবশিং অসি জেলদগী থাদোরকপা ঙাইগদবনি। কংগ্রেস

অসিদা মরু ওইবা ইস্যু কয়া থম্ন-নৈনগদবনি অমসুং য়ারেপ লৌগদবনি। পার্টিগী মনুংদা মেম্বরশিং লৌশিনবা অমসুং রিনিউ তৌবগী মতাংদা চাং নাইদবা অমসুং পেন্দবা কয়া থোকই। তোঙান তোঙানবা থাক্তা লৈরিবা লিদরশিং অসি মত তিম্ননা পুনশিল্লবা মতমদা, অয়াৎপা অমসুং হেক্তিনবগী থৌওংশিং অসি ইরা য়াদনা চুমথোকপা ঙমগনি। তৌইশুম্বসুং তোঙান তোঙানবা ষ্টেটশিংদা লূচিংবা কময়েদ কয়া পাক-ভক্লনা ফাখিবদগী মেম্বরশিং রিনিউ তৌবা অমসুং অনৌবা লৌশিনবগী থবক অসি মাইপাক্না চথবা ঙমখিদে।

মরম অদুনা পার্টিগী কংগ্রেস অসি নিংথিনা গনতন্ত্রিক ওইবা মওংদা পাংথোক্লবগীদমক্তা মেম্বরশীপ মশিং হেক্তিন্না হায়জিল্লোইদবনি অমসুং রিনিউ তৌবদা মরম চাদনা থিংজিনবগী থবক অসি তৌরোইদবনি। মদুতনা পার্টি অসি চাউথৎলকদৌরিবনি। অসিগুম্বা মীৎয়েংশিং অসিগা লোয়ননা ঐখোয়না মথাগী থয়া অসি প্রপোজ তৌরি।

(১) বিজয়ারাদা কংগ্রেস পাংথোকখিবা মেম্বরশীপ রোল (membership role) অদুদা য়ুম্ফম ওইরগা মথংগী পার্টি কংগ্রেস পাংথোক্লবা হোৎনগদবনি। মরমদি মেম্বরশীপ রোল অদু ময়াম্না মত খেন্নদনা য়ানথ্রবনি।

(২) অকক্লবা মতমগী মনুংদা পার্টিগী মেম্বর খুদিংমক্না মশা মশাগী কার্দ রিনিউ তৌননবা খুদোংচাবা পীগদবনি। অদুগা নমথবগী থবক মপুং ফানা লৌথোকত্রিবা মফমশিংদা, মতম অদু থবা শাংদোক্ত-দবনি।

(৩) অনৌবা মেম্বরশীপ লৌবগী মতাংদা ষ্টেটকী সব-কম্মীটিনা অয়ান-অছুই য়েংশিনগদবনি অমসুং কনফরেন্স-দা দেলিগেট ওইনা শরুক য়াননবগীদমক্তা মপুং ফাবা মেম্বর ওইবা য়ারত্রা নত্রগা য়াদ্রিবরা হায়বগী মতাংদা মদুগী চপ চাবা বোদিদা রেকমেন্দ তৌগদবনি।

অদুবু পার্টিগী মনুংদা প্রপোজেলশিং অসি থন্ন-নৈনবগী থবক অসি য়ানিংখিদে। ১৯৬৪ গী জুলাইগী তাং ৪ দা ঐখোয়গী নেশনেল কাউন-সিলগী লুচিংবশিংগা পুন্না পার্টি অসি কায়দনবা মীটিং তৌখি। মখোয়না হান্নগী প্রপোজেল (ভুপেস গুপ্ত'গী প্রপোজেল য়াউনা) হঞ্জিন হঞ্জিন্না হায়খি। মখোয়না দাঙগে-না হুমদুনা পুরিবা নেশনেল কাউনশিল অদুদা চংজখি অমসুং বুর্জুর্বা ক্লাসগা পুন্না চৎমিন্ননিংবগী লম্বী অদুবু তুং ইনখি। মবম অদুনা হৌজিক্তি তশেং তশেংনা থংলে মতুদি রিভিজনিষ্ট-শিংনা পার্টিগী মেছিন অসি থুতুম চল্লবা মতুংদা দেমোক্রেতিক সেন্ট্রেলী-জমগী নীয়ম থুগাইরকখি। মরম অদুনা পার্টি মনুংগী কন্ত্রাদিক্সন হেন-জিল্লকখি। মতুগী সোলুসন পুরক্নবগীদমক্তা মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্টকী থিওরীদা যুম্ফম ওইরগা পার্টি অসি অমুক হন্না ওরগেনাইজ তৌবা তারকখি। মথক্কী রারী অসিদগী ঐখোয়না থংলে মতুদি ভারতকী কম্যুনিষ্ট মুভ-মেন্ত-না কায়খিবগী মরম অসি মপানগী শক্তি অমনা থুগাইখিবা নত্তে। পুল্লিভৈগী সিঃ পিঃ আইঃ গী মনুংদা চহি ১০ চুপ্পা চথরকপা মনুংগী পার্টি স্ত্রগলগী অরোইবা তাঙ্কক্কী। হায়রিবা অসি লাল্লী হায়না কনা অমতনা থোনা ফনা চেলেনজ তৌবা ঙম্মোই।

৩

# পার্টি অনিঃ প্রোগ্রাম অনি :

অহানবগী আর্টিকল অনি অসিনা ভারতকী কম্যুনিস্ত পার্টি কায়-বগী মরম অসি চীনাগী কম্যুনিস্ত পার্টিনা ইনশিন্দুনা থোকহল্লিবনি হায়-বহু লাল্লি হায়বা উৎশ্রে।

হৌজিক্কি পার্টি অনি থোক্না তোঙান্না ফমখি : ১৯৬৪ গী ওক্টোবর, নবেম্বর থাদা ঐখোয়না কলকটাদা ফমখি। অদুগা ১৯৬৪ গী দিসেম্বর থা লোইরমদাইদা নেশনেল কাউনশিলগী মোজোরিটিনা ফমখি। বিজ-য়ারাদা কংগ্রেসদা খনখিবা নেশনেল কাউনশিলগী মেম্বর অয়াম্বনা সিঃ পীঃ আইঃ দা লৈহৌই অদুগা পার্টিগী অয়াম্বনা ঐখোয়গী তুংদা লেপখি। বিজয়ারাদা পার্টি কংগ্রেসদা লৈখিবা পার্টি মেম্বর ১,৭৫,০০০ গী মনুংদা মেম্বর লাখ অমদি বুর্জুরা পার্টিগা পুন্না চৎমিন্নবগী লম্বী অদু নিন্দা তৌখি। হায়রিবা কংগ্রেস অনি অসিদা তোঙান তোঙানবা প্রোগ্রাম-শিং অমসুং তোঙান তোঙানবা টেক্তিস লৈনখরে।

মতম অসিদা গভর্নমেন্তনা ঐখোয়না লৌরিবা ক্লাস স্ত্রগলগী লম্বী অসিদা পার্টি অসি হুম্বা ঙমলোই হায়না খনখি। অদুবু ঐখোয়গী তরেৎ-শুবা পার্টিগী কংগ্রেস অসি মাইপাকপা উবদা গভর্নমেন্তনা ঐখোয়গী পার্টিগী মথক্তা য়ৈথাই-থিনগাইবা হোৎকখি। সেন্ত্রর অমসুং ষ্টেটকী মরু ওইবা লিদরশিং খরা নত্তনা অয়াম্বা ফাজিনখি।

১৯৬৫ গী ফেব্রুৱারিদা পাংথোকখিবা কেরালাগী চৈরকী ইলেক্সন্দা গভর্নমেন্তনা য়াম্না শাথিনা নমথরবস্থু ঐখোয়গী পার্টিনা সিট ৪০ জয় তৌবা ওমখি অদুগা সিঃ পিঃ আইঃ না সিট ৩ ফংখি।

## তোঙানবা প্রোগ্রাম অনি:

পার্টি অমগী থবক্তা য়ুম্ফম ওইরিবা মরু ওইবা দোকুমেন্ত অনি প্রোগ্রামগী দোকুমেন্ত অসিনি। মার্ক্সিস্তশিংগীদমক্তদি লৈবাক অদুগী তশেং তশেংবা ফিভমশিং অদুদা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী বিজ্ঞান অসি পানশিন্দুনা শেমগদবনি। মথক্তস্থু পনখ্রে— ৬ শুবা পার্টিগী কংগ্রেসতা ড্রাফট অনি থম্লনবা পুখৎলকখি। তৌইগুম্বস্থুং মখোয়শিং অদু থম্লবা ওমখিদে। হৌজিক্তি সিঃ পিঃ আইঃ না চত্থনিংবা ক্লাস কোল্লাবোরেসনগী লম্বী অদুদগী ঐখোয়না তশেংনা তোঙাম্না তারে। মার্ক্সিস্ত-লেনিনিস্তগী আইদিওলোজীবু কন্না ঙাক্লবা হোৎনরে। অমস্তুং মরু ওইবা রাফম খুদিংমক্তা সিঃ পিঃ এমঃ অমস্তুং সিঃ পিঃ আইঃ গী প্রোগ্রামদা খেন্নবা লৈরক্লম্মী। তশেং তশেংনা হায়রবদা, নিংতম্বা ফংলবা মতুংদা ভাবতকী ষ্টেট অমস্তুং গভর্নমেন্তগী ক্লাসকী শক্তম, অনৌবা গভর্নমেন্ত অসিগী মঙ্গুংগী অমস্তুং মপালগী পোলিসিশিংদা লৌরিবা ফিরেপশিংগী মতাংদা সিঃ পিঃ এমঃ অমস্তুং সিঃ পিঃ আইঃ গী মরক্তা মত খেন্নবা লাকখি। অদুগীস্থু মথক্তা কেপিতেলিজমগী চাউখৎ-খোংথাংগী লম্বী ক্রিতিসাইজ তৌবগী মওং অমস্তুং কেপিতেলিস্ত নত্তবা ( Non-Capitalist ) অমস্তুং নেশনেল দেমোক্রেসি পাম্বগী মওং, মোনোপোলি নত্তবা নেশনেল বুর্জুরাশিংনা কেপিতেলিষ্টকী লম্বীগী মাইয়োক্তা স্ত্রগল তৌই হায়বা ফিরেপকী মতাংদা অমদি ভারতকী ইকোনোমীদা মপালগী মোনোপোলিষ্টশিংনা শাম্লরিবা শক্তমশিং অসি নৈনবা মতাংদা, ঐখোয়গী লৈবাক্কী অর্থনীতি চাউখৎনবা সোসিএলিষ্ট-লৈবাকশিংনা পীথিবা মতেংগী মতাং নৈনবদা পার্টি অনিগী মরক্তা য়াম্না খেন্নরকখি। ষ্টেটকী সেক্তর অমস্তুং কংগ্রেস পার্টিগী

অগ্রারিয়ান রিফোর্মগী মতাংদা খন্ন-নৈনবগী মতাংদা ঐখোয়গী পার্টিগা সিঃ পিঃ আইঃ গা পুকচেল থেন্নখি হায়বা য়াই।

ভারতকী কম্যুনিষ্ট মুভমেন্তনা মরু ওইনা খন্নখিবদি ভারতকী বুর্জুরাগী শক্তম অসিনি। সিঃ পিঃ আইঃ না য়াম্না কন্না হায়খি মহুদি ভারতকী বুর্জুরাশিং অসি ইম্পেরিএলিস্তকী মাইয়োক্তা লেপ্না মরমনা বুর্জুরানা লীদর ওইবসি য়ারে অমসুং শিন্নীশিংনা লীদরশিপ লৌববু য়ানিংদবা কোংদোক্লকখি। ঐখোয়গা মখোয়গা য়াম্না চাউনা মত থেন্নরিবা অসি শিন্নী অমসুং লৌমীগগী এলাইয়েন্স কনখৎনবা হোৎনবগী মহুৎতা, সিঃ পিঃ আইঃ গী লুচিংবশিংনা বুর্জুরাগী তুং ইন্নবা কন্না হোৎনখি।

## বুর্জুরাশিংবু নৈনবা ঃ

ঐখোয়না সিঃ পিঃ আইঃ গী প্রোগ্রামবু য়াম্না পাক চাউনা নৈনগে হায়না খনদে। অহুবু রুলিং ক্লাস অসি ইম্পেরিএলিজম অমসুং ফিউদেলিজমগা যানবা অমা পুরকপা পাম্মী হায়বসি সিঃ পিঃ আইঃ গী প্রোগ্রামনা উবা ফংখিদে। মখোয়গী প্রোগ্রামনা হায়খি—

"ব্রীটিশকী মাইয়োক্তা চত্থরিবা জাতীগী মুভমেন্ত অসিবু লুচিংলিবা নেশনেল কংগ্রেসনা নীংতম্নবা ভারতকী অহানবা গভর্নমেন্ত শেমখি। নেশনেল কংগ্রেসকী প্লেটফোর্ম অসি নীংতম্বা ভারতকী ষ্টেট অমা ফংহনবনি। লৈবাক অসিগী তুংগীদমক্তা নীংতম্ব জাতিগী ইকোনোমী অমা শাগৎলকপনি। প্লেটফোর্ম অসি লৌমীশিংগী লেন্দ রিফোর্ম তৌরকপগী অশাতনা থল্লবনি। অতুগীসু মথক্তা শিন্নীশিংগী ফংক্ষম থোকপা ফংহন্নবা অমসুং পার্লিয়ামেন্তরী দেমোক্রেসিগী যুম্ফম ওইরিবা প্লেটফোর্মনি হাযখি।

নেশনেল কংগ্রেসকী রেদিকেল প্লেটফোর্ম অসি বুর্জুরাশিংনা শিজিন্নরিবা খুৎলাইনি। খুৎলাই অসিনা ইম্পেরিএলিজমগী মাইয়োক্তা কাবক-কাবক তৌশিন্নরগা মীয়ামগী মাইযোক্তা খুৎ থাহুনা শিজিন্নগদৌরিবনি হায়বসি সিঃ পিঃ আইঃ গী প্রোগ্রামদা উত্তে। মরমদি সিঃ

পিঃ আইঃ গী মত-তা শোক ১৯৪৭ তকী হৌনা ভারতকী চাউখৎ খোঙথাং অসি অপনবা লৈতনা মাই পাক্লকলি হায়না লৌই।

মহুগী ওন্ন-তৈনবদা ঐখোয়গী প্রোগ্রাম্না য়াম্না কন্না হায়খি—

নীংতম্বা ফংননবা স্রগল তৌরকপা চহিশিংদা বুর্জ্জ্বাগী শক্তম অসি মমায় অনি লোংই। অমবোমদা মখোয়না ইম্পেরিএলিজমগী মাইয়োক্তা প্রজাশিং অসি মোবিলাইজ তৌখি। অহুগা অমরোমদা বুর্জ্জুরাশিং অসিনা ইম্পেরিএলিজমগা কম্প্রোমাইজ তৌনবা হোৎনখি। মহুগী ফলনা নীংতম্বা ফংলবা মতুংদা অনৌবা লম্বী অমগী শক্তম উৎলকই। ইম্পেরিএলিজম অমস্তুং ফিউদেলিজম অমদি মীয়ামগী মরক্তা কন্ত্রাদিক্সন হেঙ্গৎলক্লবস্থ অহুগা পৃথিবীদা সোসিএলিস্ত সিষ্টেম লাকপদগী থুদোংচাবা কয়া লৈহুনস্থ, ভারতকী ষ্টেটবু রাযেল্লিবা অচৌবা বুর্জ্জ্বাশিং অসিনা ইম্পেরিএলিজম অমস্তুং ফিউদেলিজমবু যাম্না কন্না আক্রমন তৌদে অমস্তুং লৌথোক্লবা হোৎনদে। মহুগী ওন্ন-তৈনবদা অচৌবা বুর্জ্জুরাশিং অসিনা ষ্টেটকী শক্তি অসি মীয়ামগী মাইয়োক্তা শিজিন্নহুনা ইম্পেরিএলিজম অমস্তুং ফিউদেলিজমগা কম্প্রোমাইজ তৌহুনা মখোয় মশা মশাগী ফিভম ফগৎনবা হোৎনখি। চথরিবা থৌওং অসিনা মখোযগা মপানগী মোনোপোলিষ্টশিংগা অমস্তুং লৌবাম চাবশিংগা অচৌবা মরী অমা থম্বা ঊমখি। মতৌ অস্তুম তৌহুনা সোসিএলিস্ত লৈবাকশিংগী মতেং লৌহুনা অচৌবা ইন্দষ্ট্রীগী প্রোজেক্ট খরা শাজরবস্থ ভাবতকী বুর্জ্জুরাশিং অসি মীয়াম অমস্তুং কম্যুনিস্ত-কী মাইযোক্তা চৎলি। লোয়ননা ইম্পেরিএলিজমগী মাইয়োক্তা চথরিবা রিজলুসনগী লম্বীদা অথিংবা পী। (পেরা ১৫, পার্টিগী প্রোগ্রাম)।

## কেপিতেলিষ্টকী মওং চাউখৎহনবগী মতাংদাঃ

ভারতকী বুর্জ্জ্বাশিং অসিনা শান্নরিবা শক্তম অসিবু সবজেক্তিভ ওইবা মওংদা নৈনবগা লোইননা, সিঃ পিঃ আইঃ গী লুচিংবশিংনা খনখি

মতুদি কেপিতেলিজমগী ক্রাইশিস অসি অহুমশুবা থাক্তা য়োৗরবা ফাওবদা, সোসিএলিস্ত-কী মতেঙ তৌরগা ভারত-তা কেপিতেলিজম চাউখৎহনবগী ওইথোকপা লৈ হায়খি। মখোয়গী প্রোগ্রামদা মথাগী অসুম্না পনখি—

"ফিভম অসিগী মরু ওইবা অমসুং খুদোংথিবা লমচৎতি মসিনি মতুদি ইন্দষ্ট্রিদা কেপিতেলিস্তকী মরীদা অতুগা এগ্রিকলচরদনা সেমি-ফিউদেলদা য়ুক্ষম ওইরগা তোঙানবা, নীংতম্বা চাউখৎ-খোঙথাং অমদা চঙশিল্লক্লি। সোসিএলিজমগী মরমদা মখো পোংনা শাংজরবসু, কংগ্রেস পার্টিগী লীদর মখাদা চথরক্লিবা অসি কেপিতেলিজমনি—প্রাইভেট সেক্টরদা লম্লাইগী কেপিতেলিজম অতুগা ষ্টেটকী থাক্তনা ষ্টেট কেপিতে-লিজমনি। মহৌশানা কেপিতেলিজমগী মশাগী ওইবা ফত্তবা নীয়ম অমসুং কন্ত্রাদিক্সন লৈজবনিনা কেপিতেলিস্ত দিভেলপমেন্ত-গী অরাবা পোৎলুম অসি প্রজানা পুজবা তাবনি। তশেংনমক, মখোয়না কেপিতে-লিস্ত দিভেলপমেন্ত অসি ওইথোকই হায়না ইফোং-ফোংনা হায়বা হৌরকখি।"

ই: এম্: এস: কী "সি: পি: আই: গী মনুংদা লৈরিবা রিভিজ-নিজম অমসুং দোগমেটিজম" হায়বা লাইরিক মচা অতুবু ক্রিতিসাইজ তৌরতুনা ডা: আধিকারীনা জুনগী ১৯৬৪ দা মথাগী অসুম্না ইখি—

"ভারত অমসুং ইন্দোনেশীয়াগুম্বা লৈবাক্তা, অর্থনীতিগী নীং-খা তম্বা ফংগত্নরা হায়বদি কেপিতেলিস্ত-কী লম্বীদা চৎতুনা ইন্দষ্ট্রীদা অমসুং এগ্রিকলচরদা মপুং ফানা চাউখৎহনবা ওইথোকপরা? মসিগী পাউখুম পীরতুনা পৃথিবীগী অনৌবা ফিভম (অনৌবা মপোক লাংওন অমসুং কেপি-তেলিজমগী অহুমশুবা ক্রাইশিসকী থাক য়োৗরবা মতমদদি) অসিনা রাফম্ অসি ওইথোক্তবা নত্তে হায়খি। অতুগা জাতীগী বুর্জুরাশিংনা কেপিতে-লিস্ত-কী লম্বীদা নীং-খা তম্বা ইকোনোমী অমা শাগৎপা ওইথোকই হায়না মত পী। অতোপ্পা রাহৈদা হায়রগা, সি: পি: আই: গী মত

মতুং ইন্না, নোংচুপলোমগী কেপিতেলিস্ত লৈবাকশিংগী ১৮ অমসুং ১৯ শুবা শতাব্দীদা তৌখিবা অদুগুম্না ভারতকী বুর্জ্জুৱাশিংনা পাংথোকপা য়াই হায় ।"

মমৈথংদা, শেম শাবা লোয়শিল্লবা প্রোগ্রাম ওইনা পুথোরকপা মতমদা কেপিতেলিস্ত-কী লম্বীদা চৎতুনা মপুং ফাবা অচৌবা ইন্দস্ত্রি কয়া শাগৎলকপা য়াই হায়বসি ইফোং ফোংনা হায়ব। তোকতুনাময়ামগী য়ানবা মওংদ। মথাগী অসুম্না পুথোরকই—

"কেপিতেলিস্ত- দিভেলপমেন্ত অসি ওইথোক্কনি খল্লি অদুবু মশাগী মনুংগী ওইবা, কন্ত্রাদিক্সন, ক্রাইশিস অমসুং অকরুবা নীয়ম থরদি লৈ ।"

মাক্সিস্ত-কী লাইরিক পাবা খুদিংমক্না মহাক্না পনজ্রবসু থংই মতুদি কেপিতেলিস্ত-কী সিস্তেম অসি চাং নাইনা চথদে, ক্রাইশিস অমসুং কন্ত্রাদিক্সন্না পীক থল্লি ।

পল্লিবা প্রোগ্রাম অসিগী মাইয়োক্তা, সিঃ পিঃ এমঃ না ইন্তরনেশনেল কম্ম্যুনিস্ত মুভমেন্ত-গী ১৯৬০ গী দোকুমেন্ত-তা য়ুম্ফম ওইরগা "কেপিতেলিস্ত দিভেলপমেন্ত-গী করিস্থ কান্নজ্রবা লম্বী (Bankrupt path of capitalist development)" হায়বা প্রোগ্রাম অদুদা মথাগী অসুম্না হায়খি—

(১) ভারতকী বুর্জ্জুৱাশিংনা চথরিবা কেপিতেলিস্ত-দিভেলপমেন্ত-গী লম্বী অসি পৃথিবীগী কেপিতেলিস্ত সিস্তেম্না মরাই চাইথরকপা অমসুং কেপিতেলিজমগী ক্রাইশিসকী অহুমশুবা থাক্তা চংথ্রবা মতমদা চথরক্লিবা লম্বীনি ।

(২) ভারতনা অচৌবা ইন্দস্ত্রি লিংখৎনবগী খুৎসু-খুৎলাইগী য়ুম্ফমসু লৈতে অদুগা, শেঞ্জাও পৈশিনবা য়ানবা ভারতনা লুট তৌবা য়াবা লমশিং (colonial empire) সু লৈতে । অদুগা ভারতকী বুর্জ্জুৱাশিংনা মখোয়গা মথুক্তা লৈরিবা ষ্টেটকী শক্তি শিজিন্নদুনা, মীয়ামগী হুমাংতনা তাঞ্জরিবা লন খোমজিনখিদুনা মখোয় মশাগী শেঞ্জাও ।

তানশিল্লি। অমসুং জাতীগী ইকোনোমী অসি কেপিতেলিজমগী লম্বীদা চাউখৎনবা হোৎনৈ।

(৩) কেপিতেলিস্তকী লম্বীদা চাউখৎলক্লবসু, ভারতকী ইন্দস্ত্রি অসি কেপিতেলিস্ত মমাংগী সমাজগী মচাক (elements of pre-capitalist society) কয়ামরুম য়াউরি। খুমাং চাউশিনগ্রবা কেপিতেলিষ্ট লৈবাকশিংগা মান্নদনা (মফমশিং অসিদদি মচিন তুমখৎলক্লিবা বূর্জুৱাশিংনা কেপিতেলিস্ত মমাংগী সমাজবু থুগাইরগা কেপিতেলিজম চাউখৎলকপনি), ভারতকী কেপিতেলিজমদি প্রি-কেপিতেলিষ্ট সোসাইটিদা শাগৎলকপনি। চহি ১০০ হেন্না রায়েনগ্রবা ব্রিটিশগী কোলোনিয়ালিস্ত-শিংনা প্রি-কেপিতেলিস্ত সমাজবু পুমতোই তোইনা থুগাইরমদে। অদুগা শোক ১৯৪৭ তা ব্রিটিশনা শক্তি শিন্নরম্লবা ভারতকী বুর্জুরাশিং অসিনসু প্রি-কেপিতেলিস্ত সমাজবু উৎ ওইনা হৌজিক ফাউবা থুগাইদরি। প্রি-কেপিতেলিস্ত সমাজবু থুগাইবা হায়বসি কেপিতেলিজম য়ং য়ং লাউনা চাউখৎহনবা অমসুং সোসিএলিস্ত সমাজনা মহুৎ শিন্দোক্লবা হোৎনবদা চংঙি। মরম অদুনা হৌজিকী মতমগী ভারতকী সমাজ অসি মোনোপোলি কেপিতেলিজমগা, শাগৈ জাৎ, জাতী বিজাতী থাইবা অমসুং ত্রাইবেল ইন্সতিটিউশনশিংগা পুন্না লৈমিন্নরিবা মতমনি।

মতাং অসিদনি কাংবু অনিনা মত খেন্নরিবা অসি। সিঃ পিঃ আইঃগী কাংবুনা সোসিএলিস্ত লৈবাকশিংদগী মতেং লৌরগা ভারত্তা কেপিতেলিজম চাউখৎহনবা য়াই হায়না লৌরবনিনা, বুর্জুরাশিংনা দেমোক্রেতিক ওইবা থবক কয়া মপুং ফানা পাংথোকপা ঙম্মী হায়না লৈরিবা কংগ্রেস গভর্নমেন্তবু শিন্দোক্লিংদে হায়বসি মশানা তাবনি। অদুগা অমরোমদনা শেঙ্গাও পাইবা অমসুং লোয়াম চাবগী ষ্টেট অমসুং গভর্নমেন্ত অসি শিন্মী লৌমীনা পুন্না লুচিংবা মীয়ামগী দেমোক্রেতিক ওইবা গভর্নমেন্তনা মহুৎ শিন্দোকপা হায়বসি হৌজিক দরকার ওইরবনি। মরম অদুনা সিঃ পিঃ

এমঃ গী মত-তা অচৌবা বূর্জ্জুরাশিংনা লুচিংলিবা বূর্জ্জুয়া লেন্দলোৰ্দ গভর্নমেন্ত অসিগী মাইয়োক্তা শিন্নী অমসুং মাগী কাংবুনা স্রগল তৌগদবনি।

সিঃ পিঃ আইঃ গী প্রোগ্রামগী মতুং ইন্না, কেপিতেলিস্ত সিষ্টেমগী মনুংদা লৈরিবা ক্রাইশিশ অমসুং কন্ত্রাদিক্সন অসি মোনোপোলিস্ত অমসুং অতৈ লেমহৌবা বূর্জ্জুরাগী মরক্তা লৈবা কন্ত্রাদিক্সন-নি হায়। বূর্জ্জুরাশিং অসি অনি থোক্লা কায়রবনিনা, কংগ্রেস মনুংগী মোনোপোলি তৌদবা বূর্জ্জুরাশিংনা কংগ্রেস পার্টিগী মহুৎ শিল্লবনিনা, কংগ্রেসকী তুং ইনগদবনি হায়না মত পী। মরম অদুনা সিঃ পিঃ আইঃ গী মথৌদি মোনোপোলিষ্টশিংগী মাইয়োক্তা স্ত্রগল তৌনবা মোনোপোলি তৌদবা বূর্জ্জুরাশিংগী মপাঙ্গল কলহলগদবনি হায়বসি মথোয়গী মত-নি। মরম অদুনা সিঃ পিঃ আইঃ গী প্রোগ্রামদা হৌজিকী কংগ্রেস গভর্নমেন্ত অসিবু শিন্নীশিংনা লুচিংবা গভর্নমেন্ত-না মহুৎ শিন্দোকদবনি হায়বাসি য়াউদে।

## ষ্টেটকী ক্লাসকী শক্তম্ (Class Character of the State) :

ভারতকী বূর্জ্জুরাশিংনা তৌরিবা থবকশিংবু লান্না লৌরুবদগী ভারতকী ষ্টেট অসিসু লান্না লৌরকই।

## সিঃ পিঃ আইঃ গী প্রোগ্রামদা অসুন্না পল্লি :

"হৌজিক পাল্লিবা গভর্নমেন্ত অসিগী ক্লাসগী লমচৎ অমসুং ভারতকী ইকোনোমী শাগৎপদা মথোয়না করি দায়িত্ত লৌরিবগে হায়বদু অমুক হন্না পার্টিনা নৈনরে হায়খি। নন-এলানমেন্ত (Non-Alignment) গী নীং-তম্বা পোলিসি, শান্তীগী পোলিসি অমসুং দেমোক্রেসি পুরক্পবা হোৎনবদা লৌরিবা ফিরেপশিং অদু অমুক্তা হন্না পার্টিনা নৈনরে হায়খি।"

মথোয়না অমুক্তা হন্না নৈনরে হায়বগী মরমদি— কম্যুনিষ্ট পার্টিনা অমতা ওইনা পুন্না লৈরিউদা শোক ১৯৫৫ দা য়ানখিবা রাকম অমা লৈ মতুদি— অচৌবা বূর্জ্জুরাশিংনা লুচিংবা বূর্জ্জুরা লেন্দলোৰ্দকী

ষ্টেটনি হায়বসিনি। সিঃ পিঃ আইঃ গী মত মতুং ইন্না অনৌবা জ্ঞান লাকপা অদুগা ১৯৬০ গী মোস্কো ষ্টেটমেন্ত-গী মতুং ইন্না অনৌবা লাংঙন অদুগী মতুং ইন্না ভারতকী শক্তম অসি অমুক নৈনরে হায়বতনি।

## লাল্লা লৌবা (wrong assessment) :

সিঃ পিঃ আইঃ গী কাংবুনা থল্লিবদি—ভারতকী ষ্টেট অসি জাতীগী বূর্জ্জুৱাগী ষ্টেটনি। অদুগা মখোয়না য়াই জাতীগী বূর্জ্জুৱাশিংগা, লৌ-য়াম চাবশিংগা কম্প্রোমাইজ তৌনৈ, লৌয়াম চাবশিংস্থু গভর্নমেন্ত শেম্বদা য়াউহল্লি হায়বসি। লৈরিবা ষ্টেট অমস্থুং গভর্নমেন্ত অসিবু অস্থুম্না নৈনরবা মতুংদা, ঐখোয়গী "পীপলস দেমোক্রেসি" হায়বা প্রোগ্রাম অসিগী মন্থুত্তা সিঃ পিঃ আইঃ গী "নেশনেল দেমোক্রেসি" হায়বা প্রোগ্রাম অসি পুখৎ-লকই। ঐখোয়গী লৈবাক্তা ফংলিবা অশেংবা ফিভমশিং অদু নৈনদনা "মোস্কোগী দিক্লেরেশন শিজিন্নদুনা নেশনেল দেমোক্রেসি" পুখৎলকখি। মোস্কো ষ্টেটমেন্ত-দি অসিনি—"হৌজিকী ইতিহাসকী ফিভম অসিদা লৈবাক কয়ামুক্তা নীং-তম্বা নেশনেল দেমোক্রেসি লিংখৎনবগীদমক্তা লৈবাক মনুংগী অমস্থুং ইন্তরনেসনেলগী ফিভমশিং অসি লৈহাও চেল্লে হায়খি।" হৌজিকী মতমদা, মীখা পোল্লম্ব লৈবাকশিংগী জাতীগী বূর্জ্জুৱাশিং অসি এন্তী-ইম্পেরিএলিষ্ট, এন্তী-ফিউদেলগী বিভলুসন পাং-থোকপদা থরাই য়াউরে। মরম অদুনা মখোয় অসি ইম্পেরিএলিজম অমস্থুং ফিউদেলিজমগী মাইয়োক্তা লাল শোক্লবা উম্বগী শক্তি লৈরে।

ইহান হানবদা, লৈবাক খুদিংমকী জাতীগী বূর্জ্জুৱাশিং অসি এন্তি-ইম্পেরিএলিষ্ট, এন্তি-ফিউদেল রিভলুসনদা থরাই য়াউদে। অদুগা জাতীগী বূর্জ্জুৱাশিংনা বিভলুসন তৌবদা থরাই য়াউবগী চাং অসি লম-লমগী খেন্নৈ হায়দুনা মথক্তস্থু পনখ্রিবহুনি।

ভারতকী ফিভম য়েংলুরবদি, নীং-খা তম্বা ক্যংলবা মতুংদা বুর্জ্জুরা-শিংগী লমচৎ নৈনরবদি জাতীগী বুর্জ্জুরাশিংগা শিন্মীশিংগা পুন্না শক্তি পাইমিন্নবা য়াবগী লৈহাও অদু চেম্রি।

ভারত-তদি বুর্জ্জুরাশিং অসি অতৈ চাউখৎলক্লিবা লৈবাকশিংগা চাংদম্নবদা, য়াম্না চাউখৎলে হায়বা য়াই। বুরোক্রেতিক মেছিনগা লোয়-ননা, ষ্টেটকী শক্তি পাইরে অমস্তুং প্রজাশিংগী খোইনা খল্লুদনা মোনো-পোলিগী লম্বীদা চংশিল্লক্লি। মরম অদুনা কংগ্রেস গভর্ণমেন্ত-গা পুন্না শক্তি পাইমিন্নবগী অর্থ করিনো ? অদুবু সিঃ পিঃ আইঃ দি লেনিন-না হায়খিবা ষ্টেট অসি কাণ্ডলুপ নাইবা ষ্টেটনি হায়বা রাফম অদু কাউথোক-লদুনা শক্তি পাইমিন্নগদবনি হায়না চথরি।

তশেং-তশেংনা হৌজিক্তি উরে— শিন্মীশিংনা লুচিংবা ষ্টেট অমা পুরক্কবা হোৎনবগী মহুত্তা, বুর্জ্জুরা অমস্তুং শিন্মী কাণ্ডলুপ অনিনা ষ্টেট অসি লুচিংগদবনি হায়বা য়াখ্রে। তশেংবদি, প্রোগ্রাম অদু থন্নবা হৌ-রকপা মতমদা দাণ্ডগেনা হায়খি ভারতকী নেশনেল কংগ্রেস অসি জাতীগী নীংতম্বগী স্ত্রগলদা লুচিংলকপনি অমস্তুং হৌজিক ফাউবা ভারত অসি লুচিংলি অমস্তুং য়াম্না শেংনা লুচিংখিগনি। অদুবু মমৈথংদদি, ফোর্মুলা অদু হোংখিদুনা, লিদরশিপ অনি ওইগদবনি হায়খি। সিঃ পিঃ আইঃ গী মকুপশিংদা অমুক্কা হন্না নিংশিংহনবা য়াই— "নেশনেল দেমোক্রেসি অমস্তুং কেপিতেলিষ্ট নত্তবা লম্বী (National democracy and non capitalist path) গী ইস্যুশিং অসি সিঃ পিঃ এসঃ ইযুঃ অমস্তুং সিঃ পিঃ সিঃ গী মরক্তা কন্ত্রোভরসি ওইখিদে।

## মথোয়গী প্রোগ্রামদা মথোয়না হায়খি :

"ভারতকী ষ্টেট অসি মপু'দা জাতীগী বুর্জ্জুরাশিংগী কাণ্ডলুপ্না লৈঙাকপা কেপিতেলিজম চাউখৎনবা মওংনি। হায়বদি জাতীগী ইকোনোমী অসি কেপিতেলিষ্ট-কী পোখোক মরী, পোখোক য়েম্থোকপা

পোৎ-চৈ ওম্মোক্লবা মঙংদা চাউখৎনবা হোৎনৈ। গভর্নমেন্তগী শক্তিদা অচৌবা বুর্জ্জুৱাশিংনা ইনফ্লুয়েন্স তৌই।" হৌজিক্কী গভর্নমেন্ত অসি শিন্মীশিংনা লুচিংবা গভর্নমেন্তনা শিন্দোক্কপগী ৱাফম অসি মখোয়না থম্লদে। মতুগী মহুত্তা নেশনেল দেমোক্রেসিগী গভর্নমেন্ত পাম্মী। বুর্জ্জুৱাশিং নিংথিনা চাউখৎলক্লবা, অমস্তুং মোনোপোলিগী শক্তমবু থরা উরক্লবা ভারতকী লৈবাক অসিদা, সিঃ পিঃ আইঃ গী লুচিংবশিংনা ৱিভ-লুসন অমা লুচিংবগী থবক পামদে। তৌইগুম্বস্তুং বুর্জ্জুৱাশিংদা কো-ওপরেশন পীডুনা শক্তীগী মরীদা অহোংবা থরা পুরকপা পামই।

## নৌনা ৱারকপা ঃ

মথক্কী অস্পুম্না ৱারেপ তাপ্রবা চহি ৪ গী মতুংদা মখোয়গী প্রোগ্রামদা থরা হোংদোকপা তারম্মী। পাটনাদা ফমখিবা মখোয়গী কংগ্রেসদা জাতীগী বুর্জ্জুৱাশিংগী লৈঙাক্লোন অমস্তুং কেপিতেলিস্তকী লম্বী অসি থিংজ্রবদি অমস্তুং নেশনেল দেমোক্রেসি লিংজ্রবদি মখোয়গী প্রোগ্রাম অমতা পাংথোকপা ঙমদে হায়খি।

মখোয়না হায়খি— অতোপ্পা লম্বী অমা শাগৎনবগীদমক্তা ইহান হানবদা কংগ্রেস নত্রগা বুর্জ্জুৱাগী শাশন মঙং অসি এন্তি-ফিউদেল অমস্তুং এন্তি-মোনোপোলি ওইবা কাঙবুশিংনা শিন্দোক্কদবনি। কেপিতেলিস্ত নত্তবা লম্বীৱোমদা চাউখৎহনবা ঙম্বা নেশনেল দেমোক্রেসিগী গভর্নমেন্ত ওইগদবনি। মতুতদা থুনা অহোংবা পুরক্কনি।

লুচিংবা অনি লৈগদবনি হায়রম্বদগী, হৌজিক্তি কংগ্রেস গভর্নমেন্ত অসি শিন্দোক্কদবনি হায়বা হৌরক্লে। অস্পুম্না তৌরকপগী মরমদি মতম অতুদা প্রজাশিংগী মরক্তা এন্তি-কংগ্রেসকী মৈরীনা চাকপা হেঞ্জিল্লকপদগী, ভারতকী ষ্টেট ৯ দা কংগ্রেসকী মোনোপোলি অতু কায়খ্রে অমস্তুং সি পি আইনা হায়রিবা ষ্টেটশিং অসিদা এন্তী-কংগ্রেস গভর্নমেন্ত-গা থুংশয়না চংখ্রে।

১৯৬৪ গী প্রোগ্রামদা হায়খিবা রাকম অচু মখোয়না কাউথোকখ্রে। প্রোগ্রাম অচু করিনো ? মচুদি খুদোংথিবনা পীক থল্লবা হৌজিকী মতমগী কেপিতেলিজমগী চাউখৎ খোঙথাংবু মনিং হল্লহনবা ওয়া লম্বী অচু ঐখোয়না চংকদবা অতোপ্পা লম্বীনি। অদুগা শোক ১৯৬৮ দা মখোয়না অমুক হায়— "কম্প্রাদিক্সন-না পিক থল্লবা কেপিতেলিজমগী ইকোনোমী চাউখৎনবা হোৎনরিবা বুর্জ্জুরা কাংবুনা চলাইবা ষ্টেট অমা ওইররোই। বুর্জ্জুরাগী মোনোপোলি শক্তি লোইরগনি।"

সোসিএলিস্ত—লৈবাকশিংনা পীরকপা মতেংগী মতাংদা খনবা রাখল—

সোসিএলিস্ত— লৈবাকশিংনা পীবা মতেংগী মতাংদা মখোয়না মতিক মপা চানদনা কা হেন্না ইম্পোার্তেন্স পীথি। মখোয়না হায়—

"সোসিএলিস্ত-গী লৈবাকশিংনা পীরকপা শেল-থুমশিং অসি ভারতকী ইকোনোমীগী মরু ওইবা মফমশিংদা থাদবা ওমলে। মখোয়গী মতেংনা অনৌবা ইন্দস্ট্রী অমসুং প্রোজেক্টশিং লিংখৎতুনা মমাংঙৈগী কোলোনীগী ফিভমবু মুথৎতুনা ভারতনা লৈবাক অতৈশিংদা পোৎ-চৈ, মেছিন অমসুং থবক শুবা মীওইগী মতাংদা মীখা পোল্লম্বা অচু য়াম্না হন্থরে। ভীলাই, বরৌনি, রানচি অমসুং হাইদ্রাবাদ অমসুং অতৈ লৈবাকশিংদা অচৌ-অচৌবা ইন্দষ্ট্রী লিংখৎলক্লিবা অসিনা তাকপদি ভারত জাতী অ.স শেল-থুমগী মতাংদা নীং-খা তম্লক্লি।"

অদুনা সিঃ পিঃ আইঃ গী মত-তা সোসিএলিস্ত লৈবাকশিংগী মতেং লৌরগা ইম্পেরিএলিস্ত-গী শাফুবু থিংবা ওয়তা নত্তনা ভারত-কী অর্থনীতিগী নীংতম্বা ফংলগনি হায়খি। তশেংনমক রাকম অসি বুর্জ্জুরানা লুচিংবা কেপিতেলিজমগী মখাদা উরক্লিবনি হায়খি।

মতাং অসিদা সিঃ পি: এমঃ গী কাংবুনা থল্লিবদি— সোসিএলিস্ত লৈবাকশিংগী মতেংনা বুর্জ্জুরাশিংনা ইম্পেরিএলিস্ত লৈবাকশিংগী শাফু

অহু থরা মথৈ থিংবা ওয়ননু ভারতকী বূর্জ্জ্র্রাশিংনা সোসিএলিস্ত লৈবাকশিংগী মতেং লৌরগা মমল তিক্কবা হোৎনৈ। হৌজিক্তি ঐখোয়না তশেং তশেংনা খংলে—ভারত-তা লোয়াম চাবা অমসুং বূর্জ্জ্রাগী শাশন চহি ৩৮ শুরবা ফাউবদা মশা মথন্তা লেপচবা ওম্বা নীংতম্বা ইকোনোমী অমা শাগৎপা ঙমদ্রি। অমসুং ঐখোয়গী জাতীগী ইকোনোমীদা মলটি নেশনেল হায়জিল্লক্কুনা য়াম্না খুদোংথিবা মওংদা লৈহল্লি।

## হেন্না হেন্না লৈথোক-লৈশিন শান্নরকপা (More manoeuvring):

কমরেড বীঃ টিঃ আরঃ না পীপলস দেমোক্রেসিদা ১৯৮৫ গী জুনগী তাং ৩০ দা ইবা আর্টিকল অদুগী পাউথুম পীরদুনা কমরেড রাজেশ্বর রাও-না মশাগী পার্টিগী অরানবা প্রোগ্রামবু চুম্মী হায়বা উৎলদুনা ১৯৮৫ গী আগষ্ট ১৮ গী নিউ এজগী চেফোংদা ইথি।

"সিঃ পিঃ এমঃ গী প্রোগ্রামদা উৎলি মদুদি হৌজিক্কী ভারতকী ষ্টেট অসি বূর্জ্জ্রা অমসুং লোয়াম চাবা কাংবুনা রায়েনবা ষ্টেটনি। অচোবা বূর্জ্জ্রানা লুচিংবনি।"

"ঐখোয়গী রাখলদনা ষ্টেট খুদিংমক ক্লাস অমনা রায়েনবা ষ্টেটনি। ক্লাস অদুগী মীচং অতৈ লৈ। মপুংদা হৌজিক্কী মতমগী ষ্টেট অসি বূর্জ্জ্রাগী ষ্টেটনি অদুগা লোয়াম চাবনা মাগী মীচংনি।"

## ষ্টেট অসি কনানা লুচিংবগে?

রাজেশ্বর রাওনা মাগী আর্টিকলদা ভারতকী ষ্টেট অসি বূর্জ্জ্রানা লুচিংবনি অদুগা লোয়াম চাবশিংনা মাগী মীচংনি হায়বা য়ারকপা অসি য়াম্না ফগ্রবা রাফমনি। অদুবু অরুবা রাফম অমদি লৈরি মদুদি ষ্টেটকী লুচিংবা অসি কনানা ওইফম থোকপগে? ষ্টেটকী লুচিংবা অসি শিন্নী-শিংনা ওইবা তারবদি, বূর্জ্জ্রাগা চৎমিন্নবগী লম্বী অসি থাদোকপা তাবনি। মতাং অসি রাজেশ্বর কোক ঙাওদবা ঙমদে।

অতুগা সিঃ পিঃ আইঃ গী দোকুমেন্ত কয়ামুক্তা মথাগী অস্সুম্না হায়খি— ভারত-না নীং তম্বা ফংলবা মতুংদা মীয়ামবু তুহৎলগা অচৌবা বুর্জ্জুরাশিং অসি য়াম্না চাউখৎখ্রে। রাকম অসিদা রাজেশ্বরনা মপুক্লিংদা মওল মওল থল্লবা মতুংদা মহাক্না হায়রকই।

"ভারতকী ষ্টেট অসি অচৌবা বুর্জ্জুরানদি ইনক্লুয়েন্স তৌবা অতুগা মপুং ফাবা লীদরশিপতি লৌদবা ষ্টেটনি। মরম অতুনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী মপালগী পোলিসি (foreign policy) অসি প্রোগ্রেসিভ ওইরিবনি।" রাজেশ্বর রাওনা ভারতকী ষ্টেট অসি অচৌবা বুর্জ্জুরানা মচেং ওইনা লুচিংবা ষ্টেটনি হায়বসি য়াবা তাই। মরমদি অচৌবা বুর্জ্জুরাশিংনা মপুং ফানা লুচিংলি হায়বা তারবদি ভারতকী গভর্নমেন্তগী প্রোগ্রেসিভ ওইবা পোলিসি অতু মহাক্না ব্যাখা তৌবা ঙমদে।

রাজেশ্বর রাওনা ঐখোয়গী প্রোগ্রাম পারবদি মহাক্না জ্ঞান মাং-লিবা রাহং অতুগী পাউখুম পেরা ১০৮ দা ফংলমগনি। পেরা ১০৮ দা সিঃ পিঃ এমঃ না হায়খি মতুদি ভারতকী বুর্জ্জুরা অমসুং ইম্পেরিএলি-জমগী মরক্তা ইস্যু খরদা মুক্নবা অমসুং কন্ত্রাদিক্সন লৈরি। অতুদা ইমপে-রিএলিজমগী মাইয়োক্তা সপোর্ট তৌবা তাবনি। পেরা অতুনা মথাগী অস্সুম্না হায়রগা লোইশিনখি— হৌজিক হৌজিক রায়েল চুপ্লি পাইরিবা কংগ্রেস পার্টিগা পুন্না ফ্রন্ট অমা শেম্বা নত্রগা স্ট্রেতেজী ওইনা পুন্না চৎ-মিন্নবগী নুংঙাইরবা রাথল তৌদনা শিন্মী কাংবুনা গভর্নমেন্তগী, জাতীগী স্বার্থদা চথরক্লিবা এন্তি-কোলোনিয়ালিজম অমসুং পৃথিবীগী শান্তীগী ওইবা ইস্যুশিংদা শৌগৎপা তাবনি। অতুগীসু মথক্তা ইমপেরিএলিজমগী মাইয়োক্তা লৈবা রাজনীতি অমসুং অর্থনীতিগী ইস্যু-শিংদা অমসুং ভারতকী নীং-থা তম্বা ঙাক্নবা অমসুং নীংতম্বা মপানগী পোলিসিশিংবু সপোর্ট তৌবা তাবনি।

## ষ্টেটকী মওং :

১৯৬৪ দা ফোংখিবা ড্রাফট প্রোগ্রামদা সিঃ পিঃ আইঃ না মথাগী অস্মুম্না হায়খি—

"ভারতকী ষ্টেট অসি জাতীগী বুর্জ্জুয়ানা য়ায়েল চুপ্পী পাইবা ষ্টেটনি। মখোয়না কেপিতেলিজম, কেপিতেলিস্তকী পোখোক মরী, অমস্মুং পোৎ য়েম্মোকপা, ওম্মোক শুনশিন তৌবগী মওং অদুনা জাতীগী ইকোনোমীদা চাউখৎনবা হোৎনৈ।"

"গভর্নমেন্ত-গী শক্তি শেম্বা অমস্মুং শিজিন্নবদা অচৌবা বুর্জ্জুয়াশিংনা ইনফ্লুয়েন্স তৌই।"

"জাতিগী বুর্জ্জুয়াশিংনা লৌয়াম চাবশিংগা কম্প্রোমাইজ তৌদুনা, গভর্নমেন্ত শেম্বদা (মরু ওইনা ষ্টেটকী থাক্তা) মখোয়স্মু য়াওহল্লি। (সিঃ পিঃ আইঃ গী ড্রাফট প্রোগ্রাম চেনা ২১)।"

থা ৬ চুপ্পা পার্টি মনুংদা খন্ন-নৈনরবা মতুংদা মখোয়গী প্রোগ্রামদা অস্মুম্না হায়খি—

"জাতীগী বুর্জ্জুয়াশিংনা লৌয়াম চাবশিংগা কম্প্রোমাইজ তৌদুনা, গভর্নমেন্ত শেম্বদা মখোয়বুস্মু য়াওহন্দুনা লেন্দ রিফোর্মগী নীয়ম পান্নবা হোৎনরকপদা অপনবা পী। অদুগীস্মু মথক্তা লৌমীগী ইন্তরেস্ত শোক-হন্দুনা মখোয়না খুদোংচাবা লৌখি।"

অদুগা অমুক্তা হন্না সিঃ পিঃ আইঃ না মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট-কী জ্ঞান অসি চহি অহুম হেন্না তানশিল্লবা মতুংদা নিপালশুবা পার্টিগী কংগ্রেসতা মথাগী অস্মুম্না হায়খি—

"ভারত-তা লৈরিবা ষ্টেট অসি জাতীগী বুর্জ্জুয়ানা শুপ্পা পানবা শক্তমনি। অদুগা ষ্টেট অসি অচৌবা বুর্জ্জুয়ানা ইনফ্লুয়েন্স তৌই। মখোয়শিংগা লৌয়াম চাবশিংগা য়াম্না চাউনা মরী লৈনৈ। ফেক্টর ময়াম অসিনা ষ্টেটকী শক্তিবু রিএক্সনরী ওইবা মাইকৈদা চিংডি।"

মথক্তা পল্লিবা রাঙাংশিং অসি নৈনরগা সিঃ পিঃ আইঃ গী লুচিংব-শিংনা "নেশনেল-দেমোক্রেতিক রিভলুসন" তৌনবগীদমক্তা করি তৌবা তারিবগে ? ষ্টেটকী শক্তিবু রিএক্সনরী ওইবা মাইকৈদা চিংজিবা ফেক্টরশিং অদু মুথৎপা তাবনি। অদু ওইরবদি রুলীং ক্লাসগা পুন্না চৎমিন্নবগী অর্থ করিনো ?

## অপুনবা হেজিমোনি (Joint Hegemony) :

সিঃ পিঃ আইঃ গী ড্রাফট প্রোগ্রামগী পেজা ৮৪ গী সব-পেজা অনি শুবদা মখাগী অস্মুম্না ইবি—

"মত থেন্নরিবদি— পীপলস দেমোক্রেসিগী মত-তা মরৈবাক নীংবা কাঙলুপশিংগী এলাইযেন্স (alliance) অসি শিন্মীশিংনা লুচিংগ-দবনি। অদুগা নেশনেল দেমোক্রেসিগী মতাংদনা মরৈবাক নিংবা কাঙলুপশিংগী এলাইয়েন্স অসিগী লুচিংবা অসি জাতীগী বুর্জুরা অমসুং শিন্মীশিংনা পুন্না শকক য়ামিন্নগদবনি হায়রবসিনি।"

১৯৬৪ গী দিসেম্বর থাদা বোম্বেদা ফমখিবা তরেৎশুবা কংগ্রেসতা মথক্কী ফোরমুলা অসিগী মনুংগী অর্থদি হোংহন্দনা মখাগী অস্মুম্না খরদি শেমদোকখি।

"কাঙলুপকী এলাইযেন্স তৌরকপা অসিদা শিন্মীশিংতনা লিদরশীপ লৌগদবনি হাযবসি হৌজিক্তি ওইথোক্রি। অদুগা তশেং তশেংনা বুর্জুরাশিংনা লীদরশিপ লৌগদবনি হায়বদুসু হৌজিক্তি লৈত্রে।"

পাটনাদা ফমখিবা মখোয়গী নীপালশুবা কংগ্রেস-তা রাজেশ্বর বাওনা হাযখি—কাঙলুপশিংগী এলাইয়েন্স অসিগী লুচিংবা বুর্জুরানা তশেং তশেংনা ওইবগী রাফম লৈত্রে। এলাইয়েন্স অসিগী লুচিংবা অসি এন্তি-ইম্পেরিএলিস্ত, এন্তি-ফিউদেল অমসুং এন্তি-মোনোপোলিগী শক্তিশিংনা ওইগ্রে। রাঙাং অসিদা বুর্জুরাগী লীদরশিপ অদুম য়াওহুনা লৈরিবনি।

## ত্রানসিসনগী থাক অমসুং গভর্নমেন্ত
## (Transitional stage & Government) :

কাঙলুপ অমতনা য়াম্না নিংথিনা লুচিংবা ঙমখ্রিঙৈগী থাক অসিবু শোগৎলদুনা রাজেশ্বর রাওনা ঐখোয়গী প্রোগ্রামগী পেরা ১১২ দগী রাইহে খরা লৌথোক্লগা মহাক্না হায়খি—

"মীয়ামগী অরাবা য়াম্না থুনা য়াংহনবা ঙম্বা প্রোগ্রাম কয়া পাং-থোক্কদবা গভর্নমেন্ত অমা লৈহন্নবা ঐখোয়গী পার্টিনা ঐখোয়গী মাংদা তারিবা খুদোংচাবা কয়া শিজিন্নগনি। অসিগুম্বা মথলগী গভর্নমেন্ত শেম্নবদি শিন্মীশিংগী রিভলুসনরী মুভমেন্ত-গী খোংচৎ য়াংশিলহনগনি অমসুং দেমোক্রেতিক ফ্রন্ট অমা শেম্বগী থৌওংশিংদা মতেং পাংগনি।"

## অদুগা মহাক্না মখা তানা হায়খি :

"মসিনা তাকপদি প্রোলেতরিএতশিংনা লুচিংবা গভর্নমেন্ত অমা লৈবা ঙমখ্রিঙৈদা ত্রানশিসনেল গভর্নমেন্ত অমা লৈহন্নবা হোৎনবা অসি লাগে..

অদুবু শেংনা হায়বা তারবদি ঐখোয়গী প্রোগ্রামগী পেরা ১১২ বু লান্না উহন্নবগী মরম লৈতে। মরমদি ঐখোয়গী প্রোগ্রামগী পেরা ১১২ অদু মুন্না পারবদি, ঐখোয়না তশেংনা উগনি মদুদি মীশিংগী অরাবা থুনা কোকহনবা ঙম্বা মতম থরগী ওইবা গভর্নমেন্ত অমা শেম্বা ওইথোক্রবদি রাজ্যাগী থাক্তদদি ওইথোকপা য়াই। তৌইগুম্বসুং সেন-তরদা অসিগুম্বা মথলগী মতম থরগী ওইবা গভর্নমেন্ত অসি ওইথোক্কে হায়না "অনৌবা ফিভম অমসুং ঐখোয়গী থৌদাং" হায়বা দোকুমেন্ত অদুনা কুপ্না খল্ল-নৈনখ্রবনি।

সিঃ পিঃ আইঃ গী নেশনেল দেমোক্রেসিগী কনসেপ্ত-কী মতুং ইন্নদি সেন্তরদা ত্রানশিশনেল গভর্নমেন্ত অমা লীংবা ওইথোকই হায়বনি।

মসিনা তাকপদি মখোয়গী রিভলুসনগী লম্বী অসি পার্লিয়ামেন্তরীগী লম্বীনি। এন্তি-কংগ্রেসকী সেন্তিমেন্তনা অয়ৌবী থাক্তা লৈবা মতাং ১৯৬৭ তা নেশনেল কাউনশিলগী মীটিংদা— সেন্তরদা কংগ্রেস য়াউদবা কোয়েলিসন গভর্নমেন্ত (non congress coalition government) শেমগদবনি হায়বা স্লোগান অমা শেমখি।

মহুদি "ভারতকী কম্যুনিস্ত পার্টিগী নেশনেল কাউনশিলনা কংগ্রেস য়াউহন্দবা দেমোক্রেতিক কোয়েলিসন গভর্নমেন্ত অমা শেম্বগী স্লোগান অসি য়াম্না মরু ওইরে। .... .... .... .... .... .... ··· .... .... .... ....অদুনা ভারতকী কম্যুনিষ্ট পার্টিনা অথুবা মথৌ অসি পাংথোক্নবগীদমক্তা মাগী মথুত্তা লৈজবা শক্তি পুম্বা শিজিন্নবা রাশক্তি।"

হৌজিক্তি সিঃ পিঃ আইঃ গী রাখলদা অহোংবা য়াম্না লাক্লে হায়বদা ঐখোয়না থোইনা চিংনদ্রে। সিঃ পিঃ আইঃ গী লুচিংবশিংনা কেপিতে-লিস্ত-কী লম্বী অসি কান্নদবা লম্বীনি হায়বা খংবতা নত্তনা কংগ্রেস পার্টিগী লেন্দ রিফোর্মগী থৌওংশিং অসি অপনবা অথিংবনা থল্লে হায়বা য়াখ্রে। অমসুং লৈবাক অসিদা মোনোপোলিস্ত-শিংগী মশীং হেন্গৎখ্রে হায়বা য়াবে। অদুবু মখোয়না লৌরকপা প্রোগ্রামদি মখোয়না খল্লিবা রাখলদুগা য়াম্না খেন্নবা লৈরি।

# ৪

# রানীজতি অমসুং টেক্তিকেলগী লম্বী অনি ঃ

মখোয়গী বুজ্জ্র্রা কাণ্ডবুগা পুন্না চৎমিন্ননিংবগী রাখল, ভারত-কী ষ্টেট অসি জাতীগী বুজ্জ্র্রাগী ষ্টেটনি হায়না খনবা রাখল, অমসুং অচৌবা বুজ্জ্র্রা অমসুং লোয়াম চাবগা পুন্না চৎমিন্নরি হায়বা য়ানিংদবা রাখল ময়াম অসিনা পুল্লহুনা সিঃ পিঃ আইঃ না ক্লাস কোল্লাবোরেশনিস্ত (class collaborationist) গী লম্বীবু থাদোকপা ঙমদে। মখোয়না থেশিস অমা পুথোক্লকলি মহুদি ভারত-কী প্রজা অসি হৌজিক্তি নাক-পাক অনি থোক্লা খাইদোরক্লে মহুদি কাংবু অমনা কংগ্রেস পার্টিগী তুং ইন্দুনা চৎলি অদুগা কাংবু অমনা লেফট অমসুং দেমোক্রেতিক পার্টিগী তুং ইল্লি। অদুনা নাকপাক অনি থোক্লা থুগাইরিবা অসি কোক্লবা সিঃ পিঃ আইঃ না কংগ্রেসগী তুং ইন্দুনা চৎলি। মখোয়না অচুম্বা রাকম অমবুদি থওইদে মহুদি ভারত-কী প্রজা অসি মরু ওইনা নাকপাক অনি থোক্লা থুগাইখ্রে মহুদি নাকপাক অমনা কংগ্রেসগী তুং ইনখ্রে অদুগা নাকপাক অমনা অতোপ্পা ওপ্পোজিসন পার্টিশিংগী তুং ইনখ্রে। শুপ্নগী ভোটর ১০% তমক লেফট পার্টিনা ইনফ্লুয়েন্স তৌবা ঙমলি হায়বসি সিঃ পিঃ আইঃ না কাউথোকই।

অদুনা মখোয়না হায়— কম্যুনিস্ত পার্টিগী মথৌদি লেফট অমসুং দেমোক্রেতিক ফ্রন্টগী তোঙানবা প্রোগ্রামগী মখাদা মীয়ামবু কংগ্রেস অমসুং অতৈ ওপ্পোজিসন পার্টিগী মখাদা চিংশিনগদবনি। মখোয়গী ক্লাস কোল্লাবোরেশনগী রাখল চেনবা মরমনা সিঃ পিঃ আইঃ গী রাখলদদি

লেফট অমসুং দেমোক্রেতিক ইউনিটি হায়রগা খংনরিবসি কংগ্রেসগা পুন্না চৎমিন্নবহুবুনি। অদুগা মখোয়না এন্তি-কংগ্রেসগী ফিরেপ লৌ-রকপা মতাংদনা, বুর্জুরা ওপ্পোজিসন পার্টিশিং অসি দেমোক্রেটিক ওই। অদুনা ইলেক্সনগীদমক্তা মখোয়গা পূন্না চৎমিন্ননবা রারেপ লৌই।

হৌবদগী হৌনা সি পি এমগী চখরিবা লম্বীদি— ক্লাসশিংগী শক্তি-শিংগী মরী অসি শিন্মীশিংগী স্বার্থদা পুররুবা হোৎনৈ। শিন্মী-লোমীগী অপুনবা পাঙ্গল কনখৎনবা হোৎনৈ অমসুং মীয়ামগী দেমোক্রেতিক ফ্রন্ট অমা শাগৎনবা হোৎনৈ হায়বদি লেফটকী শক্তিশিং অসি শিন্মী কাণ্ডবূগী অকোয়বদা লৈহল্লি। অদুগা সি পি আইগী টেক্তিকেলগী লম্বীদি, শক্তিশিং অসি বুর্জ্জুরাগী তুং ইল্লরুবরোমদা শিজিন্নৈ। করিগুম্বা মতমদনা লেফটকী স্লোগান লাউই অদুগা করিগুম্বা মতমদনা মখোয়গী ক্লাস কোল্লাবোরেশনগী পোলিসি অদু চুশিন্ননবা মখোয়না ভারতকী বুর্জ্জুরাশিং অসি এন্তি-ফিউদেল অমসুং এন্তি-ইম্পেরিএলিস্ত ওই হায়না লাউই।

অসিগুম্বা টেক্তিকেলগী লম্বী অনি অসি ঐখোয়গী পার্টিগী তরেৎশুবা কংগ্রেস অমসুং মখোয়গী পার্টিগী তরেৎশুবা কংগ্রেসতা ময়েক লানা উবা ফংগে। সি পি এমনা দেমোক্রেতিক ওইবা শক্তিশিং চাউখৎনবা খোল্লাউ লাউরিঙৈদা সি পি আই-না রাইতিস্ত-কী খুদোংথিবা য়াম্না হেঙ্গৎলকপা মরমনা কংগ্রেস পার্টিগা পুন্না চৎমিন্নবা তাই হায়খি।

তরেৎশুবা পার্টিগী কংগ্রেস ফমখিবা মতমদগী নিপালশুবা ফমখিবা মতম অসি মীয়ামগী মুভমেন্ত ফগৎলকপা মতমনি। হায়রিবা মতম অসিদা মরিশুবা জেনেরেল ইলেক্সন তৌখি। ইলেক্সন অদুদা কংগ্রেস পার্টিগী মোনোপোলিগী শক্তি অদু কায়খি অমসুং পার্লিয়ামেন্ত-তা মশীং য়াম্না হন্থখি। মতাং অসিদা সি পি আইগী মমায় অসি খংলৈ লৈথোকপা তাখি। অমসুং কংগ্রেস পার্টিনা মাই থিরকপা অসি লেফট অমসুং দেমোক্রেতিক পার্টিগী অচোবা মায় পাকপনি হায়না হরাওবা ফোং-দোকখি। মখোয়না হায়খি— "…. …. …. …. …. মরিশুবা ইলেক্সনদা

কংগ্রেস পার্টিগী মোনোপোলি অসি য়াম্না হন্থরে। ষ্টেট ২৬ কী মনুংদা ষ্টেট ৮ দা কংগ্রেস পার্টি মায়খিরে। .... .... কংগ্রেসনা পান্দবা গভর্ন-মেন্ত ৯ শুগৎলক্লে। ইউ পী, তামিল নাডু অমস্থুং বীহারদা কংগ্রেস মাইথিরে। মসি অচৌবা অহোংবা অমনি। .... .... ৱেষ্ট বেঙ্গল অমস্থুং কেরালাদা লেফটকী গভর্নমেন্ত-না লুচিংবা ঙমলে .... .... .... .... ....।"

## লেফটকী শক্তিবু কা হেন্না থাগৎলড়না, সিঃ পিঃ আইঃ না মখা তানা রিপোর্ট পীখি ঃ

কংগ্রেসকী মাইয়োক্তা থাদরিবা ভোট অসি কংগ্রেস রেজিমগী এন্তি-পিপল অমস্থুং এন্তি-দেমোক্রেতিক ওইবা পোলিসি ময়ামগী মাইয়োক্তনি। মরম অতুনা কংগ্রেসকা পুন্না চৎমিন্নবম্বদগী, হৌজিক্তি কংগ্রেস মাইথিরিবা অসি লেফট অমস্থুং দেমোক্রেতিক ওইবা শক্তিশিংগী অচৌবা মাই পাকপা অমনি হায়খি।

কংগ্রেস পার্টিগা পুন্না চৎমিন্নগদবনি হায়বা থেসিস অদুদগী লাপ-থোকপা তারবদা, মখোয়না মশাগী খুদোংচাবা লম্বীবোমদা পুবকপা য়াননবা প্রোগ্রামশিং হোংদোকপা তাখি।

## রাইটকা পুন্না চৎমিন্নবা (alliance with the right) ঃ

বোম্বেদা ফমখিবা সি পি আইগী ৭ শুবা পার্টিগী কংগ্রেসকী প্রো-গ্রামদা বাজনীতি দলশিংগী ক্লাসকী শক্তম তাকপা মওংশিং অদু চেপতর ৯ শুবদা য়াউবি। কংগ্রেস পার্টিগী তুং-ইনবগী লম্বী অদু য়ারক্তবদা পাটনাদা ফমখিবা ৮ শুবা কংগ্রেসদা ৯ শুবা চেপতর অদু মুথৎনবা হোৎনখি। মুথৎপগী মতাংদা য়াম্না নোক্লিংবা ব্যাখ্যা পীখি মদুদি—

"প্রোগ্রামগী দোকুমেন্ত-তা বাজনীতি দলশিংগী মশক তাকপগী চেপতর হাপ্পগী দরকার লৈতে। কবিগীনো? মরমদি পার্টিশিং অসি হোংদোক-হোংজিল য়াম্না তৌই, পার্টি থরনা মাংখি অদুগা অনৌবা পার্টিস্তু ময়োল চোংলকই।"

সি পি আইগী খোঙথাং থরা পন্দুনা য়েংসি ! ইউ পীদা স্বাতন্ত্রা পার্টিগী কাংবু অমগা পুন্না চৎমিন্নবদা চিংনবা লৈতে। অতুগী মথক্তা ইউ পী, বীহার অমসুং পঞ্জাবতা জন সংঘগা চৎমিন্নখি অমসুং হায়রিবা ষ্টেটশিংদা কংগ্রেস নত্তবা গভর্নমেন্ত-শিংদা য়াওশিনখি। মখোয়না খুদোংচাবা লৌনবগীদমক্তা রিএক্সনরী ওইবা কাংবুগা পুন্না চৎমিন্নবা য়ানবগীদমক্তা প্রোগ্রামদা য়াউরিবা চেপতর ৯ শুবা অহু মুথৎপা তাখি।

মখোয়না রাইটিষ্ট পার্টিগী ক্লাসগী লমচৎ কাউথোক্লগা সি পি এমবু তোঙান্না তানবা অমসুং লেফট ফ্রণ্টবু থুগাইনবা, মচিন্দনা লেফট ইউনিটিগী খোল্লাও লাওই অহুগা থবক্তা অফং অফংবা মীগা পুন্না চৎমিন্ননবা হোৎনরকই।

মরম অহুনা শম্না হায়রবদা মখোয়গী ফিরেপতি তাঞ্জা তাঞ্জাগী মতুং ইন্না প্রো-কংগ্রেসিজম ওইবা অহুগা অমুক এন্তি-কংগ্রেসিজম ওইবা, মথংদা অমুক এন্তি-কংগ্রেসিজমগী পোলিসি চত্থরকপা অসিনি। মতৌ অসুম্না মখোয়না লেফট অমসুং দেমোক্রেতিক ইউনিতি শাগৎকনি হায়।

## কংগ্রেস নত্তবা গভর্নমেন্ত অমসুং সিঃ পিঃ (এমঃ) ঃ

সিঃ পিঃ এমঃ না হায়রিবদি কংগ্রেস পার্টিনা মাইথিরক্লিবা অসি মীয়ামগী মাইয়োক্তা চত্থবা কংগ্রেস পার্টিগী পোলিসিননি। অহুনা দেমোক্রেতিক ওইবা রারেপনি। অহুম্নদি ওইরগা কংগ্রেস নত্তবা গভর্নমেন্তশিং অসি কুপ্না নৈনদবদি য়াদে। ঐখোয়গী শক্তি শোনবা মফমশিংদা কংগ্রেস নত্তবা গভর্নমেন্ত ওইজরবসু পুন্না চৎমিন্নবা পামদে। বেষ্ট বেঙ্গল অমসুং কেরালাদদি ঐখোয়না অচৌবা শক্তি ওইবনিনা মীয়ামগী মুভমেন্ত-তা লুচিংবা ওমই। সিঃ পিঃ এমঃ না কংগ্রেস পান্দবা গভর্নমেন্তশিং অসি মথল অহুম থোক্না থাইদোকই। অমনা দি এম কে (D.M.K.) না মেজোরিটি ওইবা ষ্টেট অসিদা ঐখোয়না মরম থরগী

মথাদা সপোর্ট তৌই অদুগা মিনিষ্ট্রী ওইয়ু হায়বা ফাউবদা মিনিষ্ট্রীগী ফম লৌদবা হায়না লেপ্পী। লোয়ননা ওপ্পোজিসনগী ফালদা ফমগনি হায়না লেপ্পী। অনিশুবদা, পঞ্জাব অমসুং বীহারগী মতাংবুনি। হায়রিবা ষ্টেটশিং অসিদা কংগ্রেস অমসুং কংগ্রেস নত্তবা শক্তিশিংগী মরক্তা চাউরাক্না চাং মান্নবে হায়বা য়াই অদুগা লেফট অমসুং দেমোক্রেটিক ওইবা শক্তিশিংসু থরমখৈদি মপাঙ্গল কল্লে। হায়রিবা ষ্টেট অসিদা ঐখোয়গী সপোর্ট নত্রগা জন সংঘ নত্রগা স্বাতন্ত্র পার্টিগী মতেং য়াউত্রবদি গভর্নমেন্ত শেম্বদা য়ানা থোকই। কংগ্রেস নত্তবা গভর্নমেন্ত শেম্বা অসি মরু ওইবা মরমনা, গভর্নমেন্ত পাইবদি য়াউদবা কংগ্রেস নত্তবা গভর্নমেন্ত শেম্বদা সপোর্ট তৌই হায়বা য়ারেপ লৌই। অতুমশুবদা, উরিষ্যা, ইউঃ পীঃ অমসুং হরিয়ানাদা, স্বাতন্ত্র পার্টি, জন সংঘ অমসুং কংগ্রেস মনুংগী লালহৌবশিংগী শক্তি কনবা ষ্টেটশিংনি। হায়রিবা ষ্টেটশিং অসিদা কংগ্রেস গভর্নমেন্ত-দগী হেন্না ফবা ওম্বগী আশা লৈতবা মরম্না সিঃ পিঃ এমঃ না সপোর্ট তৌবগী য়াখল লৈতে।

মতাং অসিদা সিঃ পিঃ আইঃ দি কংগ্রেস গভর্নমেন্তবু কংগ্রেস নত্তবা গভর্নমেন্ত-না মহুৎ শিন্দোকপা হায়বা স্লোগানগী মথাদা সেন্তরদা ফাউবা সরকার পাইমিন্নবা হায়বগী আশাদা লৈখ্রে।

## কংগ্রেস পার্টিদা অমুক হুজিনবা :

ঐখোয়না তশেং তশেংনা উরে মতুদি টেক্তিকেলগী লম্বী অনি শুই। অমনা প্রোলেতেরিয়ানগী স্ত্রগলগী লম্বীদা চংশিনবনি অদুগা অমনা বুর্জুয়াবু ওাক শেন্নবা হোৎনবা লম্বীনি। শোক ১৯৬৯ গী অরোইবদা কংগ্রেস পার্টি অনি থোক্না কায়রক্লবদা নন-কংগ্রেস মিনিষ্ট্রী ( non-congress Ministry ) সপোর্ট তৌবা হায়বা লম্বী অদু অমুক থাদোকখ্রে। কোচিনদা ফমখিবা পার্টিগী কংগ্রেসতা সিঃ পিঃ আইঃ না কংগ্রেস পার্টিনা

কায়থরক্লিবা অসি মগুণদা অহোংবা লাক্লে হায়খি। মখোয়গী রিপোর্টতা মথাগী অস্মুম্না পনখি—

"কংগ্রেসতা মচেৎ কায়রক্লিবা অসিনা তাকপদি ভারতকী কেপিতে-লিস্তকী ক্লাস অসিগী অনৌবা শক্তম উৎপা হোৌরক্লবনি। প্রো-ইম্পে-রিএলিস্ত, প্রো-মোনোপোলিস্ত, প্রো-ফিউদেল ওইবা অমস্তুং মীয়ামগী মাইয়োক্তা লৈবা দেমোক্রেটিক ওইদবা শক্তিশিং অসি হায়বদি নীজলিন-গপ্পা, মোরারজী দেসাই, কামারাজ, সিঃ বীঃ গুপ্তা, পাটিলগী কাংবুশিং কায়খ্রে। নাকল অমদনা ইন্দিরা গান্ধীগী মথাদা পুকচেল লেপ্পা ঙমদবা প্রোগ্রেসিভ ওইবা থবকশিংদা থিংতুনা লৈবা মীওইশিং ঙাক্তা ঙাইহোরে। প্রাইম মিনিষ্টর মশামক্তি সেন্ট্রিস্ত পোজিসনদা লেপতুনা লৈরে।"

মসি হায়রগা মখোয়না কংগ্রেসকা পুন্না চৎমিন্নবগী লম্বী হোৌখ্রে অমস্তুং জেনেরেল ইলেক্সনদা মখোয়না কংগ্রেস পার্টিগা এলাইয়েন্স তৌখি। রিপোর্টতা মথাগী অস্মুম্না হায়—

"কংগ্রেস পার্টিগা পুন্না চৎমিন্নরিবা অসি ইলেক্সনদা সিট থরা হেন্না ফংনবা নত্তে। রাইট রিএক্সনবু লাল থেংননবগীদমক্তা অমস্তুং লেফট অমস্তুং দেমোক্রেটিক মুভমেন্তবু খুমাং চাউশিন্নবগীদমক্তা রাজনীতিগী ইস্যু অমা ওইনা কংগ্রেসগা য়ানবা পুরক্লিবনি।"

সিঃ পিঃ আইঃ না উৎলিবা অসি কংগ্রেসগা পুন্না চৎমিন্নবা অদু-বুনি। মখোয়না ৱেষ্ট বেঙ্গল অমস্তুং কেরালাদা সি পি এমগী মাইয়োক্তা কংগ্রেসনা সবকার শেম্নবা হোৎনবদা মতেং পাংখি। তাঙ্গা অসিদা মখোয়না সি পি এমগী মাইয়োক্তা ফ্রন্ট কয়া শেমগৎনবা হোৎনখি। থোংথাং অসিনা ৱার্কিং ক্লাস অমস্তুং লেফট ইউনিটিগী মতাংদা কয়া য়াম্না মাং তাকহনবগে হায়বহু মশা মতোমতা থনথ্রবগে ?

শোক ১৯৭১ গী ইলেক্সনদা ৱেষ্ট বেঙ্গলদা সি পি এম মথন্তনা খ্বাইদগী চাউবা শক্তি ওইখি তৌইগুম্বস্তুং মেজোরিটিদি ফংবা ঙমখিদে।

সি পি আইনা পুন্নগা গভর্নমেন্ত অমা শেম্বদি য়াথি অদুবু সি পি আইনা কো-ওপরেশন পীখিদে। করিগীদমক্তা কো-ওপরেশন পীজ্রিবনো হায়বগী মরম কোচিন্দা ফমখিবা কংগ্রেস অদুগী রিপোর্টতা মথাগী অসুম্না পীখি—

"সি পি এমনা ঐখোয়গী পার্টিদা গভর্নমেন্ত শেমশি হায়না হায়-জখি। হোমগী পোর্টফোলিও ( Home Portfolio ) ফাউবা পীগে হায়না য়াশকখি। অদুবু ঐখোয়গী পার্টিনা য়ানিংখিদে। মদুগী মরমদি— অহানবমক্তদা ষ্টেট বেঙ্গল, ষ্টেট অসিদা ঐখোয়গী পার্টিনা ইলেক্সন লেপখিবগী অকক্পবা ইস্মুদি সি পি এমবু অমুক হন্না শক্তি পাইহনগদ্রা হায়বগী মতাংদনি। ঐখোয়গী ভরদিক্তিতি শক্তি পাইহনদবনি। সি পি এমগী মরু ওইনা ঐখোয়গী পার্টিগী মীওইশিং কিহনবা, হাৎপন-চিংবা পোলিসিদা অহোংবা লাক্তবনা মরম ওইরদুনা সি পি এমবু শৌ-গৎনিংদে হায়খি।

অনিশুবদা, কংগ্রেস পার্টিগী মাইয়োক্তা সি পি এমগা ঐখোয়গা পুন্না গভর্নমেন্ত শেম্বা হায়বসি ঐখোয়গী পার্টিগী রাজনীতিগী লম্বীবু মনিং হলহনবনি। হায়রিবা অসি খ্বাইদগী ফত্তবা মওংগী খুদোংচাবা লৌবনি। অদুমশুবদা, সি পি এমবু গভর্নমেন্ত পাইহনবা অসি ষ্টেটকী মেছিনরী অমসুং শক্তিশিং অসি ফত্তবা থবক্তা শিজিন্ন-হনবনি।"

## য়াম্না লাইনা নৈনবগী মওং (Facile analysis) ঃ

তৌইগুম্বসুং কোচিনদা ফমখিবা কংগ্রেসগী মতুংদা কংগ্রেস পার্টিগী রেজিম অসি অণ্ডকপা ফংনা পেন্নদ্রে। ইলেক্সনগী মতমদা শাগৎখিবা নুংঙাইরবা আশা কয়া মথং মথং কায়থরকখি। ইনফ্লেসন (inflation) য়াম্না চাউনা থোকখি। প্রধান মন্ত্রী ইন্দিরা গান্ধীনা থৌওং অসি পৃথিবী পুম্বগী থৌওংনি হায়না মরৈ য়েৎপা হৌরকখি।

১৯৭২ গী আগষ্ট থাদা ফমখিবা সিঃ পিঃ আইঃ গী নেশনেল কাউন-লগী মীটিংদা মথাগী অসুম্না হায়বা তাখি— "পীরিবা মরৈশিং অসি

হায়রগী বুর্জ্জুয়াশিংনা ঙাংবা অরিবা রাঙাংনি। মরম অদুনা ঐখোয়না য়ানিংদে।"

ক্রাইশিস অদুবু নৈনরদুনা মথা তানা হায়খি—"চিঙ্গাক্তা, চিনি অমসুং ফীরোলদা ক্রাইশিস থোকুনা মীয়াম্না চরা হেল্লিবা, অমসুং পোৎ-চৈগী মমল রাংখৎলক্লিবা অসিগী মরমদি, গভর্নমেন্ত-কী লুচিংবশিংগা, মোনো-পোলিস্ত-শিংগা, বেঙ্কবস (bankers) শিংগা, সরকারগী অচৌবা কর্ম্ম-চারিশিংগা পুকচেল শেংদনা পুন্না চৎমিন্নবদগীনি। অদুগা বঙ্গলাদেশতা খরচ তৌখিবদগী ভারত্তা সমস্যা থোক্লিবনি হায়না মীয়ামগী রাখল চিং-থোক্লবা হোৎনজরবসু গভর্নমেন্ত-না বুর্জ্জুয়া অমসুং মোনোপোলিস্ত-শিংগী অর্থনীতিগী মতাংদা পুন্না চৎনিংবগী রাখল অদুবুদি লোৎশিন্দুনা থম্না ওইথোক্কে। শম্না হাযরবদা, য়াম্না পুকচেল পীকপা তাৎনি।"

মখোযগী ১০ শুবা কংগ্রেসকী দোকুমেন্ত-তা, ভারত জাতীগী রাজ-নীতিগী ফিভম অসি নৈনরদুনা মখোয়না হায়খি—"কলিং পার্টিনা চথবিবা সেন্ত্রিজম (centrism) গী পোলিসি অসি হেন্না ক্রাইশিস থোক্লক্লে। ইম্পেরিএলিস্ত, মোনোপোলিস্ত অমসুং লৌযাম চাবশিংনা পুন্না আক্রমন তোবকপদগী কলিং পার্টি অমসুং গভর্নমেণ্টশিং অসি হায়রিবা শক্তিশিংগা কম্প্রোমাইজ তৌবা হৌরক্লে অমসুং শেঙ্গাও পাইবা কাংবুশিংগী মপাঙ্গল য়াম্না কনখৎহল্লে।"

মরম অদুনা কংগ্রেস পার্টিগী মনুংদা দেমোক্রেটিক ওইবা শক্তিশিং অদুবু জয় তৌবগী মহুত্তা কংগ্রেস পার্টিগী মনুংদা কেপিতেলিস্ত-কী শক্তিশিং কনখৎনবা হোৎনয়ে হায়না সিঃ পিঃ আইঃ না খল্লি। তৌই-গুম্বসুং অসি হায়জরবসু সিঃ পিঃ আইঃ না কংগ্রেসকা পুন্না চৎমিন্নগনি হায়না ফোংদোক্লি। মখোযগী নেশনেল কাউনশিলগী রিপোর্ট হান্নগী রিজলুসন অদু শৌগৎলদুনা অসুম্না হাযখি—

"সেন্তর অমসুং তোঙান তোঙানবা ষ্টেটশিংদা কলীং ক্লাসকী খুদোংথিবা অমসুং অশোনবা কয়া লৈরবসু রাইটিস্ত-শিংবু মাইথিবা

পীনবগীদমক্তা, কংগ্রেস পার্টিগী প্রোগ্রেসিভ ওইবা কাংবুশিং অসি ঐখোয়গী মরু ওইবা মরুপনি। হায়রিবা য়াফম অসিদা য়ুক্ষম ওইরগা মীয়ামগী থবক চথরবদি সিঃ পিঃ এমঃ গা রাইট রিএক্সনগা পুল্লিবা অসি থুগাইবা ওমগনি অমস্তুং সিঃ পিঃ এমঃ গী তুং ইল্লিবা কেদর অমস্তুং মীয়ামশিং অসি ঐখোয়গী রাজনীতিগী লম্বীদা নমহনা পুরকপা য়াগনি।"

অসিগুম্বা রাখল অসিদগী সিঃ পিঃ আইঃ না প্রসিডেন্টগী ইলেক্সন্দা আর এস পীগী লুচিংবা ত্রিদিব চৌধুভীবু সপোর্ট তৌ হায়বা য়াখিদে।

জানুয়ারী ২২, ১৯৭৫ দা সি পি আইগী নেশনেল সেক্রেটরিয়েত মেম্বর এন, কে, কৃষ্ণনন-না "কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ১০ শুবা কংগ্রেসদা মাই-য়োক্নরিবা মক ওইবা থৌদাং" হায়বা আর্টিকল অদুদা মথাগী অসুম্না ইখি—

"ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা জায়া প্রকাশ নারায়নগী লীচিং মথাদা রাইট-রিএক্সনরী পার্টি, লেফট ওপোরচুনিস্ত অমস্তুং মী কাংবু থরা পুল্লগা প্লেটফোর্ম অমা শাগৎলক্লি। প্লেটফোর্ম অসিগী ওবজেক্তিভতি—মনুং অমস্তুং অস্তরজাতীগী থাক্তা ভারতকী চথরক্লিবা প্রোগ্রেসিভ ওইবা থবক ময়াম অসি মনিং হলহনবনি। মনুংগী ওইবা ওবজেক্তিভনা লোয়াম চাবশিংবু অমস্তুং মোনোপোলি কেপিতেলবু শাক শেনবা ওম্বা রাইটিস্ত দিক্তেটরশীপকী লম্বী শেমগৎপনি। লোয়ননা পার্লিয়ামেন্তরী দেমো-ক্রেসি থুগাইবনি। অস্তরজাতীগী ওইবা ওবজেক্তিভদি সোসিএলিষ্ট লৈবাকশিংগা মরুপ শান্নবা তোকপা অমস্তুং ভারতকী নন-এলাইনমেন্তগী পোলিসি অদু মনিং হলহনবনি।"

"অদুনা সিঃ পিঃ আইঃ না বিজয়ারাদাদা তৌগদৌরিবা কংগ্রেস অসিদা অসিগুম্বা কাউন্তর-রিভলুসনরী ওইবা লাল অদুবু ফুদেকপা ওম্বা পাক চাউবা নেশনেল দেমোক্রেটিক ফ্রন্ট অমা শেমগৎ-শাগৎনবগী লম্বী অমস্তুং উপায়শিং পুথোক্লবা হোৎনবগী অচৌবা থৌদাং ওইগদৌরিবনি।"

"রাইটিস্ত-শিংগী খুদোংথিবা হেক্সিল্লকপা অমসুং খুদোংথিবা হেন-জিল্লকপা অসিবু ঙাকথোক্লবা লেফট অমসুং দেমোক্রেসিগী শক্তিশিংবু পুনশিন্নবা হোৎনবগী য়াম্না অথুবা দরকার অমা ওইরকপদগী ঐথোয়গী পার্টিগা, কংগ্রেসকী তুং ইল্লিবা মীয়ামগা অমসুং রুলিং কংগ্রেসকী মনুংগী প্রোগ্রেসিভ ওইবা কাংবুগা অমতা ওইনা পুনশিনবা হায়বসি রাজনীতিগী মরু ওইবা রিজলুসননি হায়না কন্না হায়খি।"

মরম অদুনা রুলিং কংগ্রেসকী তুং ইন্দুনা চৎপা অসি তঙাই ফদে হায়দুনা এন, কে, কৃষ্ণনন-না হায়খি—

মতৌ অসুম্না, সিঃ পিঃ আইঃ গী লুচিংবশিংনা হায়খি মদুদি মীয়ামগী পেন্দবা পোলিসি কয়া চথরিম্বা কংগ্রেস পার্টিগী মাইয়োক্তা লেফটকী শক্তিশিং পুনশিনবগী মহুত্তা রাইটকী রিএক্সনরী ওইবা শক্তিশিংবু থুগাইনব হোৎনরিবনি হায়বা তাৎ অসিগী মথাদা ক্লাস কোল্লাবোরেশনগী লম্ব হায়বদি কংগ্রেস পার্টিগা পুন্না চৎমিন্নবা হোৎনখি।

# ৫

# ইমরজেন্সিগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা ফিরেপশিং :

কংগ্রেস পার্টিনা লেফটকী অপুনবা অসি থুগাইবা ওমথ্রবদা, সিঃ পিঃ আইঃ না কংগ্রেসকা অমতা ওইনা খুৎশম্নন চৎপা হৌখ্রে। মরম অতুনা ঐখোয়গী পার্টিনা শোক ১৯৭২ গী ৯ শুবা কংগ্রেসতা কংগ্রেস পার্টিগী দিক্তেটরশীপ অমস্যুং অথোরিতেরিয়ানিজমগী মাইয়োক্তা লাল থেংননবা কন্না হোৎনখি। মরম অতুনা ৯ শুবা পার্টিগী কংগ্রেসতা মতৌ করম্না কংগ্রেস পার্টিনা প্রজা মীয়ামগী ফংফম থোকপা রাইটশিং অমস্যুং নাগরিকশিংগী নিংতম্ববু করম্না থিঙ্গাই-য়ৈখাইবগে হায়বা উৎলহুনা রিজলুসন অমা মখাগী অস্তুম্না পাস তৌখি—

"ঐখোয়না নাগরিকশিংগী ফংফম থোকপা রাইটশিং অহু ফংননবা লাল থেংনগদবনি ; কংগ্রেসকী দিক্তেটরশীপ-পু মাইথিবা পীননবা হোৎ-নগদবনি। লোয়ন-লোয়ননা দেমোক্রেতিক ওইবা পার্টিশিং, মী কাংবুশিং পুনশিন্দুনা কংগ্রেস পার্টি মথন্তনা চত্থরিবা দিক্তেটরশীপ অসিবু থিংননবা ফ্রন্ট অমা শেম্নবা হোৎনগদবনি।"

মতৌ অস্তুম্না, চহি অহুম লৈরগা জুনগী তাং ২৬, ১৯৭৫ দা ভারত্তা ইমরজেন্সি চলাইবা মতম অতুদা মখোয়গী পার্টিগী সেন্ত্রেল কম্মীটিনা "লাল থেংননবা মীয়ামগী অচৌবা ফ্রন্ট অমা শেমগদবনি" হায়না লাউখি।

ইমরজেন্সি থমজিল্লকপা অসিনা ভারতগী রাজনিতিগী ফিভমদা অনৌবা ফিভম অমা লাক্লে। শোক ১৯৭২ দা নোংচুপ বেঙ্গলদা থোক-খিবা থৌদোক অদুগা মান্নদনা, ঐখোয়গী পার্টি মতোমতা নত্তনা, গুপ্পোজিসনদা লৈবা পার্টি খুদিংমকপু আক্রমন তৌবা হৌরক্লে। লোয়-ননা অর্থনিতিগী ফিভমদা য়াম্না শোকচিনহনবা মতম ওইবসিনা,ইমরজেন্সী অসি থিংননবা অমস্তুং নাগরিকশিংগী অধিকারশিং ফংননবা দেমোক্রেতিক মুভমেন্ত অমা তৌবগী তঙাই ফদনা চংঙি হায়খি। অদুগীস্তু মথক্তা লেফট অমস্তুং দেমোক্রেতিক ওইবা শক্তিশিংনা মাংলোমদা চংশিনবদা খুদোং চাগনি হায়খি।

## ভারতকী ফিভম নৈনরকপা ঃ

ঐখোয়গী পার্টিনা, কনষ্টিটিউশনগী ৪২ শুবা এমেন্দমেন্ত অদুবু য়াম্না কন্না থিংখি। থা ২০ চুপ্পা ইমরজেন্সি চলাইরূরবা কংগ্রেস পার্টিনা মাইথিরক্লিবা অসিবু ঐখোয়গী পার্টিনা করম্ না মওংদা নৈনখিবগে ?

“অথোরিটেরিয়ানিজম অমস্তুং নোংচুপ-বেঙ্গলদা ফেসিষ্ট-তংথাই ওইবা মওংদা চথরিবা কংগ্রেসকী লৈঙাক্লোন অসি লোইশিনখিবা অমস্তুং মোনোপোলিগী লৈঙাক্লোন অদুবু মাইথিহনখিবা অমস্তুং রুলিং কংগ্রেসনা সি পি এম বু তোঙান্না তাহন্নবা হোৎনদুনা পার্টি অসিবু থুগাইনবা হোৎ-নখিবা অদুবু মাইথিহনখিবগা লোয়ননা প্রজাশিংগী নিংতম্বা, দেমোক্রে-টিক অধিকার হুপ্তিনহনখিবা অমস্তুং পার্লিয়ামেন্তরী দেমোক্রেসি হুপ্তিনহন-বা অসি সি পি এম গী হোৎনজমনগী অচৌবা মাইপাকপা অমনি।” অদুবু পনবা য়াবদি মথক্তা পল্লিবা ওবজেক্তিভশিং অসি ফংননবা হোৎনবদা ঐখোয়গী পার্টিগী কেদর কয়া মথরাই থাখি। পার্টি মেম্বর লিশিং কয়ামরুম জেলদা শাংনা লৈখি। মরম অদুনা কংগ্রেস মথন্তগী দিক্তেতরশিপবু মাইথিহনখিবা অসি ঐখোয়গী পার্টিগী অচৌবা মাইপাকপা অমনি।

অদুগা ইমরজেন্সিগী মাংলেন শক্ত অসি থুদেক্লবা অমসুং নাগরিক-শিংগী ফংফম থোকপা অধিকারশিং অদু হন্জিন্নবা . হোৎনরকপদা জনতা পার্টিদা কো-ওপরেশন পিজরবসু, জনতা পার্টিগী ক্লাসকী লমচৎ ( class character ) অদুবুদি কাউথোক্কে। হায়বদি মথোয়শিং অসি কংগ্রেস পার্টিগুম্না শেপ্পাও অমসুং লৌয়াম চাবশিংগী পার্টিনী হায়খি। মরম অদুনা গনতন্ত্রিক্কী অধিকারশিং মাংশিল্লকপা অমসুং কেপিতে-লিজম্না থোকহল্লিবা মীয়ামগী পেন্দবশিং হেক্সলক্লবনা জনতা গভর্ণমেন্ত-গী মাইয়োক্তা চোংথোক্লুনা লেপ্পদা ঐখোয়না থোক্টনা চিংনবা পোক্কে।

## ১৯৭৮ গী এপ্রিল থাদা ঐখোয়গী পার্টিগী ১০ শুবা কংগ্রেসদা অসুম্না হায়খি :

"হৌজিক্কী মতমদা, জনতা অমসুং কংগ্রেস অনিগী মরক্তা স্ত্রগল অমা চত্থরি। জনতানা নৌনা ফংলকপা শক্তি অদু মপাঙ্গল কনখৎনবা হোৎনরি অদুগা কংগ্রেসনা চহি ৩০ চুপ্পা শক্তি পাইরমলগা তুখিবা অদু অমুক হন্জিন্নবা হোৎনবি। .... .... .... ... .... .... অদুগা জনতা নত্রগা কংগ্রেস পার্টিগী তুং ইন্দুনা চৎথ্রবা অচৌবা কাংবু থরদি লেফট অমসুং গনতন্ত্রগী পুকচেল চেনবা মীওইঁ কয়ামক্লম য়াউরি। মরম অদুনা জনতা অমসুং কংগ্রেস পার্টিগী লুচিংবশিংনা হুমদুনা পুখিদনবা অমসুং অপুম্বনা থল্লবা কেপিতেলিস্তগী লম্বীদগী থোরক্লবা স্ত্রগল তৌবা অসি সিঃ পিঃ আইঃ (এম) অমসুং মাগী মীচংশিংগী যাম্না মক ওইবা মথৌনি।"

তুংদা থোক্লকপা থৌদোকশিংনা ঐখোয়গী পোলিসি অসি চুম্মী হায়বা উৎলকই।

## ইমরজেন্সিবু শৌগৎপা অমসুং বাৎনা থাংগৎপা :

অথোরিটেবিয়ানিজমগী খুদোংথিবশিং অমসুং ইমরজেন্সি চলাইবগী মতাংদা সি পি আই গী ফিরেপ করিনো ? মসিগী মতাংদা ১৯৭৬ গী

মে থাদা মখোয়গী "পার্টি লাইফ" দা ভারত-তা ইমরজেন্সি থম্ববু থাগৎ-লদুনা মথাগী অস্তুম্না হায়খি :

"গনতন্ত্রগী মাইয়োক্তা চথরিবা ইম্পেরিএলিজম অমসুং মনুংগী রিএক্সনগী তমথিরবা প্লানশিং অদুবু ইমরজেন্সী অসিনা য়াম্না শাথিনা য়েথখি। মদুগা লোইননা প্রধান মন্ত্রী ইন্দিরা গান্ধীগী পোইন্ট-২০ য়াউবা অর্থনিতিগী প্রোগ্রামশিং অসিনা গনতন্ত্রিক ওইবা পাক-চাউবা লাঞ্চং অমা চংশিনবা ঙমই। মরম অদুনা রাজনিতিগী ফিভমদা অফবা মাইকৈরোমদা চঙশিনবা য়াবগী খুদোংচাবা লৈরে। থবকশিং অসিনা মরৈবাক নিংবা গনতন্ত্র অমসুং চাউখৎপা পাম্বা কংগ্রেস অমসুং সি পি আই গী মনুংদা য়াম্না পুক্নিং নুংঙাইহল্লে। লোয়নননা ওৎপি নৈবিরবা, হন্থনা য়েংবিরবা কাংবুশিংদা অনৌবা আশা অমা পিরে হায়খি।" মখোয়না অমুক্তা হন্না হায়খি— ইন্দিরা গান্ধীনা মনুংগী ওইবা রিএক্সন অমসুং ইম্পেরিএলিজমগী মায়োইক্তা অচেৎপা ফিরেপ অমা লৌখ্রে হায়খি। মতুংদা মখোয়না ইমরজেন্সীবু শৌগৎলদুনা লাইরিক মথা কয়া ফোংলক-খি। "ইমরজেন্সী অমসুং কম্যুনিস্ত পার্টি" হায়বা লাইরিক মচা অদুদা সি পি আই গী সি রাজেশ্বর রাওনা হায়খি :

"ঐখোয়গী লৈবাক্তা অনৌবা তাঙ্কক অমা লাক্লে মদুদি এন্তি-ইম্পেরিএলিস্ত ওইবা জাতীগী বুর্জুরাশিং অসিনা ষ্টেটগী এপেরেটস অসি থাইদগী রিএক্সনগী ওইবা বুর্জুরাগী মাইয়োক্তা শিজিন্নদুনা অনৌবা অফবা লম্বী হাংদোক্লবা তাঙ্গা ওইরে।"

"ঐখোয়না তশেংনা থংগদবনি মদুদি ভারতনা নিংতম্বা ফংলবা মতুংগী হৌখিবা চহিশিংদা য়াম্না শাথিবা শক্তিশিং হায়বদি—কম্যুনেলিজম লম লমগী ওইবা চৌভিনিজম (Regional Chauvinism ), কা হেনবা রিএক্সনশিং অসিনা গনতন্ত্র অমসুং জাতিগী একতাবু য়াম্না খুদোং থিহল্লে।"

"হৌজিক্কী য়াম্না দরকার ওইরিবদি কংগ্রেস, সি পি আই অমসুং অতৈ দেমোক্রেতিক ওইবা পার্টিশিংগা পুন্না চৎমিন্নবা অসিনি। পুন্না

চৎমিন্নহুনা কাউন্তর-রিভলুসনরী ওইবা শক্তিশিংগী লাং অহুবু মীয়ামদা খংহনবা তাবনি অমস্তুং মীয়ামগী য়াইফনবা চথরিবা প্রোগ্রামশিং অহু পাংথোক্লবা হোৎনগদবনি ॥

"........... ঐখোয়গী লৈবাক্কী শাথিরবা ফিভম অসিগী মতুং ইম্না, সি পি আই গী মেম্বর লাক্ক ৫ রোম অসিগা কংগ্রেস পার্টিগা অমতা ওইনা পুনশিন্দুনা রিএক্সনগী তমথিরবা শক্তিশিংবু মুথৎপা তাবনি।"

## কংগ্রেসকা পুন্না থবক তৌমিন্নবা ঃ

গনতন্ত্রবু আক্রমন তৌবা মতম অসিদা রাজেশ্বর রাওনা য়াম্না পেন-থ্রে মহুদি কংগ্রেস-গা পুন্না থবক তৌনিংবগী খূদোংচাবা অহু মহাক্না ফংখি। মহাক্না হায়খি—

"ঐখোয়না কংগ্রেস পার্টিগা অমস্তুং অতৈ গনতন্ত্রিক ওইবা পার্টি-শিংগা পুন্না থবক তৌমিন্নবা ওইথোক্লে। অহুনা ঐখোয়গী মীয়ামগী ওইবা অর্গেনাইজেসনগী মীওইশিংগা কংগ্রেসকী মীওইশিংগা উন্নহুনা অপুনবা কেম্পেইন চথগদবনি।"

মহাক্না মপানগী লৈবাকশিংদা লৈরিবা পার্টি রার্করশিংনা ইমর-জেন্সি সপোর্ট তৌবা থবকশিংবু থাগৎলহুনা অস্তুম্না ইখি—

"ঐখোয়গী কমরেদ জগজিত সিংহ আনন্দ অমস্তুং দবশন সিংহ (মখোয়শিং অসি পার্টিগী নেশনেল কাউনশিলগী মেম্বরশিংনি) মখোয় অনি অসিনা ইমরজেন্সি তৌরিবৈগী মতমদা গ্রেট ব্রীটেনদা লৈরিবৈদা ব্রি-টিশকী প্রেস অমস্তুং পব্লীক মীটিংদা ইমরজেন্সী তৌবগী মরমদা ঙাংহুনা, ইহুনা হোৎনরিবা অসি য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি।"

"মতম চানা তৌখিবা প্রাইম মিনিষ্টর ইন্দিরা গান্ধীগী থবকশিংনা কাউন্তর রিভলুসনবু য়ৈথবা ঙমখি।"

"হন্দক্কী ইমরজেন্সীগী খোঙথাংশিং অসিবু লৈবাক কয়ামরুম্না

সপোর্ট তৌরক্লিবা অসি মমাংঙেদা অমূক্তা উরকখিত্রি। মসিগী মরমদি ইম্পেরিএলিস্তশিংনা মতেং পাংলিবা কাউন্তর-রিভলুসনগী য়েথাই-থিঙ্গাই-বগী থবকশিং অসি পৃথিবীগী ওইবা ফেনোমিনন ওইবননি।"

## থবক হাপ্পা মীওইশিংগা পুন্না চৎমিন্নবা (Collaboration with Employers) :

প্রাইভেট সেক্টরদা ইন্দষ্ট্রীগী মরি অমসুং অতৈ মরি লৈনবা ইস্যুশিংদা নৈননবা এঃ আইঃ টিঃ ইউঃ সিঃ (AITUC), আইঃ এনঃ টিঃ ইউঃ সি: (INTUC) অমসুং ঐচঃ এমঃ এসঃ (H M.S.) অমসুং অতৈ থবক হাপ্পগী ওরগেনাইজেসনশিংগী লুচিংবশিংগা উন্নদুনা জাতিগী ওইবা এপেক্স (Apex) বোদি অমা লিংখরে। "অদুগা কংগ্রেস পার্টিনা কংগ্রেসকী মীহুৎ অমসুং অতৈ পার্টি অমসুং ওরগেনাইজেসনগী মীহুৎশিং য়াউবা কম্মিটি শেমদুনা ষ্টেটশিংদা, দিষ্ট্রিকশিংদা অমসুং ব্লোকী থাক্তা পোইন্ত ২০ য়াউবা অর্থনীতিগী প্রোগ্রামশিং পাংথোক্নবা শেম শাখরে।"

"হায়রিবা কম্মীটি অসি শেম্বা অসি য়াম্না দরকাররনি, মরমদি কম্মীটি অসিনা অর্থনীতিগী প্রোগ্রামশিং অদু নিংথিনা শেম্বা ঙমগনি। অমসুং ব্যুরোক্রেতশিংনা ইমরজেন্সীগী শক্তিবু লান্না শিজিন্নরিবা অদু নিংথিনা থিংবা ঙমগনি।"

মথক্কী মরম মম্নাম অসিদা যুক্ষম ওইরগা সিঃ পিঃ আইঃ না ৪২ শুবা কনস্টিটিউসনেল এমেন্দমেন্ত-পু সপোর্ট তৌদুনা কংগ্রেসনা অথোরিতেরিয়ান ওইবা রেজিম চলাইনবা হোৎনরিবা অসি মরম চাই হায়খি।

মীয়ামদা আক্রমন তৌববু মখোয়না থাগৎখি, অথোরিতারিয়ান ওইবা রেজিমবু অনৌবা তাক্ককনি হায়খি। অথোরিতারিয়ান পার্টি অসিবু কাউন্তর-রিভলুসনগী লাল শোক্লরিবা এন্তি-ইম্পেরিএলিষ্টকী শক্তিনি হায়খি। লেফট অমসুং দেমোক্রেটিক পার্টিশিং পুনশিনবা খোল্লাওগী মহুৎতা কংগ্রেস সিঃ পিঃ আইঃ পুনশিনবগী খোল্লাওনা মহুৎ

শিন্দোকখি। ইন্দিরাগী পোইন্ত ২০ য়াউবা অর্থনৈতিগী প্রোগ্রামশিং অদু ভারত অপুম্বগী অর্থনৈতিগী লাইনা খুদিংমকপু কোকহনগদৌরিবনি হায়খি। রাফম অসিগী য়ুক্ষমদি বুর্জ্জুয়াশিং অসি অনি থোক্না কায়রে হায়বসিনি। কাংবু অমনা এন্তি-ইম্পেরিএলিস্ত ওইবা জাতীগী মীওই-শিংনি অদুগা কাংবু অমনা প্রো-ইম্পেরিএলিষ্ট-শিংনি।

চথরিবা থবকশিং অসি রিভিজনিজম নত্রবদি করি ওইগদৌরিবনো? মার্ক্স, এঙ্গেলস, লেনিন অমস্তুং ষ্টেলিন-নচিংবশিংনা ইদুনা থনম্বা লাই-রিকশিংগী মতুং ইন্না মখোয়না মখোয়গী রাহৈশিং অসি নিংথিনা য়েংবা ওইসনু!

## তশেং তশেংদবা এনালাইশিস (unclear analysis):

ঐখোয়গী পার্টিনা হৌবদগী হৌনা তশেং তশেংনা হায়খি মদুদি ইমরজেন্সী রেজিমগী মখাদা রুলীং ক্লাস-শিংনা শিন্মীশিং অমস্তুং দেমো-ক্রেতিক মুভমেন্তশিংবু য়ৈথনবা হোৎনখি। অমস্তুং ইন্দিরাগী পোইন্ত ২০ য়াউবা অর্থনীতিগী প্রোগ্রাম অসি স্তুপ্নগী মীয়ামবু হুমদুনা পুবা য়ানবা তাৎ তৌশিন্নবনি। তৌইশুম্বস্তুং ইমরজেন্সি রেজিম অদুনা ভারতকী দেমোক্রেতিক ওইবা ইন্সতিটিউশনশিং অমস্তুং দেমোক্রেতিক মুভমেন্ত কয়াবু অমাং-অতা থোকহল্লিবা অদুবু সি পি আইনা উবা ঙমখিদে। শোক ১৯৭৮ দা মখোয়গী ১, শুবা কংগ্রেস ফম্বা মতমদা ভাব থরা তার-কপদি মাল্লি। অদুবু মতম অদু ফাওবদা মখোয়না লাল্লুবগী মরু অদু নিংথিনা খংবা ঙমখিদে। কংগ্রেস অসিদা মখোয়না সি পি আই অসি কংগ্রেস পার্টি ওইনা উরে অমস্তুং মখোয়গী তোঙানবা শক্তম অমা ওইনা মীয়াম্না উদ্রে হায়বা য়াখি। মখোয়গী রাজনীতিগী রিপোর্টতা হায়খি মদুদি মতমদুগী ভারতকী ফিভমদা য়াম্না লাংবা অমস্তুং চয়েৎনবা ফিভম লৈবনা ইন্দিরা গান্ধীনা ইমরজেন্সি চলাইরিবা অসিগী পান্দম করি-নো হায়বদু নিংথিনা খংবা ঙমখিদে। অমস্তুং মখোয়না মখা তানা হায়খি:

"অসিগুম্বা ক্ষিভম অসিদা, ইমরজেন্সী চলাইবগী অফ-কন্ত থংনবা হাথু হাথুনা ইমরজেন্সী সপোর্ট তৌবগী মহুৎতা মতম খরা ঙাইরম্নবদি অশিংবা মী অমা ওইরমগদবনি হায়খি। মখোয়না শন্দোক্লা মথা তানা হায়খি মতুদি অমরোমদা মখোয়না লান্না লৌরুরে মতুদি বুর্জু-রা অসি অনি থোক্লা কায়রে। নাকল অমদনা এন্তি-ইম্পেরিএলিস্ত দেমোক্রেতিক ওইবা বুর্জুরাগী কাংবু অতুগা নাকল অমরোমদনা প্রো-ইম্পেরিএলিস্ত, প্রো-মোনোপোলি-প্রো-লেন্দলোর্ডনি। অতুনা ইমর-জেন্সীগী মতেংনা ষ্টেটগী শক্তি শিজিন্নহুনা প্রোগ্রেসিভ ওইবা মাইকৈ-রোমদা ইল্লকপা ঙমগনি হায়না খনখিবনি হায়খি। তশেংবা রাখলদি ইমরজেন্সীগী মতেংনা কংগ্রেসগা পুন্না চংমিন্নবগী খুদোংচাবা লৌহুনা, কংগ্রেসগা পুল্লগা নেশনেল দেমোক্রেসি চাউখৎহনবা হায়বসিনি। অকোনবদা, মখোয়না বুর্জুরা মনুংদা এন্তি-ইম্পেরিএলিস্ত অমসুং প্রো-ইম্পেবিএলিস্ত হায়বা কাঙলুপ অনি থোক্লা লৈরে হায়না লৌখিবহু লাল্লে হায়বা য়াখি। হৌখিবা চহি ১৫ অসিদা দেমোক্রেতিক মুভমেন্ত-তা য়াম্না অমাং অতা থোকহল্লবা মতুংদা মথক্কী রাফম অসি য়াখিবনি।"
মতুংদা মখোয়না হায়খি ঃ

"ইন্দিরা গান্ধীগী মপানগী পোলিসি হায়বদি এন্তি-ইম্পেরিএলিস্ত পোলিসিবু সপোর্ট তৌবগা লোয়ন লোয়ননা মহাক্কী মনুংগী ওইবা মীয়ামগী মাইয়োক্তা চথবিবা পোলিসিশিং অসি থেংনবদা হেন্না পুক্নিং চংলমগদবনি হায়বসি নিংথিজনা খংহৌদ্রে হাযখি। লৈবাক মনুংগী ওইবা প্রোগ্রেসিভ ওইবা পোলিসি লৈত্রবদি মপানগী পোলিসিশিং ঙাক শেনবা ওইথোক্কে হায়বসি নিংথিজনা খংহৌদ্রে হায়খি।"

মতৌ অসুম্না মখোয়গী পার্টি কংগ্রেসদা মখোয়না য়াখি মতুদি—
(১) বুর্জুরাশিং অসি কাঙলুপ অনি থোক্লা কায়রে হায়না খনখিবা অহু লাল্লে; মখোয়না কংগ্রেস মনুংগী রিএক্সনরী ওইবা পোলিসিবু কাউ-থোক্লগা মপানগী পোলিসিদা য়ুম্ফম ওইরগা কংগ্রেস গভর্নমেন্ত-পু

শৌগৎলুবা অসিস্নু লাল্লে। লেফট অমস্নুং দেমোক্রেতিক ফ্রন্টগী লম্বী হায়জরবস্নু সিঃ পীঃ আই অমস্নুং কংগ্রেসকী অপুনবা লম্বী ওইনা থোকখি হায়বা য়াখি। মখোয়না য়াইট রিএক্সনগী মাইয়োক্তা লাল শোক্নগদবনি হায়বা খোল্লাউ লাউরম্মগা বুর্জ্জুয়াশিংগী তুং ইনখি। হৌজিক্তি তশেং তশেংনা থংলে মতুদি সি পি আইগী রিভিজনিজমগী পোলিসিনা শেঙ্গাও পাইবা অমস্নুং লৌয়াম চাবগী স্বার্থদা নিংথিনা সেবা তৌতুনা লেফট ফ্রন্ট অমস্নুং দেমোক্রেতিক ওইবা শক্তিশিংবু য়াম্না মাং তাকহনখি।

মরম অসিদগী সি পি আই না মরু ওইনা সি পি এম বু আক্রমন তৌখি। ৱেষ্ট বেঙ্গল অমস্নুং কেরালাদা শেম্লীবা ইউনাইতেদ ফ্রন্টকী গভর্নমেন্ত অতুবু থুগাইনবা হোৎনখি।

## অরানবা আউটলুক অতুগী মরু :

আউটলুক অতুগী মরুদি মখোয়না জাতীগী বুর্জ্জুয়াশিং অতুদা লৌবা ফিরেপ অতুননি। মতম অতুদা তেক্টেকেল ওইবা লম্বী অনি লৈরম্মী। সি পি এম না লৌরিবা ক্লাসগী ফিরেপ(Class understanding) অতুগা অমরোমদা সি পি আই না লৌরিবা বুর্জ্জুয়াগী তুং ইনবা হায়বা ফিরেপ অসিনি। সি পি আইগী লম্বীদি সি পি এম গী লম্বীবু থুগায়বা অসিনি। সি পি এম গী লম্বীদি শেঙ্গাও পাইবা অমস্নুং লৌয়াম চাবশিংগী মাইয়োক্তা লেফট অমস্নুং দেমোক্রেতিক ওইবা শক্তিশিং অমুক হন্না ভাশিন খোমজিনবা অসিনি। সি পি আইগী লম্বীদি শিন্মীশিংগী মুভমেন্ত নমথাক তৌবনি অতুগা সি পি এম গী দি শিন্মীশিংগা পুন্না চৎমিন্নবনি। সি পি আই গী ১১ শুবা কংগ্রেস তৌরবা মতুংদা মখোয়গী মরু ওইবা থবক অসি জনতা পার্টিগী মাইয়োক্তনি অতুগা ঐখোয়গী পার্টিনা অথোরিতেরিয়ান ওইবা শক্তিশিংগী মাইয়োক্তা লাল শোক্নবা অসিনা হেন্না মরু ওইনা হোৎনৈ। জন সঙ্ঘ অমস্নুং বি এল দি (BLD) য়াউবা মরম্না সি পি

আইগী মত-তা জনতা পার্টি অসি খ্বাইদগী রিএক্সনরী ওইবা শক্তিনি হায়খি। তৌইগুম্বসুং মখোয়গী ফিরেপ অসি কাংখোং চাইবা ফিরেপনি মরমদি সেন্তুরদা বি এস দি না লুচিংবা মিনিষ্ট্রিবু মখোয়না শোগৎখি।

চহি ১৮ রোম অসিগী মনুংদা মখোয়গী লম্বী অসি সি পি আই গা কংগ্রেসগা পুন্না চৎমিন্নবা লম্বী ওইখি। মখোয়গী লম্বীদি কংগ্রেস গভর্নমেন্তপু শোগৎপনি। ৪শুবা জেনরেল ইলেক্সনদা ষ্টেট কয়ামরুমদা কংগ্রেস পার্টিনা মাইথিরক্লবা মতমদনা কংগ্রেস নত্তবা গভর্নমেন্ত-শিংবু শোগৎখি। অদুগা সি পি এমগী লম্বীনা লৌশাং শিংনা কংগ্রেস পার্টি অমসুং শেপ্পাও পাইবা অমসুং লৌয়াম চাবশিংগী মাইয়োক্তা লাল থেংনবনি।

## মীয়ামগী ওইবা যুক্ষমদা বীচার তৌবা ঃ

বুর্জুরা ক্লাসগা পুন্না চৎমিন্নকবা পোলিসি অসিগী ফলনা, সি পি আইগী মীয়ামগী ওইবা যুক্ষম অদু মাংশিনখিবা তাবনি অদুগা ঐখোয়গী পার্টিনা বুর্জুরা অমসুং লেন্দলোর্ডগী মাইয়োক্তা স্ত্রগল তৌবা মরম্না নোংমা নোংমগী মপাঙ্গল কনখৎপা হেঙ্গৎলক্লি অমসুং লৈবাক অসি লেফটগী মরু ওইবা শক্তি অমা ওইরক্লি। অদুবু লাইবক থিবদি সি পি আই গী লুচিংবশিংনা রাফম অসি য়ানিংখিদে হায়বা য়াই।

রাজসেখর রেদ্দিনা ইবা আর্তিকল "সোসিয়েল-দেমোক্রেটিক য়াদষ্টিক (Social Democratic Yardstick) অদুদা মহাক্না অস্তুম্না মরৈ য়েংখি মদুদি পার্টি অমগী মপাঙ্গল কয়া য়াম্না হেঙ্গৎলবগে হায়বগী মতাংদা ইলেক্সনগী য়ার্দষ্টিক শিজিন্নরবদি সোসিএল-দেমোক্রেতিক ওইবা ফিভমনি হায়খি। ইলেক্সনগী ফলনা কম্যুনিস্ত পার্টি অমগী অশেংবা পাঙ্গল তাকপা ওমদে হায়বদা থোইনা চিংনবা লৈতে। মরমদি ষ্টেটগী শক্তি অসি বুর্জুরা-লেন্দলোর্ডগী মখুৎতা লৈ তৌইগুম্বসুং পার্টিগী অচৌবা ইনফ্লুয়েন্স অমা লৈ হায়বদি খংগদবনি।

সি পি আই গী ১১ শুবা কংগ্রেস-গী রিপোর্ট'তা ইরিবা পেরা (para) অমা লৌথোক্লুনা য়েংশি। সেক্তরদা কংগ্রেসনা মাইথিরবা তুং ফাউবদা, মখোয়না কংগ্রেসগা পুনহুনা এন্তি-মার্ক্সিস্ত ফ্রন্টশিং শেম-গৎখি। কংগ্রেস অমস্তুং কাল্লিস্ত পার্টিশিংগা পুন্দুনা ইলেক্সন্দা মাই পাকখি। মতাং অদুদা মখোয়গী এনালাইশিসদি মখাগী অসুম্না পীখি।

"মতাং অসিদা কেরালাগী থৌদোক অসি নিংথিনা নৈনবা দরকার লৈ। মরমদি সি পি এম না এতেক তৌখিবা ঐখোয়গী লম্বী অসি হায়বদি লেফট অমস্তুং দেমোক্রেতিক ওইবা শক্তিশিং পুনশিনগদবনি হায়বগী মতাংদা লোক সভা অমসুং বিধান সভাগী ফলনা ঐখোয়গী লম্বী অসি চুম্নে হায়বসি উৎলকলি। 'কেরালা ইউনাইতেদ ফ্রন্ট' না লোক সভাগী মীশিং লোইনমক মাই পাকখ্রে অমসুং রাজ্যগী থাক্তনা ঐখোয়গী মীশিং ৩ দগী ৪দা হেঙ্গৎখরে। বিধান সভাগী ইলেক্সনদা ইউনাইতেদ ফ্রন্টনা ১৪০ গী মনুংদা ১১১ ফংখ্রে। অদুগী মনুংদা ঐখোয়গী পার্টিগী মশিং ১৬ তগী ২৩ দা হেঙ্গৎখ্রে। অদুগা সি পি এম না ৩২ দগী ১৭ দা হন্থখ্রে।"

অদুবু নিংশিংগদবদি ইলেক্সন অদু সি পী এম অমসুং মাগী চৎমিন্ন-বশিংনা ৪৫% গী চাংদা ভোৎ ফংখি। অদুবু সি পি আইগা চাং তমনবদা সি পি এম না মশিং হন্থনা ফংবা মরম্না সি পি এম অসি ইলেক্সনদা য়াম্না শাথিনা শোথরে হায়খি। রাজ সেথর বেদ্দিনা মার্ক্সিষ্ট ক্লাসসিক্স য়েংল-রুবদি মহাক্না হায়রিবা সোসিএল দেমোক্রেতিক য়ার্দষ্টিক হায়বদু অসি ওইরমগদ্রা ?

অদুগা অতৈ অতোপ্পা য়ার্দষ্টিক অমুক য়েংসি—

ঐখোয়গী ( সি পি এম ) গী ১১ শুবা পার্টি কংগ্রেস তা মীয়ামগী অমসুং ক্লাস ওর্গেনাইজেসনগী খুদম ওইনা সি আই তি ইউ (CITU), এ আই কে এস (AIKS), দি রাই এফ আই (DYFI), এস এফ আই (SFI), দি দব্লীউ এফ (DWF) অসিনচিংবা ময়াম অসিগী মেম্বরশীপ

মশিং চাউরাক্না মিলিয়ন ১৬ য়ৌগ্রে। অমরোমদনা সি পি আইগী মীয়ামগী ওর্গেনাইজেসনগী মেম্বরশিপগী মশিং মখোয় মশানা পিবা ওইসনু। য়ার্দষ্টিক অসিমদি সোসিএল-দেমোক্রেতিক য়ার্দষ্টিক ওইরোইদ্রা থল্লি।

## অচুম্বা লম্বী ঃ

মখোয়না থংগদবনি মহুদি কম্যুনিস্ত পার্টি চাওখৎহনগে হায়রবদি অচুম্বা লম্বী অদু থংগদবনি অমসুং লম্বী অদু পাংথোক্লবা হোৎনগদবনি। সি পি এমনা লিশাং শিংনা কংগ্রেস পার্টিগী মোনোপোলি অমসুং বুর্জ্জুরা লেন্দলোর্ড কাংবুগী মাইয়োক্তা লাল শোক্লরক্লি। মসিগী ওন্না তৈনবদা সি পি আইনা অয়াম্বা মতমদা বুর্জ্জুরাগী তুং ইন্দুনা চৎলি। মহুগী য়ুন্ফমদি কংগ্রেস মনুংদা মোনোপোলি অমসুং মোনোপোলি নত্তবা কাংবু অনি থোক্না লৈরে হায়না খল্লুবননি।

হৌজিক্তি সি পি আইগী মনুংদা অচৌবা অহোংবা উরে: এন্টি মার্ক্সিস্ত ফ্রন্ট শেম্বা তোক্নুনা লেফট ফ্রন্টকা খুৎশমবা হোবক্লে। মখোয়না লেফট অমসুং দেমোক্রেতিক ফ্রন্ট শাগৎনবা য়াম্না থুনা হোৎনবা মতম ওইরে। মহুবু থিস্থৱিবমখৈ নোংমা নোংমগী মাং তাকপা হেক্সিল্লকনি। ঐখোয়মু লেফট ইউনিতি পুরক্লবা কম্না হোৎনগদবনি মহুগী মনুংদা সি পি আই গী ইউনিতি অসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি।

৬

# বুর্জ্জুর্বা নেশনেলিজমগী মাইয়োক্তা প্রোলেতেরিয়ান ইন্তরনেশনেলিজম :

সিঃ পিঃ আইঃ গী মনুংদা লৈরিবা লুচিংবশিংনা শেঙ্গাও পাইবা অমস্থুং লোৗয়াম চাবশিংগী পার্টিশিংনা মীয়াম্বু সেন্তীমেন্ত-না হুমদুনা হেক হেক পুরকপদা বুর্জ্জুর্বা নেশনেলিজম অমস্থুং চৌভিনিজমগী খায়াৎতা হেক হেক তাখি। মহারাষ্ট্রা অমস্থুং করনাতাকাগা লম হেন্দোক হেজিনগী মতাংদা খৎনরকপদা, ভারতকা চীনাগা, ভারতকা পাকিস্থান-গা খৎনরকপা মতমদা সিঃ পিঃ আইঃ গী লুচিংবশিং অসি চৌভিনিজমগী রাখল্লোলনা হেক হেক হুমদুনা পুখি। সোসিএলিস্ত সিস্তেম অমস্থুং দিক্তেতরশীপ ওফ দি প্রোলেতরিএতকী সিষ্টেম অসিবু ঙাক শেনবগী মতাংদসু বুর্জ্জুর্রাশিংনা খনবা রাখলশিংদগী খোইনা হেন্দোকচবা ঙম-খিদে। লোয়ন-লোয়ননা দাঙগে অমস্থুং মহারাষ্ট্রা কম্মীটিগী মেম্বরশিং অসি অনিরক হন্না সেন্সর তৌখি।

মসিগী ওন্ন-তৈনবদা সিঃ পিঃ এমঃগী লুচিংবশিংনা প্রোলেতরিয়ান ইন্তরনেশনেলিজম অমস্থুং মার্ক্সিজম-লেনিনিজমবু ঙাক শেন্নবগীদমক্তা অকনবা ফিরেপ লৌখি। সিঃ পিঃ এমঃ না ইন্তরনেশনেল কম্যুনিষ্ট মুভমেন্ত-কী ১৯৫৭ অমস্থুং ১৯৬০ গী দোকুমেন্ত-তা য়াউরিবা রিভলুসনরী ওইবা প্রিন্সীপলশিং অহু রাংনা থাঙ্গৎখি। মার্ক্সিজম-লেনিনিজমদগী লাল্লা চৎথরবা মীওইশিংবু হুস্থনা য়েংখি। ইউঃ এসঃ ইম্পেরিএলিজম অসি

পৃথিবীগী মীওইশিংগী য়েরুবনি হায়না লৌথি অমসুং থিংখি। লোয়ন-লোয়নন। কাউন্তর-রিভলুসনগী খোংথাং খুদিংমক য়ৈথনবা হোৎনখি।

## দোকুমেন্ত-তা মত খেন্নরকপা ঃ

কম্যুনিস্ত পার্টি পুল্লিভৈদা ইন্তরনেশনেল কম্যুনিস্ত মুভমেন্ত-কী মরু ওইবা দোকুমেন্ত অনি ১৯৫৭ কী মোস্কো দেক্লেরেশন ( the Moscow declaration) অমসুং ১৯৬০ গী পার্টি ৮১ গী ষ্টেটমেন্ত অসিগী অর্থ লৌনরকপদা মোৎ খেন্নবা হৌরকখি। তশেংনা হায়রুরবদি, পার্টি মনুংদা দোকুমেন্তশিং অত্থু নিংথিনা থন্নখিদে। ওক্টোবর থাগী ১৯৫৮ দা ফমথিবা মদ্রাসদা নেশনেল কাউন্সীলগী মীটীংদা পঞ্জাব ষ্টেট কম্মীটি অমসুং রেষ্ট বেঙ্গল ষ্টেট কম্মীটিনা পুখৎলকপা ১৯৫৭ মোস্কো দেক্লেরেশন থন্নবা পুখৎলকপা অত্থু য়ৈথখি। হায়রিবা নোটশিং অত্থুনা পার্টি মনুংদা রিভিজ-নিজম হৌখ্রে হায়বা তাকখি। পার্টি ৮১ গী কনফরেন্স য়াউকবা ভারত-কী কম্যুনিস্ত পার্টিশিংগী দেলিগেত মেম্বরশিংগী মরক্তা কনফরেন্স অত্থুগী ষ্টেটমেন্ত-গী মতাংদা মোৎ খেন্নবা হৌরকখি। জানুৱারিগী তাং ১১, ১৯৬১ নেশনেল কাউন্সীলদা লৈখিদ্রবা অজয ঘোষনা মোস্কো কনফরেন্সকা মরী লৈননা নোট অমা থাদোবকখি। অজয় ঘোষনা হায়রিবা রাফম থবদা য়ানিংদবা উৎলদুনা লৈখিদ্রবা ভুপেষ গুপ্তনা ১৯৬১ গী জানুৱারিগী তাং ১৪ দা নোট অমসু থাদোরকখি।

শান্তি ওইনা পুন্না হিংমিন্নবা (Peaceful co-existence) হায়-বগী মতাংদা ভূপেষ গুপ্তনা হায়খি—

"অজয় ঘোষগী নোটতা অসুম্না হায়বি— শান্তি ওইনা পুন্না হিং-মিন্নবা হায়বসি ক্লাস স্ত্রগলগী অকক্রবা মও' অমনি। পৃথিবীগী ইম্পেরিএ-লিষ্ট-শিংগী মাইয়োক্তা অর্থনীতি, রাজনীতি অমসুং আইদিওলোজিগী স্ত্রগলনি। মসিনা ইম্পেরিএলিষ্ট-শিংনা খুৎলাই পাইবা অত্থু থিংজিন্দুনা, সোসিএলিজমগী শক্তিবু মপাঙ্গল কনথৎহনগদবনি।"

"ঐনা খল্লি মতুদি মথক্কী ব্যাখ্যা অসি চুমদে। অচুম্বদি, হায়রিবা অসি সোসিএলিজম অমস্তুং কেপিতেলিজমগী অনিগী অকরুবা ক্লাস স্ত্রগলনি। প্রাক্টতিং কন্সীশনগী রা ওাংবদা কমরেদ সুসলোভ-না হায়খি শান্তি ওইনা পুন্না হিংমিন্নবনা সোসিএলিজম অমস্তুং শিন্নীশিংগী স্বার্থদা ক্লাস স্ত্রগল চংশিনবদা মতেং পাংই। ষ্টেটমেন্ত অদুনা হায়খি— "শান্তি হায়বসি সোসিএলিজমগী য়াম্না থাজবা য়াবা মরূপনি ময়মদি কেপিতেলিজমগী মাইয়োক্তা মতম্না সোসিএলিজমগী স্বার্থদা থবক তৌরক্লি।"

অদুগা অজয় ঘোষগী নোত-তা ইরিবা বুর্জ্জুরাশিংগী লমচৎ অনি লোংবগী মতাংদা ভুপেস গুপ্তনা মথাগী অসুম্না হায়খি—

"ষ্টেটমেন্ত অদুনা তাকলি মতুদি বুর্জ্জুরাশিংগী মমায় অনি লোংবগী শক্তম অসি ভারতনা নীংতম্বা ফংলবা মতুংদা ফাউবা অদুম চত্থরি। অমস্তুং কম্প্রোমাইজিং ওইবা শক্তমশিং অসি শিন্নী-লৌমীশিংনা পুনশিন্দুনা থিংননবা হোৎনরি।"

অদুম্নদি ওইরগা, ভারত-না নিংতম্বা ফংলবা মতুংদা থৌদোক খরা হেন্না থোকখ্রে। ষ্টেটমেন্ত অদুনা তাকলি— নীংতম্বা ফংলবা মতুংদা জাতীগী বুর্জ্জুরাশিং অসি লৈবাক মনুংগী রিএক্সনরীশিংগা অমস্তুং ইম্পেরিএলিজমগা নোংম-নোংমগী কম্প্রোমাইজ তৌবা হেল্লক্লি। অদুদগী ষ্টেটমেন্ত অদুনা খুদক্তা অমুক পল্লি— "অদুম্নদি ওইরগা লৈবাক অসিনা চাউখৎত্রিবা অসি কোক্নবা অমস্তুং মথোয়গী হিংবগী ফিভম ফগৎনবগীদমক্তা মীশিংগী খ্বাইদগী ফবা উপায়দি কেপিতেলিস্ত নত্তবা লম্বীদা চৎপনি।" চপ মান্নবা পেড়াগ্রাফ অদুদা হায়রি—অসিগুম্বা সমাজগী সম্যাশিং কোক্নবা শিন্নী অমস্তুং লৌমীশিংনা লুচিংনবা হোৎনবা তাই।"

## বুর্জ্জুবা কাংবুগা পুন্না চৎমিন্ননবা লম্বী য়াৎপা :

ভুপেস গুপ্তাগী নোতশিংদগী ঐখোয়না থংলে মতুদি অন্তরজাতীগী দোকুমেন্তশিং নৈনবদা মত অমত্তা ওইনা অর্থ লৌনখিদ্রে। সি পি আইগী

মঙ্গুংদা বুর্জ্জুয়া কাংবুগা পুন্না চৎমিন্নবা লম্বী য়াৎপা হৌরক্রে।  তুংদা থোক্লকপা থৌদোকশিংনা তাক্লি মতুদি সিঃ পিঃ আইঃ গী প্রোগ্রামনা কয়য়া বুর্জ্জুয়া কাংবুশিংগা পুন্না চৎমিন্নবা লম্বী য়াৎলকপগে হায়বহু।

পার্টি পুল্লিডৈদা শোক ১৯৫৬ তা হঙ্গেরিদা কাউন্টর-রিভল্যুসন কয়া তৌরকপা মতমদা ভারতকী কম্যুনিস্ত পার্টি কায়রবা মতুংদা সিঃ পিঃ আইঃ দা লৈহৌবা কাংবুশিংনা থৌদোক অদুবু মীয়ামগী ঈহৌনি হায়খি। সি অচুটা মেনন-না পার্টি ফাউবা তোক্কনি হায়খি। মরু ওইবা তানফম অসিদা জাতীগী চৌভিনিষ্টীক ওইবা লম্বীবু শৌগৎখি। অমস্তুং ভারত-কা চীনাগা লাল তৌনবা মতমদস্তু চপ মান্নবা ফিরেপ লৌখি।

পার্টি অনি থোক্কা কায়রবা মতুংদা সিঃ পিঃ এমঃ না ১৯৬৫ গী ভারত পাকিস্তানগী লালগী মতাংদা করি ফিরেপ লৌখিবগে?

ঐথোয়গী পার্টিনা লাল অদু লেপকদবনি হায়রবগা লোয়নননা থৎনরিবা মরমশিং অদু থন্নবগা তাইশিন্নবা হোৎনগদবনি হায়বা ফিরেপ লৌখি। তাসকেন্টতা য়ারী শাননবা সোভিয়েটনা হৌদোরকপা অদুদা, ঐথোয়গী পার্টিনা য়ায়া হয়াওনা য়ানিংবা উৎখি। সিঃ পিঃ এমঃ না থৌনা ফনা ফিরেপ অসিবু কেম্পেন্দ তৌখি। মরম অসিগীদমক ঐথোয়গী লুচিংবা কয়া জেলদা থমখি।

মতম অসিদা ইঃ এমঃ এসঃ নমবুদিরিপদদি জেলদা লৈখিদে। ভারত-কী মফম কয়ামরুমদা মহাক্কা চৎতুনা পার্টিনা লৌরিবা লম্বী অদু তাকখি। কলকটাদা মী লাক্ষ অমরোম তিনবা রেল্লিদা য়া ঙাংখি। অমস্তুং মফম কয়াদা প্রেস কনফরেন্স তৌখি। মফম খুদিংমক্তা মহাক্কা হায়খি মতুদি ভারত, পাকিস্তান অমস্তুং চীনাগী মরক্তা লৈরিবা সমস্যাশিং অসি মিলিটরিনা কোকহনবা ঙমলোই। মরি লৈনবা লৈবাকশিংগা য়ারি শান্নদুনা য়ানবা অমা পুরক্কবা কয়া হোৎনগদবনি।

## ভারত অমসুং পাকিস্তানগী লালদা সিঃ পিঃ আইঃ গী ফিরেপ করিনো ?

লালদা সিঃপিঃআইঃ গী ফিরেপ করিনো ? পাটনাদা ফমখিবা পার্টি কংগ্রেসতা মখোয় মশানা তৌজবা সেলফ-ক্রিতিসিজম পান্থুনা য়েংসি। "অহানবদা, পাকিস্থান অমসুং নোংপোক পাকিস্থান্দা লৈরিবা অফবা শক্তিশিংগা রা তান্নবা দরকার ওইরম্মী হায়বসি ঐখোয় মুন্না থলহৌরে। শান্তিগী ফিরেপ লৌথুনা লাল লোইশিল্লনবা হোৎনরমগদবনি অমসুং ঐখোয় ইশামক জন সংঘনা লৌরিবা ফিরেপশিংদগী ময়েক লানা তোঙাল্লা লৈরমগদবনি।"

"সোভিয়েতনা হোদোরকপা তাস্কেন্ত-গী শান্তি ওইনা তাইশিল্লবগী রাকম অহুবু থওক রাওইথিদবা অহু ঐখোয়গী অশোনবনি হায়না হায়খি।"

পুম্নমক অসিনা তাকপদি সিঃ পিঃ আইঃ অসি সোভিয়েতনা হোদোরকপা থবক অহু ফাউবা থওক রাওয়দনা জাতীগী চৌভিনিজমগী সেন্ত্রীমেন্তনা হুমথুনা পুল্রে।

## জেকোস্লোভাকিয়াদা থোক্লকপা ক্রাইশিস ঃ

শোক ১৯৬৮ দা জেকোস্লোভাকিয়াদা কাউন্তর-রিভলুসনগী মঙক হায়গৎলকপদগী সোসিএলিস্ত সিষ্টেম অমসুং অন্তরজাতীগী কম্যুনিস্ত মুভমেন্ত-পু শীংনরকখি। সিঃ পিঃ আইঃ না জেকোস্লোভাকিয়াগী কম্যুনিস্ত পার্টিগী দবশেক ( Dubcek ) না লুচিংবা বিভিজনিষ্ট ওইবা প্রোগ্রামশিং অহুবু শৌগৎখি। সিঃ পিঃ আইঃ গী পার্টিগী চেফোং "নিউ এজ" দা ১৯৬৮ গী জুনগী তাং ২ গী ইদিতোরিয়েলদা অস্নুম্না ইখি—

"জেকোস্লোভাকিয়াদা চিংনবা লৈতনা অনৌবা ইতিহাসকী খোংচং অমদা চথরি। থৌওং অসিমক কম্যুনিস্ত পার্টি মশাম্মক্না লুচিংবনি। জেকোস্লোভাকিয়াগী সমাজদা মক ওইনা অর্থনীতি, রাজনীতি অমসুং পার্টিদা লৈরিবা অশোয়বা, অরাৎপা, অরানবা ময়াম অসি মথং মথং

চুমথোক্লক্লে। থবক ময়াম অসি সোসিএলিজম শোঙ্নবা তৌবা নত্তে, মাংলোমদা চংশিন্নবা ছোৎনরিবনি। অদুনা .... .... লৌরিবা অনৌবা প্রোগ্রামশিং অসি অনৌবা ফিভমগী দরকারনা পুরকপনি। ঐখোয়না জেকোস্লোভাকিয়াদা থোক্লিবা থৌদোকশিং অসি কুপ্না খংজবস্থ অনৌবা দিভেলপমেন্তশিং অসি সোসিএলিজমগী গনতন্ত্রবু ফগৎনবনি। অদুনা সিঃ পিঃ আইঃ না থরায় হকচাং য়াউনা মখোয়গী প্রোগ্রামশিং অসি শৌগৎলি। অরোইবদা রাহৈ থরস্থ হায়খি— জেকোস্লোভাকিয়াদা চত্থরিবা অর্থনীতিগী রিফোর্মশিং অসি সোসিএলিষ্ট ইকোনোমী ফগৎনবনি। অমস্থং জেক্স অমস্থং স্লোভাকশিংগী মরক্তা মান্নবা পুরক্লবগীদমক্তা ফেদেরেল সিষ্টেম পুশিল্লকপনি।"

জুলাইগী তাং ২ দা "নীউ এজ" দা জেকোস্লোভাকিয়া কম্যুনিস্ত পার্টিগী সেন্ত্রেল কম্মীটিগী সেক্রেটরী সিঃ সিসর (C. Ciser) গা উন্নবগী পাউশিং ফোংখি।

**জুলাইগী তাং ২১ দা "নীউ এজ" দা আর্টিকল মচা অমা ফোংখি ঃ**

"নীউ এজগী পাউমীশিংনা প্রেগ-তা নুমিৎ ৯ নি চুপ্পা চৎলুই। অমস্থং কম্যুনিস্ত পার্টিগী লুচিংবশিংগা, ট্রেদ ইউনিয়নগী কাংবুগা, জরনেলিস্তশিংগা, ক্লবকী অচম্বা মীওইশিংগা রারী শান্নরুই। ঐখোয়গী কোরেসপোন্দেন্ত-না অনৌবা ট্রেন্দ ( new trend ) গী মীহুৎশিংগা উনবতা নত্তনা পার্টিগী অরাংবা ফমশিংদগী ক্রিতিসিজম চাহুনা লৌথোকপ্রবা মীওইশিংগস্থ উন্নরুই। মহাক্না জেকোস্লোভাকিয়াদা ঙসি থোক্লিবা সমস্যাশিংগী নাকল কন্নামরুমদগী খন্নরক্লবা রাফমশিং অদু রিপোর্ট তৌগে হায়না ফোংদোকখি।"

**এপ্রিলগী তাং ৭ তা নীউ এজদা দবসেক্কী রাহৈ থরা ফোংখি ঃ**

"জেকোস্লোভাকিয়াগী কম্যুনিস্ত পার্টিগী সেন্ত্রেল কম্মীটিগী প্লেনরী সেসন অমা দিসেম্বর জান্নুয়ারীদা ফমখি। সেসন অদুগী রারেপশিং থবক

ওইনা পাংথোক্লবা হোৎনবদা পার্টিগী মতুং অমসুং লৈবাক অসিগী রাজ-নীতিগী পুন্সিদা গনতন্ত্রিক ওইবা পাক চাউবা মুভমেন্ট অমা হৌরক্লি।"

## মেগী তাং ৫ দা এক্সন প্রোগ্রাম য়াউবা দবসেক্কী স্পীচ অমা নীউ এজ দা ফোংদোকখি ঃ

"জেকোস্লোভাক সোসিএলিস্ত রিপব্লীক্লা ২৩ শুবা জাতিগী নুমিৎ পালন তৌরি। জেকোস্লোভাকিয়াগী শিন্নমীশিংনা সোসিএলিষ্ট সমাজ শাগৎপদা য়াম্না মাই পাক্লে অমসুং হৌজিক্কী মতমদা মথোয়না রাজনীতি অমসুং অর্থনীতিগী ফিভমদা রিফোর্ম অমা পুরক্লবা কন্না হোৎনরি।"

"মথোয়না হান্না অরানবা থবক অমসুং লৈথোক-লৈশিন শান্নখিবা অহু কোক্লবা হোৎনরি। লোয়ন-লোয়ননা জেকোস্লোভাকিয়াগী লুচিং-বশিংনা চথুরিবা রিফোর্ম অসি লৈবাক অসিদা সোসিএলিজম কনখৎনবা হোৎনরিবনি।"

## থা ৬ পংথখিবা ঃ

থা কয়া চুপ্পা জেকোস্লোভাকিয়াগী কম্যুনিস্ত পার্টিগী রিভিজনিষ্ট ওইবা থবকশিংবু মমীং চৎহন্নরবা মতুংদা, কাউন্তর রিভলুসন-না মাই পাকখিদোরে হায়বা উরকখি। অমসুং রার সো পেক্টগী লাম্মীশিংনা সোসিএলিজম ঙাক্লবা কাউন্তর রিভলুসনবু য়েথবা তারকখি। মতাং অসিদাসি পি আইগী লুচিংবশিং জ্ঞান মাংখি অমসুং থা তরুক চুপ্পা রারেপ অমতা লোবা ঙমখিদে।

সি পি আইগী লীদরনা পার্লিয়ামেন্ত-তা মতাং অসিগা মরী লৈননা রা-ঙাংখিবা মতেক অমতং পনবা য়াই—

"জেকোস্লোভাকিয়াদা থোক্লিবা থৌদোকশিংগা মরী লৈননা লৌ-রিবা ঐখোয়গী পার্টিগী ফিরেপ অসি ময়াম্না খংনরে। দবসেক্কী লীচিং মথাদা জেকোস্লোভাকিয়াদা রিফোর্ম তৌরকপা মতমদা, ঐখোয়গী

পার্টিনা থন্নায় হুকচাং য়াওনা শৌগৎলি। রিফোর্মশিং অসি পৃথিবীগী সোসিএলিষ্ট গনতন্ত্রবু মপাঙ্গল কনখৎহনবদা য়াম্না দরকার ওই।"
(যোগীন্দ্র শর্মানা লোক সভাদা হায়খিবনি।)

## সিঃ পিঃ এমঃ গী ফিরেপনা করিনো ?

সিঃ পিঃ আইঃ গী মাইয়োক্তা ঐখোয়গী পার্টিনা হৌবদগী দবসেকী লীচিং মখাদা চখৎরক্লিবা রিভিজনিষ্ট-কী লম্বী অদুবু ক্রিতিসাইজ তৌখি। মতম অমুদা, সিঃ পিঃ এমঃ গী চেফোং—"পীপল্‌স দেমোক্রেসি" দা বি তি রানাদিভে, এম বসভাপুন্নাইয়া অমসুং রামদাসনা জেকোস্লোভাকিয়াগী কম্যুনিস্ত পার্টিনা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমবু অরানবরোমদা চংশিল্লিবা অদুবু কন্না ক্রিতিসাইজ তৌখি। থবকশিং অদুনা পৃথিবীগী কম্যুনিস্ত মুভমেন্ত-তা খুদোংথিবা পুরক্কনি হায়খি। য়ার সো পেক্টকী লৈবাকশিংনা থিংজিল্লকপা থবকশিং অদুবু শৌগৎখি। লোয়ন-লোয়ননা জাতীগী চৌভিনিষ্ট-শিংগী য়েথাই-থিনগাইবা থবকশিংবু লাল থেংনখি অমসুং প্রোলেতরিয়ান ইন্তরনেশনেলিজমবু য়াংনা থাঙ্গৎখি।

জেকোস্লোভাকিয়াগী থৌদোকশিংগা মরী লৈননা ১৯৬৮ গী আগষ্ট তাং ৭ দগী তাং ২১ ফাউবা ফমখিবা সেন্ত্রেল কমীটিদা রিজলুসন অমা পাস তৌখি—

"সোসিএলিষ্ট জেকোস্লোভাকিয়াদা হন্দক্তা থোরক্লিবা খুদোংথি-নিঙাই ওইবা থৌদোকশিং অসি য়াম্না মুন্না খন্নবা দরকার ওই। থৌদোকশিং অসি পৃথিবীগী কম্যুনিস্ত-শিংবু থোইরাং-খোইশাউহনবা থবক ঙাক্তনি। লৈবাক অদুগী তেলিভিজন, রেডিও, প্রেসশিংদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মরু ওইবা প্রিন্সীপলশিং হায়বদি দেমোক্রেতিক সেন্ত্রেলিজম, দিক্তেতরশীপ ওফ দি প্রোলেতরিএত অমসুং সোসিএলিষ্ট সমাজ অমা শাগৎপদা চংবা কম্যুনিষ্ট পার্টিবু এতেক তৌরক্লি। থৌদোকশিং অসিনা জেকোস্লোভাকিয়াগী শিন্মীশিংনা শাগৎচরম্বা সোসিএলিষ্ট স্ত্রকচর অদু

থুগাইরকপা য়াবগী অকিবা লৈরে অমসুং পৃথিবীগী সোসিএলিস্ত কেম্প-শিং অসি মপাঙ্গল য়ান্না হন্থবা হৌরক্লে হায়না ভারতকী কম্যুনিস্ত পার্টি (মার্ক্সিষ্ট) শিংনা হায়থি।

## মরি লৈনবা বাহং :

মরী লৈনবা রাহং করম্বা কাণ্ডবুগী দেমোক্রেসিনো হায়বন্থ হংদহুনা দেমোক্রেসি, লিবরেলাইজেসন হায়বা স্লোগানশিং অসিগী মখাদা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমবু আক্রমন তৌরে হায়রহুনা সেন্ত্রেল কম্মীটিগী রিজলুসন্না মখা তানা হায়খি।

"য়ান্না অনুতাপ তৌনিংঙাইনি মহুদি রাইট ওপোরচুনিষ্ট ( Right Opportunists ) শিংনা লাউশিন্নবা খোল্লাও—দেমোক্রেসি, লিবরে-লাইজেসন হায়বনচিংবা স্লোগানশিং অসি পৃথিবীগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লীদব খরনসু সপোর্ট তৌরি। অরোইবদা সেন্ত্রেল কম্মীটিনা আশা তৌরি মহুদি শিন্মীশিং অমসুং মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্টশিংনা— ফীজোল কয়া হোং-হুনা চথরক্লিবা রিভিজনিজমগী মাইয়োক্তা স্ত্রগল তৌগদবনি। শিন্মীশিংগী রিভলুসনবী ওইবা শক্তিশিংনা ইম্পেরিএলিজমগী রিএক্সন অমসুং নমথবগী থবকশিংবু মাইথিবা পীগদবনি।"

## বার-শোগী শক্তিশিংবু শৌগৎপা :

রার শোগী শক্তিশিংনা কাউন্তর-রিভলুসনবু মাইথিবা পীনবা হোৎ-নরকপা অসিদা, পী বী (P.B.) না মখাগী ষ্টেটমেন্ত অসি থোকখি।

"ইউঃ এসঃ এঃ না লুচিংবা ইম্পেরিএলিষ্ট-কী শক্তিনা ইউরোপ্তা শাক্তী ওইনা পুন্না লৈমিন্নবা হায়বা রাঙাং কয়া ঙাংদুনসু জেকোস্লোভা-কিয়াদা থোরক্লিবা থৌদোকশিং অসিনা তাক্লিবদি ইম্পেরিএলিষ্টশিংনা সোসিএলিজমগী কেম্প অসি থুগাইনবা কন্না হোৎনরি। শোক ১৯৩৮ দা জর্ম্মন-ফেসিষ্টশিংনা ফংখিবা অহুগুম্না শোক ১৯৬৮ দা ফেসিষ্ট-শিংগী

চায়োল-শুরোলসিংনা নোংপোকলোম থংবা ইউরোপকী সোসিএলিষ্ট ষ্টেটশিংদা ফংগনি হায়না মং মংলি। তাঙ্গা অসিদা জেকী লুচিংবশিংনা মীয়ামবু ফজ-ফজবা পাষ্টে-পাউরৌশিং খুদম ওইনা দেমোক্রেসি, নীংতম্বা, লিবরেলাইজেসন অসিনচিংবা স্লোগানশিং শিজিন্নহুনা নমথাক তৌরি।"

## ষ্টেটমেন্ত অদুনা মথা তানা হায়খি :

"কাউন্তর রিভলুসনগী শক্তিশিংনা খুদোংচাবা অসি লৌরহুনা মীশিংদা এন্তী-সোভিয়েতীজম অমসুং জাতীগী চৌভিনিজমবু শাগৎতুনা অশেংবা কম্যুনিষ্টকী শক্তিশিং অসি নমথাক তৌবা মীওই অমসুং সোভিয়েটকী হুইরোই ওইনা উহনখি। মশাগী ক্লাস থংজবা শিন্মীশিং অমসুং অশেংবা মার্ক্সিষ্ট-শিংনা হৌজিক্তি খংলক্লে মহুদি জেকোস্লোভাকিয়াগী কম্যুনিষ্ট পার্টিনা রাইত-রিভিজনিজম ( right-revisionism ) অমসুং অথোরিতেরিয়ানিজমগী লম্বীদা লাম্না চৎলুবদগী মখোয়দা অমাং-অতা য়াম্না থোকহল্লে হায়বহু। মরম অদুনা ঐখোয়না আশা তৌরি শক্তিশিং অসি মপাঙ্গল কনখৎলক্কুনা কাউন্তর রিভলুসন অদু মাইথিবা পীগনি অমসুং পার্টি অমসুং ষ্টেটকী মনুংদা লৈরিবা থাজনিংঙাই লৈত্রবা মীওই-শিং অসি লৌথোকখিগনি।"

সেপ্তেম্বরগী তাং ৫ অমসুং ৬ তা মীটিং তৌরবা মতুংদা পোলিট ব্যুড়োনা হায়খি—

"রার-শো। পেক্টগী ইন্তরভেন্সন অসি গনতন্ত্রিক ওইবা মীওইশিংগী মীৎতা চম্মনবা থোকহল্লবসু, জেকোস্লোভাকিয়াদা সোসিএলিজম শাগৎ-চরম্বা অদু ঙাক-শেন্নবগীদমক্তা তঙাই ফদনা চংদবা য়াত্রবা খোংথাং অমনি। সোসিএলিজমবু নমথনবা হোৎনরিবা ইম্পেরিএলিষ্ট-শিংনা চথরিবা খোংথাংবু থিংবা হায়বসি মরু ওইবা খোঙথাং অমনি। মরম অহুনা ঐখোয়গী পার্টিনা সি পী এস ইউগা মোৎ খেন্নবা থরা লৈরবসু, জেকোস্লোভাকিয়াদা চথরিবা রার শো পেক্টকী ইন্তরভেন্শন অসি মীৎকুপ

অমতা চোম্থনা শৌগৎখি। প্রোলেতরিয়ান ইন্তরনেশনেলিষ্ট অমগী মথৌনি থনখি।

শোক ১৯৬৭ কী মোস্কো কনফরেন্সগী দোকুমেন্তশিং অদু য়েংলগা ঐখোয়গী পার্টিগী সেন্ত্রেল কম্মীটিনা হায়খি—

"কনফরেন্স অদুগী দোকুমেন্ত অদুনা জেকোস্লোভাকিয়াদা চথরিবা কাউন্তর-রিভলুসনগী শরৌ অদু করি অমতা থওইবিখিদে।"

পুন্নমক অসি য়েংলুরগা, সি পি আইনা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমবু ঙাক শেন্নবা হোৎনরি অমস্তুং প্রোলেটরিয়ান ইন্তরনেশনেলিজমগী তুং ইল্লি হায়বা ঙম্লীবরা ?

শোক ১৯৭৬ গী ইউরোপগী কম্যুনিস্ত পার্টিশিংগী বরলীন কনফরেন্সতা ষ্টেটমেন্ট পীরকপা অদু নৈনরগা ঐখোয়না ইম্পেরিএলিজমগী মাইয়োক্তা অমস্তুং প্রোলেতরিয়ান ইন্তরনেশনেলিজম অমস্তুং দেক্তেটরশীপ ওফ দি প্রোলেটরিয়েটপু শৌগৎলদুনা ৱা ঙাংখি অদুগা সিঃ পিঃ আইঃ না নুংঙাইনা তুমদুনা লৈখি।

## আফগানিষ্টান্দা চথরিবা রিভলুসন :

মথংদা ১৯৭৮ দা আফগানিষ্টান্দা সাউর-রিভলুসন (Saur revolution) লাকখি। রিভলুসন অসিবু কম্যুনিষ্ট পার্টিশিং অমস্তুং প্রোগেসিভ ওইবা শক্তিশিংনা স্বাগত তৌখি। অদুবু রিভলুসন অদু পার্টি মনুংগী সমস্যা কয়া লৈবদগী হাফীজুল্লাহ আমীন-না য়ৈখাই-থিঙ্গাইবগী থবক হৌরকখি। মরম অদুনা রিভলুসন অদু মপাঙ্গল কনখৎলকপগী মতুত্ত', আমীন-না ইনশিন্দুনা পারচাম (Parcham) দা হাপ্পা থাজরম্বা পার্টিগী মীওই থরদা আক্রমন তৌখি। মতাং অসিদা সি পি আইনা আমীন্দা থাজবা থম্লদুনা "নীউ এজ" দা তারাক্পী ফম থাদোকখ্রে অমস্তুং আমীনবু অনৌবা লীদর খনখ্রে হায়না ফোংদোকখি। মখোয়না মমাংগী পারচামগী কমরেডশিং হাৎনবা আমীন-না ওর্গেনাইজ তৌরকপা

অমুগী মাইয়োক্তা সিঃ পিঃ আইঃ না করি অমতা লাউবা থোংবা য়েৎপা লৈখিদে।

মসিগী মাইযোক্তা, সি পি এমগী প্রেসতদি কনা অমতনা আমীন-বু থাগৎলকপা রাহৈ ফংলোই। আফগানিস্তান-দা থোক্লিবা থৌদোক্তা মরী লৈননা ঐখোয়গী পার্টিনা অশুম্না হায়খি—

"অহানবদা মীয়াম্না য়াম্না মুংশিবগা লোয়ননা রিভলুসন শোগৎ-লম্মী তৌইগুম্বসুং তারাক্কীদা আমীন না অরানবা পাউ পীরকপা হৌরক-পদগী পার্টি অদু মপাঙ্গল কনখৎলকপগী মতুক্তা মচেৎ মচেৎ কায়রকখি। চাং য়েংদুনা থংলবা পার্টিগী মেম্বর কয়া লুচিংবগী থবক্তগী লৌথোকখি। লোয়ন-লোয়ননা গভর্নমেন্ত অমসুং মীলিটরীগী ফমশিংদগী থাদোকহনখি। মখোয়না রিভলুসনবু নমথাক তৌবে হাযখি। আমীন-না সেন্ত্রেল কম্মীটি অমসু' গভর্নমেন্ত-কী ফম কয়াদা মহাক্কী মীওইশিং হাপচিনখি। মতুনা মরম ওইরদুনা আফগানিস্তানগী মমুংগী ওইবা থৌদোকশিংদা ইনফ্লুয়েন্স তৌদুনা রিভলুসনবী ওইবা শক্তিশিং অমসুং মীয়ামগগী মবক্তা শীংচেপ যৈশিনবা হৌখি। তারাক্কী অমসুং জ্ঞান তাবা লুচিংবশিংগী মরক্তা অমূক হন্না রাখল খনবা হৌরকখি অমসুং আমীন-না পার্টি অদু থুগাইনবা নমথাক তৌরক্লে হাযবদু থংলকখি। আমীন-না মক ওইবা অফবা লীদরশিং লৌথোক্লুনা পার্টি অমসুং গভর্নমেন্ত-গী মেছিনরী অসি পংথনবা হোৎনবে হাযবদু থংলকখি। মতাং অসিদনি—তারাক্কীনা আমীন লৌথোক্লবা রাখল খনবা হৌরক্লিবসি।

## এসাসিনেসন অমসুং কূ:

অদুবু ১৯৭৯ গী সেপ্তেম্বর থাদা আমেরিকাদা লাইব্রিক তমলুবা হাফীজুল্লাহ আমীন-না কূ-গী মতেংনা শক্তি মুনখি। নুর মহম্মদ তারাক্কী রিভলুসনরী কাউন্সীলগী চেয়ারমেনগী ফমদগী লৌথোকখি। পার্টিগী

জেনেরেল সেক্রেটরীদগী লৌথোকখি অমসুং মহাকপু মহাকী ইমুং-মনুংগী মীওই খরগা লোয়ননা হাৎতোকখি।

আমীন-না শক্তি পাইরবা মতুংদা মনুংদগী রিভলুসন নমথনবা ইন্টেল্লিজেন্সীয়া য়াউনা আফগানগী মীওইশিংবু ওৎ-নৈখি। রিভলুসনরীগী খোল্লাউশিং অসি রিফোর্মনা মহুৎ শিন্দোকখি। চাং য়েংহুনা খংলবা রিভলুসনরী কয়া কয়াবু শাখিনা ওৎ-নৈখি। খরনা লৈবাক্তগী তানথোকখি। অমরোমদা জাতীশিংগী ধর্ম্মগী অমসুং ত্রাইবেলশিংগী মরক্তা অমগা অমগা য়েংথিননবগী লম্বী য়াৎখি। সহরদা, খুঙ্গংদা বোম কয়া থাদহুনা প্রজা মীয়ামবু ওৎ-নৈখি। পার্টিগী মার্কর লিশিং ১৫ দগী তাদনা জেলদা থমখি।

মতম খরা লৈরগা আমীন-বু মাইথিবা পীহুনা বাব্রাক র্কমাল (Babrak karmal) না পার্টিগী লুচিংবা ওইরবা মতুংদা মপালগী শক্তিগী ইন্তরভেন্সন অসি মাইথিবা পীনবগীদমক্তা সোভিয়েৎকী মতেং লৌখি। তাঞ্জা অসিদা সি পি এমনা করি অমত্তা চিংনবা লৈতনা র্কমালগী পোলিসীবু শৌগৎখি। মরমদি ইম্পেরিএলিস্তকী শক্তিনা কাউন্তর-রিভলুসন তৌহুনা বিভলুন থুগাইনবা হোৎনবগী মাইয়োক্তা চথবা পোলিসিনি হাযনা খনখি।

## অকনবা চাংয়েং— এন্তি ইম্পেরিএলিজম ঃ

সি পি আইগী লুচিংবশিংনা মখোযগী শোইখ্রবা ফিভমবু ঙাকচবা ঙম্নক্তবদা সি পি এমগী কাংবুদস্ত অন্তরজাতীগী কম্যুনিস্ত মুভমেন্টকী ইস্যু কয়া মাইয়োক্নবদা অহোংবা কয়া লাক্লে হাযখি। ঐখোয়না সি পি আইগী কাংবুদা হায়নিংলিবদি আইদিওলোজীগী অকবা তাঙ্কশিংদা, খুদম ওইনা পৃথিবীগী অনৌবা মপোক লাংওন খংবগী মতাং, সোসিএলিষ্ট কেমপ্তা মচেৎ তারকপগী মতাংদা, মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী মক ওইবা

প্রিন্সীপলশিং, প্রোলেতরিয়ান ইন্তরনেশনেলিজম অমস্তুং রিভলুসন ঙাক শেনবগী মতাংদা করম্বা অহোংবা লৈগ্রবগে ? ঐখোয়গীদমক্তদি ইউঃ এসঃ গী ইম্পেরিএলিজম অসি পৃথিবীগী য়েক্লবনি হায়না লৌবনিনা, মতম সৈবা থিবীক্তা ঐখোয়না মখোয়গী মাইয়োক্তা লেপ্পী। সি পি এম তোঙাম্না হেক শেম্লবা মতুংদা জাতীশিংগী অরান খূভম ফংনবা হোৎনরিবা শক্তিশিং অমস্তুং ইউঃ এসঃ ইম্পেরিএলিজমগী মাইয়োক্তা স্ত্রগল তৌরিবা শক্তিশিংগা পুন্না চৎমিন্ননবা হোৎনৈ। ঐখোয়না অন্তরজাতীগী কম্যুনিষ্ট মুভমেন্ত-পু পুনশিন্নবা কন্না হোৎনৈ। ঐখোয়না সোভিয়েট ইউনিয়ন, চীনা অমস্তুং অতৈ সোসিএলিস্ত লৈবাকশিংগা মরী ফগৎনবা হোৎনৈ।

সিঃ পিঃ এমঃ না সোসিএলিস্ত সিষ্টেমবু ঙাক শেন্দুনা জাতীগী ওইবা লিবরেশন মুভমেন্তশিং শোগৎতুনা অমস্তুং জাতীগী চৌভিনিজমগী মাইয়োক্তা স্ত্রগল তৌহুনা শু-নোম্লিবা মীয়ামবু চিংশিন্নব। হোৎনবদগী পার্টি অসি য়াম্না চাউবা হেঙ্গৎলক্লে অমস্তুং মরু ওইবা শক্তি অমা ওই-শিল্লক্লে। মরম ময়াম অসিদগী সি পি আইনা সি পি এমবু পাম্মমদবা য়াই।

# ৭

# সিঃ পিঃ এমঃ—সিঃ পিঃ আইঃ
# অনি
# পুন্না থবক তৌমিন্নবগী দরকার ওইরকপা :

ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিনা পুল্লিখৈগী দোকুমেন্তশিং অমস্তুং পার্টি অনি থোক্লা কায়রবা মতুংগী দোকুমেণ্টশিং নৈনরবা মতুংদা ঐখোয়না আশা তৌরি মতুদি ভারতকী কম্যুনিষ্ট পার্টিদা অনি থোক্লা কায়খ্রিবা অসি সি পি আইনা হায়রিবা চীনাগী কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ইনশিল্দুনা তৌরিবনি হায়বষ্থ লাল্লে। মতুগী মহুত্তা লশ্মী অনি হায়বদি— ক্লাস কোল্লাবোরেশন অমস্তুং ক্লাস স্ত্রগল অনিগী মরক্তা পার্টি মনুংগী স্ত্রগলনা থোকহনবনি হায়বতু হৌজিক্তি খংলম্লগনি। পার্টি অনি থোক্লা কায়রবা মতুং চহি ২১ গী মনুংদা থোরক্লিবা থৌদোকশিংনা তাক্লি মতুদি সি পি এম শাগৎলিবা মীওইশিং অসিনা সি পি আই কাংবুগী তুং ইল্লম্লবদি ভারতকী কম্যুনিষ্ট মুভমেন্ত কয়া য়াম্না শোল্লমগদগে হায়বতু। করিস্তু লৈতবা রাজনীতিগী শক্তি মচা অমা ওইরমগনি।

ঐখোয়গা মখোয়গা প্রোগ্রাম খেন্নবদা নত্তনা অন্তরজাতিগী কম্যুনিষ্ট মুভমেন্তগী ১৯৫৭ অমস্তুং ১৯৬০ গী দোকুমেন্তকী মতাংদস্তু তোঙান তোঙানবা মোৎ ফোংদোক্লখ্রে হায়বসি শন্দোক্লা তাক্লবা হোৎনখ্রে। অত্তুগা সি পি আইনা বুর্জুরা নেশনেলিজমনা হুমতুনা পুখ্রে। মতুগী মাইয়োক্তা সি পি এমনা প্রোলেতরিয়ান ইন্তরনেশনেলিজমগী প্রিন্সীপলশিংবু রাংনা থাঙৎনবা হোৎনৈ হায়বসি উৎখ্রে।

## পার্টি অনি পুনশিনবগী মতাংদা ঃ

অহানবদা ঐখোয়না পার্টি অনি পুনশিনবগী মতাংদা খ্রাহৈ খরদং পনবা য়াই। কম্যুনিস্ত-মুভমেন্তপু খংবা মী খুদিংমক্কা থংগদবদি পার্টি পুনশিনবা তারবদি মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী য়ুম্ফমদা শাগৎকদবনি। পুনশিনবা অদু পুন্সি তোলোয়বা তারবদি, প্রিন্সীপলগী মতুং ইন্না পুনশিনগদবনি। খ্রাফম অসি সি পি আইগী ভাতিন্দা কংগ্রেসকী দোকুমেন্ততা পনখ্রবনি। অদুবু লাইবক থিরিবদি ১৯৫৬ তগী হৌরদুনা তুংদা সি পি আইগী মনুংদা লৈহৌগদবা মীশিংগা সি পি এমগী মনুংদা লৈহৌগদবা মীশিংগী মরক্তা ভারতকী ফিভমগা চাননা পুখৎলকপা পার্টি প্রোগ্রামগী মতাংদা অচৌবা অহাংবা অমা লৈখ্রে। মদুগা মরী লৈনবা খ্রাফম খরা পনবা য়াই— ষ্টেটকী ক্লাসকী শক্তম লৈনবা, দেমোক্রেতিক রিভলুসন পাংথোক্কবা শিন্নীশিংবু লুচিংবগী মতাং, নেশনেল-দেমোক্রেসি অমসুং নন-কেপিতেলিস্ত (non-capitalist) গী লম্বীগী কন্সেপ্তগী মতাং খরসু পনবা য়াই।

সিঃ পিঃ আইঃ গী কাংবুনা ভারতকী ফিভমশিং মুন্না লৈনদবা মরম্না সভজেক্তিভ ওই। নেশনেল-দেমোক্রেসি অসি মখোয়গী ওবজেক্তিভ ওইরকপদগী মখোয়না বুর্জ্জুৱাশিংগী মরক্তা অনি থোক্না কায়রকপগী মতম অদু ঙাইদুনা লৈ। অদুদগী এন্তি-মোনোপোলি ওইবা বুর্জ্জুৱাশিংগা পুন্না চৎমিন্নদুনা ষ্টেটপু লুচিংগনি হায়। শিন্নীশিংগী লুচিংবা য়াউদনা ক্লাসশিংগী মরক্তা অহোংবা পুরক্নুনা নেশনেল দেমোক্রেসিগী পান্দম য়ৌবা ঙমগনি হায়।

## ষ্টেটকী শক্তম ঃ

ভারতকী ষ্টেট অসিগী ক্লাসকী শক্তম অসি করিনো ? সিঃ পিঃ এমঃ গী প্রোগ্রামদা হায়রি মদুদি অচৌবা বুর্জ্জুৱানা লুচিংবা বুর্জ্জুৱা অমসুং লোয়াম চাবশিংগী ষ্টেটনি। মদুগী শাক্তিদি— লেন্দ রিফৌর্মগী মওং,

মলাটি নেশনেলশিংনা ভারত্তা হায়রিজিল্লকপা, মোনোপোলি হেক্কংলকপা, রার্ল্ড বেঙ্ক অমস্তুং ইন্তরনেশনেল মোনিতরী ফন্দ অমস্তুং এন্তি-কম্যুনিজম ওইশিল্লকপ। মরমময়াম অসিনি।

অদুগা মখোয়গী প্রোগ্রামগী মতুংইন্না সিঃ পিঃ আইঃ গী লুচিংব-শিংনা কংগ্রেস আই গভর্নমেন্তশ্না চত্থরিবা পোলিসিশিং অসি শন্দোক্লা হায়বা ঙমগদ্রা ? মতম অমদা মখোয়না হায় মরু ওইনা রাজ্যাগী থাক্তা লোয়াম চাবশিংনা ইনফ্লুয়েন্স তৌই অদুগা মতম অমদনা সেন্ত্রেল্ গভর্ন-মেন্তগী পোলিসিশিংদা অচৌবা বুর্জ্জুরাশিংনা ইনফ্লুয়েন্স তৌই। মখোয়না কৈদৌঙৈদস্লু য়ানিংদে মতুদি লোয়াম চাবশিংগা বুর্জ্জুরাশিংগা মীচং ওইদুনা শক্তি য়েন্নরিবনি অমস্তুং অচৌবা বুর্জ্জুরাশিংনা ষ্টেটকী লুচিংবনি হায়বসি অমরোমদা মখোয়না হায় মতুদি বুর্জ্জুরাগী মরক্তা প্রো-ইম্পেরিএলিস্ত-কী কাংবুদি কায়খ্রে। অদুগা জাতীগী বুর্জ্জুরাশিংনা ষ্টেটকী শক্তি পাইখ্রে। রাডাংসিং অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা সিঃ পিঃ আইনা বুর্জ্জুরাগী তুং ইন্নবা হোৎনখি।

**"নীউ এজ" দা, আগষ্টগী তাং ১৮ দা সিঃ রাজেস্বর রাওনা হায়খি:**

"ঐখোয়গী পার্টিগী প্রোগ্রামনা হায়রিবদি ষ্টেট অসি বুর্জ্জুরাগীনি। অদুগী মনুংদা অচৌবা বুর্জ্জুরা অমস্তুং লোয়াম চাবশিংনা ইনফ্লুয়েন্স থরা তৌবদনি অদুগা সিঃ পিঃ এমঃ গী প্রোগ্রামনা হায়রিবনা অচৌবা বুর্জ্জু-রানা লুচিংবা বুর্জ্জুরা অমস্তুং লেন্দলোর্দগী ষ্টেটনি।"

মহাক্না মখা তানা হায়খি— ষ্টেট অসি অচৌবা বুর্জ্জুরানা ইনফ্লু-য়েন্স তৌবতনি, লুচিংবগী থবক নত্তে। ষ্টেট অসি অচৌবা বুর্জ্জুরানা লুচিংবা তারবদি ভারতনা চত্থরিবা প্রোগ্রেসিভ ওইবা মপালগী পোলিসি-শিং অসি কররম্না ব্যাখ্যা তৌগদৌরিবনো ? সিঃ পিঃ এমঃ গী প্রোগ্রামগী

মচুংইরা রাকম অসিবু শন্দোক্না ভাকপদা থোক্না লুদে। মতম অসিদা ষ্টেটকী রাকমদা মত খেন্নরিবা অসি মত খজিত্তং খেন্নবদনি হায়খি।

## ষ্টেট অসি কনানা লমজিংলিবগে?

ভারতকী ফিভমদা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমদা য়ুম্ফম ওইরগা ষ্টেট অসি কাংবু অমনা লুচিংবা য়াওদনা লৈবা য়াবরা নত্রগা য়াদবরা? লুচিংবা কাংবু লৈরবদি করম্বা ক্লাসনা লুচিংলিবগে? বুর্জুরানা লুচিংলিবরা নত্রগা শিল্মীশিংনা লুচিংলিবরা? মতাং অসিদা মত খেন্নরিবা অসি রাজেশ্বর রাওনা ইচম চম্বা রাকমদা মত খেন্নরিবনি হায়খি। অহুবু রাকম অসি ইচম চম্বা নত্তে। ভারত-তা কম্যুনিস্ত মুভমেন্ত কায়রকপগী য়াম্না মরু ওইরিবা রাকম অমনি।

কম্যুনিস্ত মুভমেন্ত-পু নুংশিবা মীওই অয়াম্বনা মহুংগী অকুপ্পা মরোল নৈনদনা লেফট অমসুং দেমোক্রেতিক ওইবা অহোংবা অমা য়াম্না থুনা পুরক্লিংবদগী কম্যুনিস্ত মুভমেন্ত-তা অমতা ওইনা পুনশিন্নবা মত ফোংদোরকই। কম্যুনিস্ত অনি পুনশিনক্রিদৈদা মখাগী রাহুংশিং অসিগী পাউখুম পীবা তাই।

১। ভারত্তা লৌয়াম চাবশিংনা কাণ্ডলুপ অমা ওইনা ষ্টেটকী শক্তিশিং অসি বুর্জুরাগা শরুক য়ামিন্নদবরা?

২। ষ্টেট অসি অচৌবা বুর্জুরানা লুচিংলিবরা নত্রগা লুচিংক্রবরা?

৩। কেপিতেলিজম চাউখৎলকপা লৈবাক ভারতকুম্বদা নীং তম্বা ফংলবা মতুং চহি ৩৮ লোম অসিগী মনুংদা মোনোপোলিশিং হেক্সৎলকক্রব্রা? বৃটিশ-গী মখুৎতগী লৌহোরবা নিংথিনা শেম-শারবা ষ্টেটকী এপেরেটস অসি বুর্জুরাশিংনা অণ্ডকপা ফংনা মপাঙ্গল কনখৎনবা হোৎনখিদ্রব্রা? হায়রিবা বুর্জুরাশিং অসিনা শিল্মীশিংগা পুন্না শক্তি পাইমিন্নবা শেম শাগ্রবরা?

৪। শিম্লাশিংগী লুচিংবা রাওলনা নেশনেল দেমোক্রেতিক ষ্টেট অমা শেম্বা ওইখোকল্রা? অদুগা শিম্লাশিংগী লুচিংবা রাওলনা দেমোক্রেতিক রিভলুসন মপুং ফানা পাংথোকপা ঙমগল্রা?

মথক্কী য়াহংশিং অসিগী পাউখুম নিংথিনা পীরবা অমসুং ইস্নুশিং অসিদা মত মান্নরবদি কম্যুনিষ্ট মুভমেন্ত পুনশিনবা য়াবগী ফিভম লাকনি।

## রিভলুসনবু ঙাক-শেন্নবা হোৎনবা ঃ

প্রোলেতরিয়ান ইন্তরনেশনেলিজমবু ঙাক শেন্নবগীদমক্তা ঐখোয়না মতম চুপ্পদা জাতীগী চৌভিনিজমগী মাইয়োক্তা অকনবা ফিরেপ লৌই। রিভলুসন হায়বসি ক্লাস স্ত্রগল-গী অয়াংবা মতোন্নী হায়বসি ঐখোয়না খাজৈ। ইম্পেরিএলিস্ত-কী মাইয়োক্তা চত্থরকপা রিভলুসনগী থবক থৌওং খুদিংমক সিঃ পিঃ এমঃ না সপোর্ট তৌই। জেকোস্লোভাকিয়া, আফগানিষ্টান অমসুং হঙ্গেরীদা থোকপা থৌওংশিংদা মথক্কী থিওরীশিং অসিনা লমজিংঙি। বুর্জুরা-নেশনেলিস্তকী প্রোপেগেন্দানা ঐখোয়বু হুমহুনা পুহনদে অমসুং রিভিজনিস্ত-কী রাখলশিং ঐখোয়না লৌদে। রাফমশিং অসিগা মরী লৈননা সিঃ পিঃ আইঃ গী করম করম্বা রারেপ লৌথিবগে হায়বা খংননবা মখোয় মশামক্কা তুং হন্না য়েংবা ফৈ।

## লেফটশিংগী অপুনবা শাগৎনবা হোৎনবা ঃ

হৌজিক্কী টেক্তিক্স-কী মতাংদা সিঃ পিঃ আইঃ না ফোরমূলা অমা শাগৎখি মহুদি ভারতকী প্রজাশিং অসি মরু ওইনা অনিথোক্না থায়দোকথ্রে। কাংবু অমনা কংগ্রেস পার্টিগী তুং ইনথ্রে অদুগা অতোপ্পা কাংবু অমনা লেফট অমসুং দেমোক্রেতিক পার্টিগী তুং ইনথ্রে। রাখল্লোন অসিগী মতুং ইন্না সিঃ পিঃ আইঃ গা কংগ্রেসকা পুনগদবনি হায়বা স্লোগান ফাউবা শেমখি।

মসিগী ওন্ন-তৈনবদা সিঃ পিঃ এমঃ না লৌরিবা ঙ্কিয়েপতি—ভারতপু পুন্না য়েংলবদি লেফটকী শক্তিশিং অসি শোল্লি। মরম অদুনা কাংবু অমনা কংগ্রেস পার্টিগী তুং ইনখি অদুগা কাংবু অমনা অতৈ বুর্জুয়া লেন্দলোর্দ পার্টিগী তুং ইনখি। মরম অদুনা লেফটকী মথৌদি বুর্জুয়া লেন্দলোর্দ পার্টিগী ইনফ্লুয়েন্স চংখিদনবা অমসুং লেফটকী তুং ইন্নবা হোৎনবা অসিনি।

## জলন্দর পার্টি কংগ্রেসতা রিজলুসন অমা পাস তৌখি ঃ

ফ্রন্ট অমা শাগৎনবা ঐথোয়না স্ত্রগল তৌগদবনি। ফ্রন্ট অদুনা ক্লাসকী শক্তিশিংগী মরী হোংহন্দুনা হৌজিকী কেপিতেলিষ্ট সিষ্টেমদা লৈরিবা বুর্জুয়া লেন্দলোর্দ পার্টি অনিগী মরক্তা মীয়াম্না অপাম্বা খনবা তারকপগী ফিভম অদু কোক্নবা হোৎনগদবনি।

শিন্মী, লৌমী ছাত্র-নহারোল অমসুং নুপীশিংনা স্ত্রগল তৌদুনা ফ্রন্ট অসি শাগৎনবা হোৎনগদবনি।

রাজেস্বর রেদ্দীনা আগষ্টগী তাং ৪ গী আর্টিকলদা ইখিবা ৱাহৈশিং অসি লৌশিন্নিঙাই ওই হায়বা য়াই। মহাক্না হায়খি—

"লেফট অমসুং দেমোক্রেতিক পার্টিনা মহুৎ শিনবা ঙমদ্রিবৈদা ভারতকী রাজনীতিদা কংগ্রেস পার্টি নত্রগা অদুদগী খজিক্তং লৈথোক-লৈশিন তৌবা অতৈ বুর্জুয়া পার্টিনা দোমিনেট তৌগনি।"

হৌজিকী মতমগী পোলিসি অসি মথকী ৱাঙাংশিং অসিদা য়ুক্ষম ওইরগা চত্থরক্লবদি পার্টি অনি অসি নকশিন্নরক্বনি খল্লি।

## অতৈ পার্টিদা করম্না এপ্রোচ তৌগদগে ?

ভারতকী ইকোনোমী অসি ক্রাইশিস য়াম্না লৈ অমসুং ক্রাইশিসকী অরুম্বা পোৎলুমশিং অসি প্রজা মীয়াম্বু পুহন্নবা রুলিং ক্লাসনা হোৎনবা মরমনা অমসুং রুলীং ক্লাসনা মীয়ামগী হক অমসুং নীংতম্ববু নমথদুনা থম্বা মরম্না, অথোরিতেরিয়ান ওইবা রেজিমবু থিংননবগীদমক্তা সেকুলার

ওইবা ওপ্পোজিসন পার্টি অতৈগা মত তিন্নবা হোৎনবস্তু দরকার ওই-রকই। সেকুলার ওইবা ওপ্পোজিসন পার্টিনস্তু রুলীং ক্লাসকা কন্ত্রাদিক্সন লাকপদগী লেফট পার্টিগা ইস্যু খরদা পুন্না চৎমিন্নরক্তবা য়াদবা য়াউই।

ভারতপু পুন্না য়েংবা তারবদি লেফটকী মপাঙ্গল শোল্লি হায়বদা থোইনা চিংননিংঙাই লৈতে। তৌই গুম্বস্তুং ভারতকী ফিভম অসি লেফট মুভমেন্ত কনখৎহনবদা য়াম্না খুদোংচাবা মতমনি। ভারতকী মরু ওইবা লেফটকী শক্তিশিংদি সিঃ পিঃ এমঃ অমস্তুং সিঃ পিঃ আইঃ নি। লেফট অমস্তুং দেমোক্রেতিক মুভমেন্ত চাউখৎনবগীদমক্তা পার্টি অনিগী মরক্তা কো-ওপরেশন পীনবা হায়বসি য়াম্না দরকার ওই।

## লেফট শক্তিশিংগী ময়োল (core of the left force):

রুলীং ক্লাসকী মীয়ামগী মাইয়োক্তা চথবা পোলিসিনা শিগ্নী, লৌমী অমস্তুং মীচম প্রজাশিংগী মরক্তা পেন্দবনা পীক থল্লবা তাঞ্জা অসিদা কংগ্রেস আই-না ঐখোয়গী লৈবাক্কী ইকোনোমী অসি মলটি-নেশনেলগী খুবাক্তা শান্নহন্নবা হোৎনরি। ভারতকী মীয়াম অমস্তুং লল-থুমশিং অসি ভারতকী মোনোপোলিস্ত-শিংদা ইরাই লাইনা শিন্নে। মরম অদুনা পেন্দবশিংগী মাইয়োক্তা মীয়ামগী স্ত্রগলবু লুচিংনবা থবক কয়া ওরগেনাইজ তৌগদবনি।

ইম্পেরিএলিজমনা সপোর্ট তৌরিবা তোঙান্না তান্নিংবা, কম্যুনেল ওইবা শক্তিশিংনা ভারতপু কাং-খোং চাইনবা হোৎনরিবা অসিগী মাই-য়োক্তা সিঃ পিঃ এমঃ অমস্তুং সিঃ পিঃ আইঃ অমস্তুং অতৈ দেমোক্রেতিক পার্টিনা কন্না হোৎনগদবনি।

হৌজিক্কী গভর্নমেন্ত অসিনা মীয়ামগী হক অমস্তুং দেমোক্রেতিক মুভমেন্তবু য়াম্না কন্না নমথনবা হোৎনরকপুন্নিনা গনতন্ত্রবু কন্ননবা স্ত্রগল তৌবা হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা ঐখোয়গী মাংদা তারবা ইথৌনি। মরম অদুনা কম্যুনিস্ত পার্টি অনিগী কো-ওপরেশন পীনদুনা মীয়ামগী স্ত্রগল চথবা তাবনি।




থোক্লবা